অচুম্বগী মমি

# অচুম্বগী মমি



নাওরোইবম পূনসি




# ACHUMBAGEE MAMI

(A collection of Six Short Stories)

অহানবা ফোঙবা : সেপ্টেম্বর ২০১০

অইবা : নাওরোইবম পুনসি

অফোঙবা : নাওরোইবম সুবদনি
খুরাই কোন্জম লৈকাই
ইম্ফাল ইষ্ট - ৭৯৫০১০

কোপী মশীং : ৫০০

ফংফম থোকপা : অইবা



মমল : লুপা ৯৫/-

লাইরিক ফংফম : ইরাবত ভবন (রূপমহল টেঙ্ক)
পুনসি ফার্মাসি (লম্লোং)

---

নম্ফম : লৈমহল প্রেস
খুরাই লাম্লোং কৈথেল, ইম্ফাল ইষ্ট

## "অচুম্বগী মমি" কৌবা লাইরিক্কী মরমদা ৱাহৈ খরদং

নাওরোইবম পুন্সিনা ইবা "অচুম্বগী মমি" কৌবা লাইরিক অসি নৈনজরে। লাইরিক অসিদা লাই থাজদবা (এঠৈইজম) অমসুং সোসিয়েল সাইন্সকী মরমদা কুপ্না নৈনদ্রবসু, লাই থাজদবা মহাপুরুষ (এঠৈইজম) শিংনা ইরমবা লাইরিকশিংদগী ৱাহৈ পরেংশিং কোখোক কোখোক্না হাপচিনবা অসিনা লাইরিক মপুম অদু পানিংবা অমসুং নৈননিংবগী ঈখৌ লাংবা পোকহল্লি।

অমরোমদসু হৌজিক হৌজিক ওইরিবা সমাজগী ফিভম অসিসু সমাজ, অমসুং শেনথুমগা মরি লৈননা শন্নপ-শন্নপ্না পুথোক্কুনা ইরি। বিজ্ঞানগী খম থেংনা চাউখৎলবা মতম অসিদা মীওইবনা হিংননবগী লম্বী থীবা অসিনা অমত্ত ঙাইরবা লম্বীনি। অওৎ-অনৈ লৈতবা, মীনা মীবু ব্যবাহার তৌবা, চান্ন-নুংশিননা পুন্না হিংমিন্নবা সমাজ অমা দরকার লৈবদু উৎলি। লম্বী অদু কার্ল মার্ক্স অমসুং জননেতা ইরাবতকী থবকশিংনা অচুম্বগী মমি ওইগনি হায়না ইরি।

শেঞ্জাও পাইবা সমাজদা শেঞ্জাও পাইবা মশেল অমনা অমদগী হেনগৎনবা হোৎনবদা শুরি নোল্লীবা অনংবা লাইরবা কাংলুপ্পু শুদৎনবা হোৎনবা অদু কাংলুপকী জ্ঞান লাকপদা অচুম্বগী মমি ওইরোই অমসুং শেঞ্জাও পায়বগী সমাজ মাংখিগনি।

ক্ষেত্রিমযুম গান্ধীজিৎ সিংহ
তোপ খোংনাংমখোং

# ৱাহৈ অমা অনিদং

তাইবং মীওইবা ঐখোয়না ঐখোয় পুন্নমক অসিবু শেম্বিবা মপু অমা লৈ হায়না লৌনৈ । তাইবংপান অসিদা লৈফম, হৌফম খেন্নবদগী, কুচু কুমেন, মান্নদবা লোল, ময়েক, মান্নদবগী, ধর্ম্ম তোঙান তোঙাঞ্জরবসু ঈশ্বরদি অমত্তনি হায়না লৌনরি । মী কয়া কয়ানা ইমুংদা শুমাঙদা মন্দিরদা চঙদুনা ঈশ্বরগী মতিক মগুন থাগৎপগী ১দি নুংশিবগী ঈশৈ শক্লি । থাইনগী মতমদগী হৌজিক ফাউবদা কবিশিংনা ঈশ্বরগী তৌব ঙম্মু শীংথাদুনা ইনরি।

অশেংবমক ঈশ্বরদি থাগৎফম থোকপনি । ঈশ্বরবু থম্মোয় শেঙনা নুংশিবা মহাক অদুনা কদৌঙৈদসু মী, শা, জিবশিংদা হিংশা তৌরোই ।

অদুবু য়াম্না ঙকপদি 'ঐ লাইনি' হায়বা মী খর মরু ওইনা খা ভারত্তা থোরক্লি । মখোয়গী খুনেক্তা ঈশ্বরনি হায়বিনবা ডাক্তর, ইঞ্জিনিয়ার অমসুং ইনাক কৈরাক খুনবা মী কয়া কয়াসু লৈ। মী অদুনা লাই শাবদুদ ফংলকপা শেল অদু মখোয় ময়াম য়েন্নে । অসিগুম্বা লাই শাবশিং য়েংবা লাকপদা ভারতকি টুরিজম চাওখৎলি হায়দুনা ভারত সরকারনসু মখোয়গী পুক্লিং থৌগৎলি । মীরৈবাক মচানা ভারত্তা লাই শাবা য়েংবা কোয়রক্লগা অসুম্না নোক্লুরম্বা য়াওই ।...... but the people are a set of superstitious fools.

মী খরনা মরুপ তৌরগা শেল ৱানা তুংশিল্লগা বৃন্দাবন চৎলি । কয়া অমনা মচা মশুশিংনা শেল খায়গৎনরগা মমা মপাবু বৃন্দাবন চৎহল্লি । লৌ ইংখোল মচেং অমা য়োল্লগা চৎপসু য়াওরি । থবক তৌবা খরনা কেসিয়ারদগী শেল পুরগা চৎনরি ।

লাই খুরম্বা চৎপা পাম্বা মী তরাগী শেনখায় পুথোকপদা মী অনিগীদি অখোম্বা মী অদুগী ওইগনি । মখোয় অদুবু বৃন্দাবন লল্লোনবা কৌই ।

মখোয়শিং অসিগী মনুংদা খরনা লাইগী মীংদা শেল তানবনি। খরনা লম য়েঙবা চৎচবনি। খরনা ঈশ্বর নুঙশিবদগী লাইফম য়ৌনবনি।

লাই খুবম্বা চৎপা যাত্রিকশিং অসি অয়াম্বনা লাইরে। লাইরবশিংগী মরক্তা নুঙায়বা পামদবা কনা লৈবগে ? মখোয় পুম্নমক্না নহানমুক্কি মপোক্তা ফত্তবা তৌরুবনা হায়বদি ঈশ্বরদা লংজখিবা লৈবনা হন্দক্কি মপোক্তা লাইরবিবনি হায়না লৌই। অদুনা মবম ওইদুনা লাই খুরম্বা চৎলগা নুঙায়গনি খঞ্জে। অদুনা মীনা হায়বদা য়াগল্লি। করিনো উপায় অমা তৌদুনা শেল পুথোক্কুনা হেক্তা চৎলি। মরম অদুনা অরাপ্পদা লৈবা খুঙ্গংশিংদদি লৈতবগী মথক্তা লৈতবা ওইশিল্লকই। অঙাংশিং য়েঙশিনবিদে। মনিপুরগী লাইববা প্রজা কয়াদগী লাই খুরম্বগী মীঙদা শেল চৎখিবনা লাইববগী চাং হেনগৎপগী ফেক্টব অমা ওইরি। ঈশ্বরগী থৌজান ঙায়দুনা লৈনৈ। শেল তীঙনা অমসুং মতম মাঙনা লাই খুরম্বা চৎপবু অথীংবা পামজবা মীশিংগী মবক্তা ঐসু অমা ওইকুবনা লাইরিক মচা অসিনা খরদং কান্নবা পীগদ্রা খঞ্জবদগী ইজবনি। কনাগুম্বনা ব্রাখল তিন্নদবদগী লান্ন খনবিবা তৌবিরোই নিঙজৈ।

অদোমগী

অইবা

**নাওরোইবম পুনসি**

খুরায়

# য়াওফম তাকপা

লামায়

# থাইনগী মীশিংগী মহিং ১সুং লাই

জগৎ সংসার অসি শেমদ্রিঙৈদা Space অসিদা করি লৈরম্বা করম্বা মতমদা জগৎ সংসার অসি শেমখিবা হায়বদো Scientist শিংনা হায়বা ঙমদে। অদুম ওইনমক ঙসিদগী চহি বিলিয়ন মরিগী অদুৱাইদা য়াম্না শক্তি লৈবা পোৎশক অমা কায়বদগী নুমিৎ, থা থৱানমিচাক ময়াম অসি শেমখিবনি হায়না Scientist শিংনা হায়রি। মসিসু মপান নায়দনা চাওবা শুন্দ্রংগী চফুগুম্বা অমদা কায়বনি অদুগা ঐখোয়না ঙসি নিংথৌ তুরেন হায়না খংনরিবা থৱানমিচাকশিং অসিনা য়োমশিল্লগা থম্বনি হায়রি। মসিবু Universe হায়রগসু খংনৈ। ঐখোয়গী Universe অসিগী ৱাংমদা অতোপ অতোপ্পা Universe কয়া অমসু লৈ হায়না লৌনরি। ঐখোয়গী Universe অসিদগী পৃথীবি নত্তনা অতৈ Planet তা মী ১সুং জিবশিং লৈতে। অদুবু অতোপ্পা Universe খরগী Planet তা থৱায় পানবা জিবশিং লৈবগী খুদম ফংই হায়রি। শম্না হায়রবদা ঐখোয়না থৱানমিচাক মথি তাবকপসিদা জিব পানবশিংনা হিংবগী মচাক য়াওরকপা য়াওই হায়রি। হৌজিকসু পৃথীবিদ থৱানমিচাক মথি তাশিনবনা পৃথীবি অসি তপ্ন তপ্ন চাউবা হেনগৎলকই। পৃথীবি অসিমক নুমিত্তগী থোবকপা মচেৎ অমনি অদুগা থা-না পৃথীবিদগী থোকখিবা মচেৎ অমনি হায়না লৌনরম্মী। পৃথীবিগী লৈবাক্কী শরুক অসি মচেৎ মকায় নাইবা পোৎশক্লি, হায়বদি চাউরবা প্রশান্ত মহাসাগরগী অকবা ওনবা ঙমদবা লৈরি। অসি পুম্নমক ঈশিংনা কুপশিনবদগী পৃথীবি অসি মতুম তাবা ওইনা উরি। নুমিৎকী অকোয়বদা পৃথীবিনা কোইরি। পৃথীবিগুম্বা অচৌ অপিক নায়বা Planet মাপন্না মতম চুপ্পদা নুমিৎকী অকোইবদা লৈরি।

অতৈ অতৈ জিবশিংদি চহি লিশিং কয়াগী মমাংদগী মপা মপুশিংনা তৌরম্বা থবকশিং অদু হৌজিকসু অদুম তৌরি। শম্ন হায়রবদা মি কৌবা তিনশিংনা লাং শাদুনা উশাশিংদা য়াল্লি। লাং অদুদা থুবদগী তিন মচা

মখল কয়া কয়া থুদুনা লৈরিঙৈদা মিনা চাজবা ঙম্মী । লৈবাকখোইনা লৈবাক্কা মকোন শাই । উতুবী কৌবা উচেক্কা উ অদুম হুৎলি । য়োংশিংসু অদু মঙাই মপু মপানা তৌবম্বশিং হুজিকসু অদুম তৌরি ।

অতোপ্পা অমবোমদা তাইবং মীদি লেপ্পা লৈতনা চাউখৎলকই । মীওইবনা হেক ব্রাখল লৈবদগী চাননবগীদমক্তা হোৎনদুনা লাকচৈ । অদুদগী লৈফমগী, ফিরোলগী, চখোক চৎশিন নুংঙাইননবা লম্বী থিবা, য়েক্লবা হাৎনবা, য়েক্লবদগী কন্নবা পাম্বৈ পুথোকপা, অমগা অমগা পুনশিন্নবা হোৎনরক্লম্মী । চাউখৎত্রিঙৈ মতমদদি মীশিংনা নুঙ ১সুং চৈনা মখোযগী খুৎলাই ওইবম্মী । শাগী শদুমশিং অদু মখোয়না য়াম্না ব্রানা শেম্তুনা অদুগা অমুক য়াম্না ব্রানা শাযবম্মী । অশোনবা মীশিংদগী অকনবা মীশিংনা মুনবিখিদুনা অশোনবশিংনা ইচা চাজবা ফংলমদে । অশোনবশিংবু মতম অয়াম্বদা ফুবিবা, ময়ানা চিকথৎপা তোইনা তৌরম্মী । মতুংদা মখোয়না লম্মৈ চাক্লকপদা যাউবা অমুনবা শা, কৈ, শজি চাকবদা, মদুনা থোৎলম্বা, মহাউ লৈবম্বা খঙবদগী মতুংদা মখোয়না শা ষন মৈদা লৌবগা চাবম্মী । খর লৈরগা মখোয়না থুম হাপ্লগা মহাও লৈবা হেল্লি খংলম্মী অদুদগী মক মবাং হাপ্তুনা চাবা হৌখিবম্মী ।

থাইনগী মীশিংনা উতোন ব্রাতোন্দ লেক্লম্মী । অচৌবা শা Dynosour গুম্বনা চংবা ঙমদবা শুরুংদা লৈরম্মী । অঙম্বা চীংগী চীংদোন্দা মখোয়না লৈফম শেম্লম্মী । তৌবা ঙম্লবা শাশিং অসুক্কী মতিক য়াম্না লৈবম্মী অদুনা মীশিংনা মখোয়দগী ঙাকথোক্লবা খুৎলায় পুথোকপা ঙমদবদগী য়াম্না শোন্ন লৈরম্মী । মখোয়গী লোল ঙাঙননবা য়াম্না লৈজরমদে । লোল খজিক্তংনা অদুগা ইঙ্গিৎ তৌনদুনা অমগা অমগা পাউ ফাওনরম্মী । মখোযনা শুরুংগী ফক্লাংদ, নুঙপাক থক্তা, লৈঙোই শেক্তদা লাই য়েকপা য়াম্না পামজবম্মী ।

থাইনগী মীশিং অসি নুংশাগী মৈশানা খাংবা ঙমদবা মতম লৈখি । মতম অদুদা মীশিং অসিনা পৃথীবিগী য়াওনগী মতুংইন্না তৌরিবনি হায়বা খংজরমদে । মখোয়না লৈরিবা উমং অদুগী লাইনা শাউদুনা তৌরিবনি

খল্লম্মী । মরম অদুন্গী মখোয়না শা শাদোং খর শুরুংগী মনাক্ত নুমিৎ খুদিংগী থেৎলম্মী । য়াম্না শারম্ব অদু মাংখ্রগা নোং লাক্লে । মখোয় নুতিগী শা কৎপদা লাইনা মখোয়বু নুংশিবিরে হায়না লৌরম্মি । অদুদগীদি নিংথমথা চংলক্লে । মখোয় ইংবনা য়াম্না ৱারম্মী । অমুকসু উমংলাইনা মখোয়বু শাউরবনি খন্দুনা শা-শাদোং থেৎলম্মী । হৌজিক চাউখৎলবা মতম অসি ফাওবদা ত্রাইবেল খরদি অদুমক্ চত্থরি ।

(Primitive) থাইনগী মীশিং অদুনা খর শিংলকপদা হিংমিন্নবগী ৱাখল্লোন লাক্লম্মী, মমা মচা নুংশিবা খংবা, পুন্ন লৈমিন্নবা, পুন্ন শা তানমিন্নবা হৌরক্লম্মী । চানবা পোৎচৈ পুল্লপ পুল্লপ থমদুনা য়েন্ন য়েন্নদুনা চামিন্নরম্মী । মীশিংনা শাগুম্না হিংলিঙৈ মতমদদি ধর্ম্ম হায়বদু খংলমদে । অদুবু মখোয়গী চৎনবী লোনচৎতি য়ুমগী, লৈকাইগী, জাতিগী ৱাখন্দা লাক্লম্মী । মখোয়না ভুৎ প্রেত্তি অদুমক থাজবম্মী । দবকারগী মতুং ইন্ন খুৎসু খুৎলাই পুথোকপা খর হৈরকপদদি মখোয়না অকিবা পোকচরিবা ভাবনা শাবা লাই অদু মুর্ত্তি, শারগা লাৎলম্মী ।

মী অতোপ্পনা শাবিরম্বসু নত্তবা মখোয়না শাবা পোৎ লাই (God) অদু মুর্ত্তি (Idol) শারগা মখোযনা যাম্না কিনা খুরুমলম্মী ১সুং লাৎলম্মী । অসিগুম্বা মতম অসিদা মী অমনা মনা মশিংনা হিদাক শেম্লগা অনাবা অমদা পীথকপদা অনাবা অদু করিগুম্বা ফরবদি হিদাক তৌবা মহাক অদু ভুৎ- প্রেৎপু ঙম্বা মীনি হায়না মাবু লুনা কিনা তৌনৈ । মহাক মশামক্লসু লাইগা ৱারি শাই হায় । হিদাক কবম্না শেম্বগে তাকথোক্তে মঙতাকনি হায । মতম অদুগী য়াম্না চাউখত্তবা Primitive কী মতম অদুদা লৈরম্বা মশক খংদবা পোৎ কয়ামরুম্না মখোয়বু কিহল্লম্মী । কনাগুম্বা অমা নারক্লবদি মানা তৌরুবা থবক্কী পাপনি হায়না লৌনরম্মী । মী খরনা পাপ অদু কোক্লবা । ঙা হাৎলগা উশিন তৌরম্মী । খ্বায়দগী চাউবা শাপতি মখোয়গী খুৎসু খুৎলাই খরগী মপান্না লাইগী মুর্ত্তি (Idol) কয়ামরুম পুথোক্লবসিনা ওইরে । মী অমা নারকপদা লাইগী মুর্ত্তি পুম্নমক খুরুম্বসু

য়াউরম্মী অদুবু মতমগী মতুং ইন্না খর শিংলক্লগদি লাই (God) শিংগী মমিং অমমম থোন্দুনা মাগী মাগী থবক্কী মতুং ইন্না শিন্দোক্লখি শম্না হায়রবদা নিদ্র লাইরেম্বী, উষা লাইবেম্বী, সুর্যদেব, চন্দ্রদেব, অগনিদেব, বায়ুদেব অসিনচিংবা অদুদগীদি মখোয় মখোয়না তৌরুবা থবক্কী মতুং ইন্না লাইগী ফম্বাক্তা অথুম অহাও কৎপা হৌনবম্মী মখোয়না লাইমাংদা মী মণ্ডক কক্কুনা হাংলগা ঈশ্ববনা মখোয়বু থৌজানবি হায়না খলম্মী । হৌজিক্কি মতম অসিদসু তান্ত্রিকশিংনা বেঙ্গোলগী 24 Pergana হায়বা মফম অদুদা তৌরি । অসুম্না লাই পান্নবা মী, অনাবগী হিদাক শেম্বা হৈবা মীবু লাইগা নক্লবা মীনি খন্দুনা কিনা তৌরম্মী অদুগা ভুং প্রেং তানথোকপা ঙম্বা মীশিংনা পাখং লৈশাবী কযা লাইমাংদা মণ্ডক কক্কুনা হাংলম্মী । অদুগী মতুংদদি মীশিংনা অসুম অসুম শিংলকপগা লোযননা মাগী মাগী লাইনা শক্তি লৈবা হেল্লি হাযনদুনা কাংবু কাংবু নাইনদুনা হাত্তোক্লবম্মী। লাই চাউবা তান্নবদগী পাউতাক মতেক মতেক পিবা ঙম্বা মী থোবকখি, ভাবত্তসু ইন্দুস ভেলি, সিবিলা ইজেসনগী মতম হাযবদি ঙসিদগী চহি লিশিং ৪/৫গী মমাংদগী নুপী লাইবেম্বিশিং, পসুপতি, নূঙ, উ, শাশিং অসিনচিংবা লাংলম্মি ।

অদুগী তুংদা অৰ্জ্জ জাতিশিংনা কাংবু কাংবু নায়না ভাবত্তা লাক্লম্মী । অহানবা লাকপা অৰ্জ্জ কাংবুনা লাংপা লাইদি নুমিৎ ঈশিং, মৈ অসিনচিংবনি ।

ইকোন কোন্না লাকপা অৰ্জ্জ কাংবুনা হায়রিবনা ব্রহ্ম, সিবা ১সুং বিষ্ণু হায়বিবা মখোয অহুম অসিনা হান্ন লাংনরম্বা লাই পুম্নমক্তগী চাউবা হেল্লি। মরম অদুনা হান্নগী লাইশিং অদু তোকপনা ফরে । ঐখোয়না লৈরিবা অসি ব্রহ্মনা শেম্বনি, সিব-না য়েখায় থুগায়বনি অদুগা বিষ্ণুনা য়েখায় থুগায়বা থোক্তনবনি । ত্রিমুৰ্ত্তি-ব্রহ্ম, সিব, বিষ্ণু, অহুম অসিনা লাই অশেংবা ওইদুনা লাই পুম্নমক্কী মথক্তা লৈগদবনি । ঐখোয়না লাইগা খ্বায়দগী

নক্লে। মরম অদুনা কনাগুম্বা জাতি অমনা লাইগী থবক ইনখাং থোক্লবনি মদু ব্রহ্মন ঐখোয়না খুরুম্বিগদবনি ; অতৈনা খুরম্বা য়াদে হায়রম্মী।

অসুম্না মানা মানা থোকপা লাই পংলাত্ত লাৎনবদগী বুদ্ধ ১ সুং মহাবির জেন পোক্লকখি। মখোয় অনিনা লাই অমত্ত লাৎহল্লমদ্রে। অদুদগী যিসু অদুদগী হঞ্জরত মহম্মদ পোক্লকখি। মখোয়সু লাই মুর্ত্তি লাৎপা য়ারমদে।

চহি লিশিং কয়াগী মমাংদগী মীগী খুৎনা শাবা লাইবু লাই ওইনা লাৎপা অদু অনৌবা ধর্ম্মশিং অসিনা থিংখিবনা লাৎনদ্রে। লাই ময়াম লাৎপা লৈবাক খজিক্তা ঙায়রে।

# হায়দোক্লগা য়াংগনি ।

ইম্ফালদগী অৱাংলোমদা কিলোমিটর নিপাল্লোম চৎলগা ইবোমচা কৌবা নুপা অমা লৈরম্মী । লৈকায়গী মীশিংনদি মাবু ইবোদমক কৌনরম্মী মহাক ঈশ্বরবু য়াম্না নুংজিরম্মী । ময়ুমদসু লাইশং শাদুনা লাইগী মুর্ত্তি লাৎলম্মী । অয়ুক খুদিংগী শ্রীগোবিন্দজী খুরম্মী । অফিসকী থবকসু তৌরম্মী । মাগা য়াম্না লুনা তিন্নবা চাওরেন কৌবা অমা লৈরম্মী । অফিসকী কান্টিনদবু ওইরবসু মরক মরক্তা চাওরেনবু লাই নিংহন্নিংবদগী ঈশ্বরগী ৱারি হেক হেক লিরম্মী । নোংমা ইবোমচানা অফিসতগী ছুতি লৌরগা বৃন্দাবন চৎপদা চাওরেনবুসু হৌরম্মী । চাওরেন্না য়ারমদে । অমুকসু য়াওশং ঙকয়াদ জগৎনাথ ক্ষেত্রদ চৎকদৌরি চৎলুসি হৌরম্মী । লাই নিংবা, লাই খুরুম্বা চৎপা অমত্তা চাওরেন য়াবা লৈতে । অদুমক্তি ওইরগা ঈশ্বরদা ভক্তি লৈবগী থবক, মীনা নুংশিনবা ৱাঙাং শাঙাং, বৃন্দাবন থাগৎপা, হরিদ্বার ঋষিকেশ কী ফজবা, জগনাথ ক্ষেত্রগী মীয়াম ১সুং ফজবা পুন্নমক্কী ঙাংবা শকপদি চাওরেন অদুম মনাকোংদা তাশিল্লি । নোংমতসু ইবোমচানা ঙাংলিঙৈদা মানা য়েৎপা খোৎপা, লাই থাজবা ১সুং থাজদবগী মওং অমত্ত উৎলমদে চাওরেনগী য়ুমদি কৈশামপাত্তনি । মখোয় অনি অফিসতা নত্তনা ছুতি মনুং ওইরবসু নোংমতা লম্বী লমখাংদা থেংনরমদে । ইবোমচানা মাবু নুংশিবমুক চাওরেন্নসু মাবু নুংশিরম্মী । মখোয় অনি ইতাউ শান্নরম্মী ।

চহি খরগী মতুংদা নোংমা বন্দ নুমিৎ অমদা মখোয় অনি কৈশামপাৎ থোং ময়াদ অয়ুক্কী পুং মাপন অদুৱাইদা থেংনরম্মী । হেক থেংনবগা অমনসু ইতাউ অমনসু ইতাউ কৌনরম্মী । মখোয় অনি হোটেল অমদা চা থকমিন্নরম্মী । কুইনা উনরুদ্রবদু মঙায় করি চাখিসিগে করি থকখিসিগে হংনরম্মী । অদুবু মখোয় চা-দগী হেন্ন থক্লমদে । চাওরেননা ইবোমচাবু চাক চরা অমত্ত চামিন্নসি হায়দুনা ইবোমচাগা লোয়ননা ময়ুমদা

হনজিল্লক্লম্মী । ময়ুমদা নুপী অঙাংদা চাক ইনশাং হাউনবা তৌ মরুপ অমগা লোয়নননা চামিন্নগদবনি হায়রগা মখোয় অনি অচিকপা কা অমদা চংলম্মি ।

মখোয় অনি চাক ঙায়বা ওইনা ৱারি শান্নরম্মী —

চাওরেন — ইতাউনা হায়খিবদাই । হৌজিক কলি যুগনি । কলি যুগতদি ঐখোয় ইশেন পংহাত্ত হাৎনরনি । মতে মনাউ নুংশিনরোই । মচিন মনাউ নুংশিনররোই থকসি খাসি লৈনরবোই । পোৎচৈ মুন্নরনি । অমগী মপোৎ অমনা লাক্লগা চাপ্ত্রনি ।

ইবোমচা — মানি চুম্মী ইতাউ ।

চাওরেন — ইতাউ ঐ সুম তাজবদা পৃথীবিনা পোকপা চহি করোব নিফু হেল্লে অদুগা মীওইবনা পোকপা চহি কবোর তরামুক ফারম্লগনি হায়রি । ঈশ্বরগী উ-ৱা, নাপী শীংনা, শা-ঙা জিবা ময়াম শাবদা তাইবং মীসু শারবনি হায়বি । ইতাউনা হৌজিক অসি কলি যুগনি নুংশিনররোই হায়বিরি । কলি যুগকী মমাংদা দ্বাপুব যুগ ওইখি । যুগ অদুদ কুরুক্ষেত্র লাঞ্জাউ থোকখি । দুঃযধন, দুঃশাসন শকুনিনা লাল তৌননবগী মচাক ওইখি । মসিগী মরমদা নোংমা ইতাউনা ঐঙোন্দা শ্রীকৃষ্ণগী লিলানি হায়বিখি । কৃষ্ণগী লিলাদ শিখিবা মীয়াম অদু হৌজিক ফাউবা শিবসিনা য়ৌবা ঙমদ্রি হায়রি । দ্বাপুর যুগকী মমাংদা ত্রেত যুগ ওইখি । মদুদা খা ভারতকী য়োঙয়াম অদুগা লংকাগী প্রজা কয়া হাৎলি হায় । অদুদসু ইতাউনা শ্রীহরিগী লিলানি হায়বিখি ।

ইতাউ, হৌখি হৌখিবা যুগনা কলি যুগতগী হেন্না ফৎখিদে, ইতাউগী শ্রীহরিদতা তাইশিনৎদো মতু য়াই মহাক অশেংবা ঈশ্বরনি ।

মীওইবনা হেক লৈরকঙৈদগী হিংননবগী চিঞ্জাক থীবা কোয়চৎ চৎলি । শা, উচেক, অফং অফংবা পুংচা চাদুনা লাকপদগী মী থেংনৈ,

মীসু অদুম চায়' । ইং ১৪৯৪ জেনেভা মচা কলম্বসনা অমেরিকাদ থুংবদা পাগান জাতিনা মী ফারগা চাবা থেংনরম্মী । ইতাউ, জিবা পুম্নমক অসি মাগী মাগী হিংননবা চাজবনি । লমহুইনা ঙানু খুনু, লাকই হিংননবনি । ইপোৎ চেকশিনজব তাই । কৈনা শজি শঙাই ষন চাই । মহে মহে অঙম অঙম্বা ফা ফাদুনা চান্নবনি । নাপীবু শগুপ শায়বা জিবশিংনা চায় । নাপী চাবিনবা লৈত্রবদি পৃথীবি অসি নাপীগী নাপী ঙাক্তা ঙায়রনি । নাপী চাবা জিববু কৈ, নোংশা, শওম, লমহুইশিংনা চাবি । নোংশানা লমশণ লাকপা উরগা ঐখোয়না হরে কৃষ্ণ, হরে কৃষ্ণ শোনজৈ । ইতাউ নোংশা, কৈ, মখোয়গী জাৎসি লৈত্রবদি, নাপী মহে মরোং চাবা জিবা ঙাক্ত ঙায়রবদি পৃথীবিদা অশং অমান লৈররোই । ঐখোয় অশং অমান, মহে চাবা জাতি ওইররোই । জিব অমনা জিব অমবু ফারগা চাবা করিসু দষ লৈরোই । অদুবু শাশিংনা তৌনরবসু মীদি রাখল লৈবা জিবনিনা তৌনদে । মীদি খ্বায়দগী তমথীবা শানিনা কাংবু কাংবু নায়নদুনা হাত্তোক্লরম্মী । মরম অসিদগী মীগী মশিং হেনগৎপা ইঙম ঙম্নদে । কলমবস্না মফম অদুগী মীশিংদা "মখোয়না নুপী চাদ্রিবা করিনো" হংলম্মী । মখোয়না খুল্লম্মী — নুপীদি খায়, হাউতে ।

কলম্বসকা ভাস্কো দা গমাগা অনিনা লৈবাক পুথোকপগী লময়ানবা ওইবদগী ইউরোপ ১সুং অমেরিকানা অফ্রিকাগী নেগ্রো নুপামখৈ ফাদুনা জহাজদা পোরকপদা দেঙ্গি লায়নানা নাদুনা তুম্ন তুম্ন হাৎখিবা ১সুং জহাজ হন্ন হন্ন চত্তুনা ফাবিবা কয়াদগী হিংহৌবশিং মীনাই ওইনা থল্লিবসিনি । কয়ানা তমথিরবা মীনো । শা হায়বসু মীনি । হিংচাবা হায়বসু মীনি, তম্নরাই হায়বসু মীনি, ভুৎপ্রেৎসু মীনি মরম অদুনা ঐখোয় মী ফনবা হিদাক য়াম্না দরাকর ওই।

চাওরেন — নহানমখৈ ইতাউনা ঙাঙ্গুঙগা ঐনা তাবা ওইদুনা লাকই । ঙসিদি ঐসু খরা ঙাংগে ।

ইবোমচা — ঙাঙবিয়ু ইতাউ তাজগে ।

চাওরেন — পৃথীগী অখং অহেংশিংনা ঈশ্বর অসি অমত্তনি হায়না লৌই । ঐখোয়না প্রকৃতি খুৎশেম হান্নরিবসি ঈশ্বর মাগী খুৎশেম হায়বনি । ঐখোয়না উরিবা নুমিৎ থা, থবানমিচাক গ্রহশিং উ মা শা, মী ঐখোয় পুম্বা ঈশ্বর মানা শেম্বনি । লাই (ঈশ্বর) মাদি লৈদুনা ঐখোয়বু শেম্বী শাবিবা ওইরবসু ঐ ঐগী শক্তি (পাঙ্গন) গী মতুং ইন্না হিংনবা ঙাক্তনি । শক্তি কয়ানা তিন্নদুনা শেম্বা থৌনা ফবা তীন্‌কাঙ, উচেক মায়া, শাঙা, উ, তাইবং মী কয়া কয়া পৃথীবি অসিদা পোকপ্রবনি । মখোয় কনা অমত্তা অশিবগী খয়াত্তগী নাহ্লোকপা ঙমদে । অদোম্না লাইনি হায়রিবা কৃষ্ণ, রাম, যিসু চৎপ্রে । মরমদি জিবশিংগী হকচাংদা মতম চুপ্পা শক্তি তুংশিন্দুনা লৈতে ।

লাই (ঈশ্বর) হায়বসিদি মামুক চউবা অমা লৈতে । মাদি পুম্নমক্কি মপুনি । মঙোন্দা কৎপা ইতিক লৈতে । মাদি অয়ুক নুংথিন্দা নুমিদাংদা উবা থা থবানমিচাকশিংগীসু অমত্তা ঙায়রবা মপুনি । লৈবাক খরনা মাবু গোদ হায়না খুরুম্মী । ঐখোয়না সিদবা মপু কৌই । মুসলিমশিংনা অল্লা হায়না কৌই । মঙোন্দগী ঐখোয়না নিজগদবনি । লাইদি ঐখোয়দা পাঙ্গল থৌনা লৌশিং পিপ্রে । মরম অদুদগী নং, মা, ঐ, ওইদুনা লৈনরি ।

লাই হায়বদি অচুম্বা হায়বনি । অচুম্বা চৎপা, অচুম্বা পাম্বা, জিবশিংদা হিংশা তৌদবা, পুন্সি নুংশাংই । পুক্নিংদা অকি তুচুংবা, অনাবা অমত্ত লৈরোই হায়রি । মীপুম খুদিংনা নুংশিনা চান্ন তৌগনি । ভারত কী প্রাইম মিনিষ্টর ওইরম্বা পুম্নমক ঐখোয়না কাউরে । প্রাইম মিনিষ্টরসু ওইরমদবা, ভারত সরকারগী ফম অমত্তসু পায়রমদবা মহাত্মা গান্ধীবু ঐখোয় মীওইবনা হেক লৈরিবা মখে মাবু কাউবা য়ারোই । মহাত্মী অচুম্বা পাম্বা, মানা অফ্রিকাগী প্রজাশিংদা তম্বীবা তাকপীবদা নত্তনা মখুৎমক্কা থবক্ সুবা নোম্বা য়াউদুনা অফ্রিকাগী প্রজাশিংবু অঙকপা পোকহনবি । অফাউবা মী কয়া পোকপ্রে ; অদুবু মখোয় অয়াম্বা মাগী লৈবাক, মাগী মরমদমগী থাখন

তৌবা, শেম্বা শাবা তৌই । গান্ধীদা অচৌ মচা ঐগী লৈবাক মীগী লৈবাক খায়দনা থবক তৌখিবা পুম্নমক ঈশ্বরনা য়াই । মরম অদুমক্তা মহাকপু মহা-অত্মা কৌবা তাইতল পিখি ।

ঈশ্বর মঙোন্দা ঐখোয়না অমুক করিবু কৎখিগদগে ? মাবু নিংশিংবিরগা অচুম্বা তৌবিয়ু । মামুক মবুক ফবা লৈতে । মঙোন্দা কনাগুম্বনা খংদবদগী পোৎ কৎলি । অদুবু মাগী মখুত্তা য়ৌদে । অখঙ্ অহৈ শাবা অমনা কৎপা পোৎ অদু লৌথোকপিখি । মীনা খংদবদগী মঙোন্দা পোৎ কৎলি ; য়াম্মিসু হায়দে, য়ামদেসু হায়দে । মঙোন্দগী পোৎ চৈ চান-থক্লবা নিজে । খক পিরকপা কৌবা লৈতে । মাগী মমাংদগী অচা-অথক অথুম অহাউ লৌথোকই । করিসু হায়রক্তে । লাই মাংদা মী শা মঙক ককই । মাদি অদুম য়েংদুনা লৈথোকই । তৌগনু মদু ফত্তে হায়দে ।

নোংমা ঐনা অহল লাইনিংবা অমগা উনবদা মানা হায়খি — অসুক চাউখ্রবা জগৎ সংসাবগী মপু মহাকপু ঐখোয়না নুংশিজে । ইবুংঙো মহাক্কী লৈফম খংদবনা চান থক্লবা কৎকদবসু কৎত্রে ; খুকমগদবসু খুরুমদ্রে । মহৌশাদি ঐজ্ঞা রামদাশকিদা হেক হেক কৎলম্বনি । মাগা ঐগা কৌনদবদগী মাগীদা কত্তবা কুইরে । হৌজিক্তি শং মচা অমা শাদুনা ইবুঙো মহাক লাৎপা য়ানি হায়দনা লাৎলে । মতম খর লেপ্লুরবনি কয়াদি নুংঙাইত্রে । ঐনা মরক থৎনা হংখি — করিগীনো ? পাবুং বামনগা খৎনবা য়াব্রনে ? অহল অদুনা ঐঙোন্দা শাউরংননা য়েংঙগা খুমখি — লাইদ কৎপদা ইবুঙো য়াম্মি য়ামদে হায়ফম থোক্তে । লাইদি মী ঐখোয়না তৌরিখৈ য়াবনি । লৈজ লৈজবদা কৎলু হায়বনি । অদুদা মাগী রামদাশ হায়বা অসিনা ঐঙোন্দ "হে অহন, য়াম্না কৎলগা মহৈ চাউবনি, খংদ্রো, খিত্তং কৎলদি মহৈ ফংলোইনে" সি হায়রকপনিদা । অদুদা ঐনা ঐজ্ঞা লাইদি ঐঙোন্দা য়াম্মিসু হায়দে য়ামদেসু হায়দে অদুগা মখোয়না নুপী অঙাংদা ঙাঙগদবা ব্রা ঐঙোন্দা হায়বি । ঐজ্ঞাগী লাই মঙা তরুক অসি লগাউ মফ্রু ওল্লবোইরে ;

ঐদি হৌজিক্তা খংজরি । কয়াম কৃইরে লগাউ মরু ওনবা ? নুঙায়দকো ঐদি হয়েংদগী লাকচবরোই । অদুগানে ঐনা লাক্তবা হায়বসে ঐগী ইতুংদা লৈবা মী কয়া লাক্লরোইদবনি খংউ । অসি হায়রম্নগা ঐখোয় ইমুং ফনা য়াম্মি মখোয়দা কংপা তোকপা ।

অসুক চাউখ্রবা জগৎ সংসারগী মপু মহাক কদায়দা লৈ, মহাক ঐখোয়না শাবা শঙ অসিদা লৈ হায়না খঞ্জরগা ঐখোয়না লৈবাক্তা বোড়াগা তোংনরগা লাই শারগা শঙ অসিদা লাংচবনি । অদুগা ঐখোয়না নুতিগী অঙম অঙম্বা কংচরে, মতম খরদি লেপ্পুরবনিনে । অহল অসিনা খল্লিবসি "ঈশ্বর হায়বসিনা ঐখোয় পুম্নমকপু শেম্বি শাবিবা তৌই । মাবু ঐখোয়না নুতিগী পুজা তৌফম থোকই হায়বনি ।

ইং ১৯৫৩ দা চিনাদা য়ুহার হাবদা মী লাক্ষ অমামখায় শিখি । সুনামিনা মী লিশিং লিশিং মরক মরক্তা হাংলি । ইং ২০১০ গী জানুবারী ১৭ হাইটি দা) য়ুহারদা মী ২০০০০০ শিখি । লাল কয়া থোক্লুনা মীশি মীনা কয়া নংখ্রে । হিরোসিমা ১সুং নগাসাকি উং ওনখ্রে মী লাক্ষ অনিসু শিখি লাইমাংমক্তদা মীনা মীবু তান্ন তান্ন হাংলি । লাইগী সেবা তৌজবা সেবারি ময়াম লাইশঙদা কনবিনবা চেনশিনবা ময়াম হাত্তোকপিখি । মদুদা লাই মাদি নোকমি নোকমি তৌদুনা নক্তগা শাউনা য়েংদুনা লৈহৌই । য়ুহার হানু হাযদে, লাল তৌগনু হায়দে, বোম থাদগনু হায়দে । মাগী সেবা তৌবা মী ফাউবা হাংপদা য়েংদুনা লৈ ।

দয়ানন্দ স্বরস্বতি কৌবা অফাউবা নিপা অমা লৈরম্মী । মানা অঙাং ওইরিঙৈদা মপা ইবুংঙোনা নুমিদাংদা সিবরাত্রি পুজা তৌরম্মী । লাইগী মাংদা কংপা অচাপোৎ অমত্ত মানা চাগে হায়বদা য়ারমদে । মঙোন্দা মপানা ঈশ্বরনা চারবা মতুংদা ঐখোয়না চাগদবনি" হায়রম্মী । অহিং অথেংবদা উচি ময়াম লাক্লুনা লাইগী মাংদগী অথুম অহাউ চাবা উবদা মপা তং কন্না নোমদুনা হৌদোক্লম্মী । অদু ফাউবদা মপা অদু নাখোক্লুনা

তুম্লম্মী । মপাদ মুর্ত্তি লাত্তুনা ঈশ্বর নিংবিগনু হায়জরম্মী । মপানা মাবু ফুবিরম্মী । খর লৈরগা মহাক ময়ুম থাদোক্তুনা ঈশ্বর থিবা চৎখি । মানা ঈশ্বর লৈতে হায়রম্মী ।

কার্বলাগী লালফমদা মপুরোইম্না কায়নরবিশিংগী মীকপ মীরাউখোল কনানা তাখিবগে ? হজরৎ মহম্মদনা তাখি । তুরেন্দা কুমথরগা ঈশিং খুজোক অমা থাংকৎলগা থক্কে তৌবদা মাগী লানমীশিংনা ঈশিং ফংদদুনা শিখিবা অদু নিংশিংলগা ঈশিং থক্লমদে, মপুরোইবা শিখিবগী মীকপ মীরাউখোন্না মনাকোং অনিদা শীংজানা য়েবদগী মহাক তুরেন্দগী কাখৎলম্মী অদুগা লালদা হিংহৌবা নুপাশিংনা নুপীশিং অসি য়েন্নদুনা লৌশিন্নবা হায়রম্মী । মহাকপু ঈশ্বরগী লাইপাউ পিবা মীনি হায়না ঐখোয়না ঙসি খংনরি ।

পাক চাউরবা অফ্রিকা মহাদেশকী নুপা পুম্বা ইউরোপ ১দি অমেরিকাগী হিংচাবশিংনা (মী ফত্তবশিং, ইউরোপ অমসুং অমেরিকানশিং) ফার ফারগা জহাজদা ঙারি নম্বগুম নম্মগা পুবিরক্তুনা য়ুমগী মীনাই ওইনবা লৈবা, শন শেন্নবা, ইংখোল কোয়নবা, চুগী ফার্ম, চুজাক্কী ফার্ম, হিদাকমনাগী ফার্মনচিংবা তৌনবা লৈনৈ । অফ্রিকাদা নুপা পুমতাক তাক্লে । লাইরবা তোল্লবিশিংন মচাশিংগা লোয়ননা লৈহৌরি । মীনুংশি মচেৎ অমত্ত য়াউদ্রবা হিংচাবশিংনা মখোয়বু পিজ পিথক্লবা ফারুবা, লৈরুবা তৌবা নত্তে । নোংমদা পুং ১৬ থবক সুহন্নবনি । মপুরোইবশিং অদু নোংমা লাক্কনি খল্লি, লাক্তে । ঙসি খল্লি, লাক্তে । চাদ থক্তন কয়া ঙায়রে লাক্তে । নুপী অঙাং বোম বোম তুদুনা শিনরে । ঈশ্বর মহাক্তবু কৌদুনা লৈজখি । ঈশ্বর মহাক লাক্লগা লমন খুম্লখিনি খঞ্জখি । অদুম্মক লাকখিদে । পুয়া, পুরান্দা, ইপিকতা, মিথোলোজিদা ভাবনা শাবা য়ারি, থোকখিবা খরা, মীনা পাবদা নুংঙাইনবা ইবনি । অশেংবদি লোয়নমক ওইদে ।

হিরন্যকাসিপুগী মচা ইবুঙো প্রহলাদ মপানা হায়বা য়াদে । শ্রীহরি নিঙজি । মপা ইবুঙোনা শাউদুনা অঙাং ওইরিবা প্রহলাদ চীংদগী থাদে

শিখিদে ; মৈদা লগুশিল্লি শিদে । নোংমা মপানা প্রহলাদতা হংখি — "নংগী শ্রীহরি অদু কদায়দা লৈ" । মচান খুমখি "ইবুঙো মাদি মফম খুদিংদা লৈ উখোং অসিদসু লৈ।" ঘা অদু তাবদা হিরন্যকাসিপুনা মখুত্তা পায়বা শীংজংনা উখোং অদু য়াল্লম্মী । হেক য়ানবগা উখোং অদুদগী নরসিংহ থোরকখি অদুগা হিরন্যকাসিপু হাৎখি । লাই থাজবা পোক্লবা (শুমহৎপা) ঋারিনি । থো কখিবা নত্তে । থোকখিবা ঋারিবুদি শেমজিন শাজিনবা ঋারিনা হেন্ন ফজে হায়দুনি ।

— মহারাজ হরি চন্দ্রগী দান তৌবদা হালেংবা লৈতে হায়বা তাবদগী কয়াম ঙম্বগে খংনিংদুনা হরিচন্দ্র মহারাজনা ব্রহ্মন অদুগী পেন্নবা "করি তৌজৌগে করি হাবিগনি" হংলম্মী । ব্রহ্মন না হায়রম্মী "নংগী নচা নুপা অমা লৈবদো ইমাংদা হাৎলো অদুগা শেল্লো অদুগা নিংথিজনা থোং থাক তৌরো । ঐ মতম কুইনা লাই নিংবদা ইশা অসি শোম্বরে কনখৎহনগে" । হরিচন্দ্র মহারাজনা খুদক্তা মচাবু হাৎলগা থোং থাক তৌরগা ব্রহ্মন অদুদা পিজরম্মী । চাবা থকপা লোয়রবা মতুংদা ব্রহ্মননা "মহারাজ, হৌজিক্তি ঐ পেল্লে চৎশ্রগে" হায়রম্মী । মহারাজনা খুরুমদুনা বিদায় তৌরম্মী । ব্রহ্মননা হায়রম্মী "মহারাজ ঐনা হল্লমদায় মীকুপ অসিদা নচা ইবুঙো অদু অমুক্তা কৌবিয়ু ।" মহারাজনা মহাক লৈখিদ্রবনিনা ঐ কৌজররোই হায়রম্মী । ব্রহ্মননা অমুকসু হন্ন কৌননবা মহারাজদা তক্লরম্মী । মহারাজনা "ইচা ইবুঙো কৌরম্মী । খুদক্তা পাবুং মহারাজ হায়রগা চেম্ছোরক্লম্মী । মপা মচা কোন্নরিঙৈদা ব্রহ্মন অদু লৈরমদ্রে ।

মতাং অমদা অমুক মহারাজ হরিচন্দ্রগী মথক্তা চাংয়েংবা বিশ্বমিত্রা মুনি কোনুংদা লাক্লম্মী । চাক ঈশিং চাবা থকপা লোয়রগা নিংথৌদা দক্ষিনা তৌনবা, হায়রম্মী । নিংথৌনা সনা তাঙ্গ অমা দক্ষিনা তৌরম্মী । অদুবু মুনিনা নিংথৌদা "নংগী লৈবাক পুম্বা অদুগী মথক্তা সনা তাঙ্গ তরেৎ অমগা দক্ষিনা তৌদ্রবদি বিশ্বমিত্র ঐগী ইতিক খংগনি" হায়রম্মী । হরিচন্দ্র ১সুং মহারানী মমা মচা পুল্লপকী অশিৎপা সনানা দক্ষিনা তৌথ্রে । মহারাজ হরিচন্দ্র মী অশিবা মৈ থাবা ওইথ্রে । মহারানীনা ফত্রবা

ব্রহ্মন অমগী মীনায় নুপী ওইখ্রে । ব্রহ্মন অদুনা মীনায় নুপীগী চাক পিবদা অঙাংগী শরুক তমদে । মতম চুপ্পদা অঙাং অদু "লংশেকখ্রোদা" হায়দুনা লৈবনি । নোংমা য়াচং নুমিৎ অমদা অঙাং অদু লিন্না চিক্লম্মী । অশিব অঙাং অদু মৈ থানবা শীং লৈনবা শেল খজিক্তং পীয়ু হায়বদা ব্রহ্মন অদুনা য়াবিরক্রে । অশিবা মচা অদু কোম্দুনা মী শিবগী সংস্কার তৌফমদা পোরক্লুনা "ইচা অসিগী সংস্কারগী শীং লৈনবা শেন্দি লৈজদে" হায়রম্মী মদু তাবদা হরিচন্দ্রনা "হে নুপী শেল পিদনা নংগী নচা সংস্কার তৌবা ঙম্মোই" হায়রকখি । অদুম্না ঙাংনবিঙে চৈরক অদুদা নোংথাঙ কুপ্পকখি । মীকুপ অদুদা মখোয় অনিগী মশক উনখি । মখোয়না "ইচা রোহিদাশ শিরবা ! ঐখোয় অনি হিংবগী কান্নবা লৈত্রে" হায়রম্মী । খুদক্তা রোহিদাশ হিংগৎলকখি । অমুক নিংথৌ মহাবানী ওইখি । নিংথৌ মহারানী কয়াদ অখাং কনখ্রবা, ব্রারিনি । মুনির্শিং ঋষিশিং ব্রহ্মনশিংবু অব্রাংবা থাক্ত লৈনবা, মখোয়বু কিনবা, মখোয়না হায়রিখৈ য়ানবা লিবা ব্রারিনী ।

চাওরেন — ইতাউনা লাই কন্ন নিংবিরিবসে, করম্বা ব্রাখন্দগী নিংবিরিনো ? নশাগীদমক্তরা নক্তগা ঐখোয় খ্বায় পুম্মনক্কী য়াইফনবসু নিংবিব্রা ?

ইবোমচা — অদুগীবুদি ইতাউ মানা তৌবনা মানা ফংবা, ঐনা তৌবনা ঐনা ফংবা । ঐনা ঈশ্বরবু ইরাৎ পুজা তৌদুনা নুমিৎ খুদিংগী খুরুমজরি । ঈশ্বরনা ঐবু থৌজানবিবদগী ঙসি ফাউবদা ইমুং মনুংদা অনা অয়েক লৈজদে ।

চাওরেন — ইতাউগী লৌ কয়াম লৈবগে ? ঈখ্খোল কয়াম চাউবগে? ইচা নুপানা কয়ানো? ইচা নুপীনা কয়ানো ?

ইবোমচা — ইতাউ পরি অমা লৈ । ঈখ্খোল পোইন্ট কুনমঙা চাউবা লমনি, ইচা নুপা মরি, ইচা নুপী অহুম অঙাং তরেৎনি ।

চাওরেন — মখোয়গীদমক্ত ইতাউনা করি করি থম্বিরে ? লৌ অদুদি অহন্ন থম্বীরম্বা? চাবা কোন্নব্রা ?

ইবোমচা — ইপা ইমানা থনম্বা লৌ ঈশ্খোলনি । ঐ করি অমত্তা লৈশিনবা ঙমদে । চাবদি ঐখোয়না লৌ উরগা চাবনিনা ওকই । ইচা নুপিশিংদি লোয়না লৈশাবী ফারবনি ।

চাওরেন — থবক তৌমিন্নবা ফনা কুইরে । বেঙ্কতা শেল কয়াম থমজিল্লগে ?

ইবোমচা — কদায়দগী শেন্নোদা ইতাউ । ঐখোয় লব্রাই মীনা বেঙ্কতা শেল থম্বা হায়বসে তৌনদে । নচন নুপীদুসু মচাশিংগা লোয়ননা ফিশা লোনশা. খর তৌবা অঙাংশিংনি । স্কুল অমুক কা অমুক কাদা তৌবা জাত্তুনি । শেলগী ব্রা পন্নগুমসি । শেল তুংশিল্লি, হৌজিক খর লৈরগা বৃদ্দাবন চংপা ঙম্নবা অসি মঙায় ।

চাওরেন — নুপী অঙাং য়াম্না লৈববনিনা শেল তুংশিনবগী থবক তৌবিয়ু । ইচাশিংগী লুহোঙ খোংদোংবদা শেল চংগদবা য়াম্না লৈ । ইতাউ, লম চত্তুনা লাই খুরুম্বা তোকপিরো । মীরক্তা হিংগে খল্লবদি শেল য়াউদনা করিগুম্বা থবক অমত্ত তৌবা য়ারোই । ইচাশিংগী মথৌ মঙম থোক্লকপদা মীগী মতেং য়াউদনা তৌবা ঙম্নবা হোৎনসি । লৌ ঈশ্খোল কায়থোক্লুনা শিজিন্নরবদি লৈহৌবা মখোয় করি চাগনি ? লৌ পরি অমা অসি শঙম মরিনি নচা অমমমদা য়েনবদা শঙমগী তংখায় অমমম থুংই । ইতাউনা লাই নিংবনিনা লাই নিংবগী মহে, ইতাউতনা ফংগনি হায়রি । ইতাউনা পোকপা ইচাশিংদি লাইগী মহে ফংলোই । মমা মপা ওইবা ঐখোয়বু ইচাশিংনা মনিং থুংদ্রবদি মতৌ য়েংবা ঙম্লোয় । মমা মপাবু চাথোক্লক্কনি । ইতাউ, য়ুমদা লৈনা লৈনা শেল তীংদনা ঐ লাই নিংই, ইতাউসু নিংবিয়ু ।

অচুম্বা চৎপা, অচুম্বা ৱা ঙাঙবা, মীনা মীবু ব্যাবহার তৌবা, মীগী মতেং পাংবা, কল্লক মীহৌবা লৈতবা ইমুং খুদিংমক চাবা থকপা ৱাত্তনবা হোৎনবা, হুই, হৌদোং শা ষনদা নুংশিবা উৎপা, চারোইদবদা হাত্তোকপিদবা, মীগী মতেং পাংবা, শেন্দোয় চাদবা, উ, ৱা, য়াম্থুৎপিদবা, য়াম্থুৎপিবগী মহুৎ থাজিনবিবা, হৱাগাড়ি, স্কুতর, ইঞ্জিন পানবা ময়ামসিগী মৈখু থাদোক্তনবা হোৎনবা, মৈখু থক্তবা, নিশ চাদবা, দ্রগ চাদবা, দ্রগ য়োন্দবা ওক্তবা মীগা তিন্নদবা, দ্রগ য়োনববু অচৌবা দন্দি পিবা । মসি ওইগনি ঈশ্বর হায়বদো ।

নুপী অঙাং লৈরবা ঐখোয়না নিংগদবা লাই হাযববু অসিনি । অসিদগী হেন্ন ফবা মওংদা লাই নিংবদি নুপী অঙাং লৈত্রিঙৈদা তৌনৈ । সিদ্ধার্থ গৌতম্মা অঙাং ওইবিঙৈদগী মীওইবা ১সুং জিবপানবশিংগী ৱাখল তৌদুনতা লৈরম্মী । মদু উবদা মচাগী ৱাখল হোঙনবগী গোপা কৌবী অমগা লুহোঙবিরম্মী । খর লৈরগা মচা অমা পোক্লে । মতম অদুদা সিদ্ধার্থনা নিংজবা পুম্বা কায়বা তারে খন্দুনা অহিং অমা শগোল শারথীবু অরাপ্প উমঙ অমদা থিন্দোকহনখি । ইতাউ, ঐ সীদ্ধার্থগী ৱারি তৌজগে - অঙাং (গৌতম 563-483 BC পোকখিবা) ওইরিঙৈ সীদ্ধার্থ কৌরিঙৈ গৌতম কৌবী নুপী অমনা য়োকপিরিঙৈদা মাগী পোক্লফম লমদম নেপাল তেরাইদা মপা ইবুঙোগী শগোল শারথীগা কোইমিন্নবদা উরকপা কনানা চানিংঙাই লৈতবগী ৱাবা, কনানা অহল ওইশিল্লকপগী ৱাবা, কনা অমনা সড়ক্কী মতাইদা অৱা চৈনাখোল খাঙজবা, মীয়াম চৎদুনা অশিবা পুথোরক্লগা কপ্পা লাউবা তৌবা উরকখি । অঙাং ওইরিবা মহাক্লা শারথীদা হংবদা শারথী অদুনা ময়েক শেঙ্না শেঙ্না খুম্বীরম্মী । "ঐখোয়সু অকোন অহানগী ৱাতনি, লোয়নমক শিগদবনি"।

মীয়াম অমনা মী খর মখুৎ তুংবুন্নদুনা ফু ফুদুনা পুরকপা উবদা মানা শারথীদা হংলম্মী । শারথীনা খুম্লম্মী "য়ুবরাজ, মখোয় অসি মীগী শেল নত্ত্রগা পোৎ লৌশিল্লগা শিংবা ঙমদবদগী ফারগা ফুনা ফুনা, ৱায়েনশংদা

পুরিবনি ”। পাউখুম অদু তাবদা য়ুবরাজ মশা শোন্থরম্মী ১সুং ‘কোনুংদা হঞ্জিল্লসি’ হায়রম্মী । নোংমসু অশিবা অঙাং অমা মখোয় খরনা মুন্নবা থেংনরম্মী । খংদবদগী য়ুবরাজনা শারথীদা হংলম্মী । শারথীনা খুল্লম্মী । “অঙাং অসি শিরবনিনা পোলোইরসি হায়বদা মমা মচেশিং অসিনা “ঙাইখো, ঐখোয় অমুক্তা পেন্ন কপচখিগে ইচাশি কোন্দুনা হায়বনি” । “শারথী ঐ নারে । কোন্নুংদা হল্লসি” হায়রম্মী । মহাক লুম্বিনি লৈকোন্দা লোন্না লোন্না চেন্দুনা ব্রাখল তৌরম্মী । মফম অসিদনি মমা ইবেম্মা ময়াদেবীনা মাবু পোকপা । মাবু পোকপা নুমিৎ তরেৎনি শুবগা মমা ইবেম্মা ময়াদেবী সংশার থাদোকখ্রে ।

অঙাং ওইবিবৈঙদগী হৌনা মহাক অতোনবশিংবু য়াম্না নুংশিরম্মী । উচেক ব্রায়া, তিন কাং, মাগী মমাংদা মীনা থীনা তৌবিবা, হাৎপা তুপ্পা তৌবা য়াবমদে । কনাগুম্বা অমনা মীঙোন্দা তাথী তাওইনা তৌবা য়ারমদে । ব্রাহ্মনশিংনা মাগী মপাবু অফবা ওইনবনি হায়দুনা লাই তৌইনা খুরুমহল্লম্মী । মশক খংদবা, করি কবি লমদা লৈবা ব্রাহ্মননো খংদবা ময়াম অসিনা নিংথৌগী লাই খুরুমদুনা লাইদগী বড় নিরিবনি হায়দুনা নিংথৌগী মকোক্তা ঈশিং হৈবা, খুজাইদা চেং, থোইদিং লৈ, হাপ্পুনা মখুৎ লোন্নহন্দুনা অযাম্বা মতমদা লৈহল্লম্মী । ব্রাহ্মন্না তৌ হায়রিখে তৌবম্মী । মপা ইবুঙো মহারাজদগী ব্রাহ্মননা হেন্না চাউবগুম তৌবসে মহাক পাল্লমদে । অদুগা মাগী মতমদা বৈষ্য ১সুং সুদ্র (হরিজন, দলিট, চন্দাল) জাতিবু মতম অদুগী ব্রহ্মনশিংনা নোংমগী মখোয়না তাঞ্জবা শেলগী তংখায় লৌদুনা ওৎপা নৈবা কয়া তৌবিরম্মী । অসিনচিংবা ময়াম অসি করম্না কোক্নদগে খন্নবগী মহাক সন্যাসি ওইনা উমঙ্দা লৈরম্মী ।

উমঙ্দা চহি তরেৎ লৈরুরবা মতুংদা মীয়াম্না মঙাল ফংলবা মী হায়রগা খঙনবা মহাক অদু মীয়ামগী মরক্তা চংশিল্লকুনা সোসিএল ব্রার্কবগী লুচিংবা অমা ওইনা হিন্দু ধর্ম্ম শেমদোকমিন্নরম্মী । বৈষ্ণ্য ১সুং সুদ্রশিংনা ব্রানা তাঞ্জবা শেল ব্রহ্মনশিংনা লৌবা য়াহন্দ্রে । যিসু খৃষ্টনা পোকত্রিবঙৈ

মগধগী নিংথৌশিংনা খুৎকল পাঙ্গল্লিঙৌদা ব্রহ্মনশিংগী ধর্ম্ম মুথৎনবা হুল কয়া লিংলম্মী । মদুগী মনুংদা তম্বা ছাত্র খরদি বৌদ্ধ ধর্ম্মসু থাজবা হিন্দু ধর্ম্মসু থাজবা ওইরম্মী । মখোয় অদুননি বুদ্ধ শিরবা মতুংদা বৌদ্ধ ধর্ম্ম তপ্ন তপ্ন লৈখা তাহল্লকপগী মরম । নহানমুক্কী মপোক্তা ফত্তবা থবক তৌবদগী হন্দক্কী মপোক্তা বৈষ্ণ্য নত্তগা সুদ্র অসি ওইরকপনি হায়বা মহাক্কা য়ারমদে । চহি কয়ামরম মীয়াম হুপ্না থেঙনমিন্নবদগী ব্রাহ্মন, ক্ষেত্রি, বৈষ্ণ্য ১সুং সুদ্র অমত্ত ওইখিরম্মি । হায়বদি হিন্দু ধর্ম্ম অসিমক্তদা বর্ন মরি থোক্ল খায়দোক্তুনা ব্রাহ্মনগা ক্ষেত্রিগা মীচং অমা ওইরগা বৈষ্ণ্য ১সুং সুদ্রগা মীচং অমা ওইরগা নাকপাক পাকপাক তান্নদুনা খৎনবা পুম্ন মক তোক্লম্মী । মখোয় অমগা অমগা চারৌ মৌরৌনরম্মী । ব্রহ্মন ১সুং ক্ষেত্রিনা পৈশিল্লম্বা লনথুম পুম্বা বুদ্ধদেবদা কৎলম্মী । মদু পুম্নমক বুদ্ধনা লাইরবশিং খন্দোক্লগা য়েঙ্খোকপিরম্মী । মহাক্কা হায়রম্মী নহানমুক্কী মপোক হায়বা লৈতে, মথংগী মপোক হায়বা লৈতে । ঈশ্বরদি সুক্কে লৈতে । মীওইবনা শিবদা থবায়দি শিদে হায়বসে মহাক্ক য়ারমদে ।

বুদ্ধনা সৌর জগৎকি মরমদসু য়াম্না মমুৎ তানা নৈনরম্মী । ঈশ্বর লৈতে হায়বা, লাই থাজদবা মহাকপু, ব্রহ্মন ওইরগা বুদ্ধগী মায়খুম উপ্না খরগী মচা মশুশিংনা বুদ্ধবু হিন্দু ধর্ম্মগী দশ অবতারগী মনুং চনশিনবিরম্মী । মহাক্কা শিত্রবা মতুং চহি ৫০০/৬০০ কি মতুংদগী ভারত্ত হিন্দু ধর্ম্মগা বৌদ্ধ ধর্ম্মগা অনিমক লাৎনরম্মী । অদুদগী বৌদ্ধ ধর্ম্ম তপ্ন তপ্ন শিথরকখি অদুগা হিন্দু ধর্ম্মনা তপ্ন তপ্ন মপাঙ্গল কনখৎলকখি । মসিগী মরমদি অসিনি ইনাক খুনবা ১সুং ব্রহ্মন মখোয় অনি মান্নরগা থবক সুদনা লেমজা চাবা য়ানবনি । অমুক হন্ন অমোৎ অকায় সুবশিংবু বৈষ্য ১সুং সুদ্রশিং হিন্দুগী লাইশংদা চংবা থীংলম্মী । বুদ্ধদেব মশানা ইবা লাইরিক কয়া মাঙহল্লম্মী । কয়া অমা হিন্দুগী মমিং মথা ওঙ্খোক্তুনা শিজিন্নরম্মী । লাইরিক কয়া অমা লাই থাজবগী ৱারি হাপচিনবিরম্মী । মশামক মপোক তরেৎলক লৈ হায়বনচিংবগী লাইরিক ইশিনবিরম্মী । বৌদ্ধ লম্বোইবা চীন লৈবাক্তগী

লাকপা ফা-হিয়ান ১সুং হুয়েন শাংনা বৌদ্ধ ধর্ম্মগী লাইরিকশিং ১সুং বুদ্ধনা শিজিন্নরম্বা পোৎচৈ ময়াম মাঙহনখিবগী মপুক্লিং নুঙায়রমদে। অদুবু মখোয়না বুদ্ধগী খোঙগুন, ময়া অমদি শুমচিং পুখিরম্মী।

..................

ইতাউ, পৃথীবিদা ধর্ম্ম শন্দোক্লম্বা খরনা মহাক মশা 'লাইনি' হায়জে। খরনা ঈশ্বরগী মচানি হায়খি।

ইতাউ বুদ্ধদি মহাক মশা লাইনি হায়জদে, হায়বিনবগী থবকসু তৌদে। মীশিংনা মাবু উবগা পেঞ্জে। হৌজিক্তা শ্বর্গদগী তারকপা মীগুম খল্লম্মী। মহাক কনাদসু মীত্রং তৌরমদে। মানা হায়রম্মী, ঐনা ওম্বা থবক খুদিংমক মী খুদিংনা ওমফম থোকই। পুক্লিংদা চপ যুংনা তৌগে হায়বা ৱাখল লৈতবননি। মহাক নুপী অঙাংদা অচোপ্পা থবক তৌদে। হিন্দুগী মীনা লাইনি হায়নরিবা কয়া অমনা নুপী অঙাংবু উরবদি অচিকপা তাঞ্জ য়েংদুনা পাকথমিন্নবা ওাক্তনি। লাই শাবা মখোয় খর, খা ভারত ১দি শ্রীলঙ্কাদা কুচু ঙৌবা জাতিগী নুপী লৌই ১সুং মাবু দর্শন তৌবা লাকপদা থোং লোনশিল্লি। করিগুম্বা কান্দা রেপ তৌবদা মশামক্কী নুপীনা কেমেরা লৌদুনা ফাবা, শাপ তৌবা অসিনচিংবা কোন্না লিবদা য়াউরক্কনি।

লাই শাবশিংদি মহাক মশাবু মীনা লাইনি হায়ননবা মিত্রং তৌশিল্লি। মতম অদুদা অপঙবশিংনা মাবু লাইনি হায়। ভারত্তা মগোল নিংথৌ সহজহান্না তুলসিদাসপু কোনুংদা কৌখৎলগা "নহাক রামগী ভক্তনি হায়না তাই। অদু ওইরবদি নংনা তৌবা ওম্বা শক্তি খর ঐগী ইমাংদা উৎলু" হায়রম্মী। তুলসিদাসনা "ননায় ঐদি প্রভু রামচন্দ্রতবু নুংশিজবনি। মাগী মতিক মগুন শোন্দুনা ঈশৈ শকচবা, ইজবা অসিতনি। অতৈদি ননায় ঐ খংজদে" হায়রম্মী সহজহান্ন - "নংনা ঈশ্বর নিংবগী শক্তি খজিক্তং ঐগী মাংদা উৎলু হায়বনি" হায়রম্মী।

তলসিদাসনা ননায় ঐ কবিমতত্তা খংজদে হায়বদা মহাকপু কৈসুমশংদা থম্লম্মী । নোঙাল্লগা "শাউনুকো" হায়রগা মহাকপু থাদোকপিরম্মী । লাই শাবশিংনা মিত্রং হেক হেক তৌবদুদা তুলসিদাসসু মিত্রং তৌরা য়েংবনি ।

হন্দক জেনেভাদা ফমখিবা পৃথীবিগী লৈবাক চনিরোমগী ধর্ম্মগী লুচিংবশিংনা বুদ্ধ ধর্ম্ম নত্তবদি পৃথীবি অসি শান্তি পুরকপা ঙম্লোই হায়খ্রে । (মীতৈলোন SE 20.10.09)

পৃথীবিদা লৈরিবা লাই মচা অচৌবা কয়া অসি মানা মানা থাজ । নদুনা নিংনরবসু ওলাং ওনশাউবদি নোংমা নোংমগী হেনগংলকই । পৃথীবিদা লৈবিবা ঐখোয় মীয়াম অসিবু ঙাকপি শেনবিবা ঈশ্বর অমদি লৈফম থোকই মহাক অদু করম্বনা ঈশ্বর ওইগদগে । পৃথীবিগী অখং অহৈশিংনা যাম্মা তোয়না খনবা ৱাফম্লি । হন্দক মালেমগী লৈবাক পুম্ন মক্তগী ধর্ম্মগী লুচিংবা ২০০ রোম্মা geneva গী রাউন টেবল অমদা হৌজিকসিদা করম্বা ধর্ম্মনা খ্বায়দগী ফবগে য়েংননবা ভোৎ থাদনখি । ভোট লৌনবা অদুদা বৌদ্ধ ধর্ম্মনা মশিং হেন্দুনা মনা ফংখি ।

ইকারুসকী রিশার্চ ডিরেক্তর ষ্টোন হুল্টনা হায়খি - বৌদ্ধ ধর্ম্মনা ধর্ম্ম পুম্নমক্তগী খ্বাদগী ফবা ওইদুনা মনা ফংখিবসি ঐদি থোইদোক্ল ঙক্লা থোক্তে । মরমদি যিসু পোক্কদবা চহি ৫০০ গী মমাংদগী লৈরক্লবা ধর্ম্ম অসিগী মীংদা ইতিহাসতা লাল শোক্লখিবা অমত্তা থেংনদে । অতৈ ধর্ম্মশিংদি মসিগী ওন্ন তৈনবদা তৌবা ঙাক্তনি । বুদ্ধিষ্টশিং অসিনা মাখোয়গী ধর্ম্মগী ওইবা লিক্লম অদুদা অদুম্মক চৎচরি । মশাদি খৃষ্টান পাষ্টর ওইরগা বুদ্ধিজমদা ভোট পিবা ফাডর টৈদনা অসুম্মা হায়খি - "কেথোলিক চর্চ্চপু ঐনা অসুক্কী মতিক নুংশিজৈ । ঈশ্বর মহাক্কী নুংশিববু শেংদোক্তুনা লাইরিক কয়াসু ইরি । অদুবু ধর্ম্ম অসিদা হাৎনা সুনবদি লেপ্প লৈতে । মসিনা শান্তি ওইবদি ফংলোই । মরম অসিদগী ঐনা খৃষ্টানগী

ঋাংমদা বুদ্ধীজমদা ভোং পিখিবনি ।" পাকিষ্টানগী মুসলিম পুরোহিত টালবিন ঋাশসাটনা অসুম্না হায়খি - "ঐহাক মুসলিমদা পুক্নিং লুপচবা মী অমা ওইনা ঐনা খঙলিবদি, ঙসিগী লৈরিবা সমাজ অসিদা করিসু নত্তবদা অমনা অমবু তাথি তাওইনা তৌনরক্নি । মসি বৌদ্ধ ধর্ম্মদা অদুক হাক্ল লৈতে । অদুননি ঙসি পৃথীবিদা বৌদ্ধ ধর্ম্মনা খ্বায়দগী ফবা ওইরিবসে ।"

ধর্ম্মনা অমা চৎলগা ভোংনা বুদ্ধিজমদা পিবা মালেমগী ধর্ম্মগী লুচিংবা খরনা অসুম্না হায়খি । "বুদ্ধিজম ইচম চম্বা ধর্ম্ম নত্তে । মসি য়াম্না সাইন্টিফিক ওইবা ধর্ম্মনি । মসিনা পোৎ খুদিংমক্কী তশেংবা মশক তাকই । ইসলামগুম্বা ধর্ম্ম কয়াদি য়াথং পিদুনা ইন্নবা হোৎনৈ । বুদ্ধিজমদি ঋাখল লৌশিং থোকহনবগা লোযননা থম্মোয ইং তপ্ন লৈতাহল্লি । পৃথীবিদা ঙসি ঋানরিবা ময়ামসি কোকহনসি হায়রবদি বুদ্ধিজম নত্তনা অতৈ লৈতে । অতোপ অতোপ্পা ধর্ম্মগী মক ওইবা মীশিংদা বুদ্ধগী ঋাখন চংলকপা হৌরে তাক্লবনি ।

মনিপুর ইউনিভর্সিটিগী লিংগুইষ্টিক ডিপাটমেন্টতা প্রেফেসার ওইরম্বদগী পোখারবা এম এস নিঙোম্বা আগষ্ট ১৬, ২০০৯ দা থাইলেন্দগী কোনুং বেঙ্কোকতা মালেমগী থাক্ত পুরোহিত হাপ্তুনা বেনরেবল "ভিখু অনালায়ো" হায়বা মিংথোন ফংখ্রবনা হায়খি - কাংবু কাংবু নায়না খৎন চৈনবা হাৎন সুনবা নত্ত্রগা লৈবাক্কী ওইনা নত্ত্রগা মালেমগী ওইনা থোক্লবা থৌদোক ঋাথোকশিং অসি বুদ্ধিজমনা ইরাই লায়না মাঙহনবা ঙমগনি । মীওইবনা লান্ন খনবা ঋাখন্দগী মশানা মশাবু অঋাবা পীজৈ । অপাম্বা মীহৌবা কল্লকপা তুক্কচবা লৈবা মহাক অদু অকনবা ফিরেপ লৌরকপা মতমদা চুম্না লৌবা ঙমদে । মীওইবা ঐখোয় খুদিংমক অমত্তনি চপ মান্নে হায়না খনবা ঙমদবা মীনা খেন্ননা হৌরকপনি খন্দুনা ফুনৈ খৎনৈ ১সুং লাল তৌদুনা পাঙ্গল মুন্নবা হোৎনৈ । মীওইবা জাতিবু তোঙান তোঙানবা কাংলুপ কয়া থোক্লা খায়দোকহল্লিবা মখোয়গী ইথিল মখাদা সোসিএল সাইন্স অসি চাউখৎলকখি । হৌজিক লৈরিবা

ধর্ম্ম অয়াম্বগী পাউত্তাকশিং অসি মতমগা চানদবনা অনৌবা সাইন্টিফিক ওইবা মওংদা শেম্নবা ঐখোয় পুম্নমক্না হোৎনবা তায় ।

মতৌ অসুম্না মীওইবা মশেল অমত্তনি, মহৌশা খুৎশেমগী কাওলোন মনুংদা হিংহল্লকপগী মরম অমসুং মহে ওইনা থোরকপনি । মহৌশাগী নিয়ম কাওলোনগী মতুং ইন্ন মীওইবা ১সুং শা ওা য়াউনা লেওলি পাল্লিবা পুম্নমক হিংমিন্ননবা অমসুং মীওইবা পুন্সিগী খ্বায়দগী ফজরবা ১দি পুকচেল চাউববা পান্দম ওইবা পুন্সিগী নিংতম্বা অসিবু লেপনায়দনা ফংহনবা অসি মালেমগী মনুংদা খ্বায়দগী ফরবা বুদ্ধিজমগী পাউজেলনি ।

.....................

ইতাউ, হিন্দুদি মীকুপ খুদিংগী লাই খুবম নি [illegible] লৈ । ঐখোয়না শংদবগী [illegible] । লাই কোটি [illegible] [illegible] ফংনিয়ু, [illegible] [illegible] [illegible] [illegible] । [illegible] খুদিংগী [illegible] লাই [illegible] [illegible], [illegible] দেবী, [illegible] থানি, নিদ্রা দেবী, থংদ্রে য়ামখ্রদনা, অমসুং শ্রীগোবিন্দ জী [illegible] চংনবি । শ্রী কৃষ্ণ, রাম [illegible], [illegible], [illegible], [illegible], [illegible], [illegible], [illegible] প্রভু, [illegible] [illegible] [illegible] [illegible] [illegible] [illegible] [illegible], [illegible], [illegible] [illegible] [illegible] [illegible] [illegible] [illegible] দুর্গাপুজা, [illegible], [illegible] [illegible] [illegible] অসিনচিংনা

ঐগী ইরমদম, ঐগী লৈবাক মনিপুরদা লৌরিবা লাই মগ [illegible] অসি খুবম্বনা মহে ফংগদবা [illegible] [illegible] [illegible] [illegible] কোইনা [illegible] অথাং অথাঙ্কদা লৈবা লাই ময়ামসু খুরুম্বা চংনবি । মশিং [illegible] [illegible] [illegible] মমিং থংদবা লাই ময়াম অমা মনিপুরগী মাংমদা লৈ । পরশুরাম কুন্দ, সোমনাথ, গয়া, হরিদ্বাব, ঋষিকেশ, বৃন্দাবন, শ্যামকুন্দ, রাধা কুন্দ, জগৎনাথ ক্ষেত্র, কন্যাকুমারি, টিরুপতি । লাই খুরুম্ব চংপসু মহে তম্বা

চৎপনি খনবিয়ু । অপংবা মী কয়া অশিংবা ওনখ্রে । ইতাউদি নুতিগী অয়ুক্তা শ্রীগোবিন্দগী খুরুম্বা একাগাড়ি তোংদুনা চৎলি । ঐদি ইতাউ নহাক্না শ্রীগোবিন্দজী খুরুম্বা চৎপা কান্দা অঙাং ট্যুশনগী থীন্দোক থীনজিন তৌই । মনিপুরগী ব্রাংমদা শেল লৈতবদগী লাই খুরুম্বা চৎপা ওমদে হায়বসে ঐদি নুঙায়জদে । অদুবু নিংবু নিংলবদি থোক্লবা অমা লাকই হায়বদুনি । Office তগী Arear ফংব্রা, মীওোন্দগী শেলবু পুরবসু লৌ-শিংবু য়োম্থোক্লবসু করিনো উপায় অমা তৌরগা চৎখিনিদা । ঐনা চৎলগা শেল মাংনবনি হায়না থীংলবসু য়ারোই । ঐনা ইতাউগী অনিংবা অপাম্বা খংজে । লাইনিংবা হায়বসে সংসারগী অপাম্বা মীহৌবা কল্লকপা অমত্ত লৈত্রবনি । মসিবু য়াউদ্রবা মহাক অদু কয়াদ নুংঙায়রমগবা । অদুম ওইনমক ললথুম লৈতবা, মচা মশুনা শৌ শাগে লৈবা ইতাউবু, অন্ধা বিশ্বাসনা কুপ্পুনা [illegible] ইনখাং অমত্ত হেক সুহল বাসি কনানা ওইরিগবা । অঙাংশিংনা [illegible] ইতৌ তৌদ্রির্বাননা যৌক্তিক ইতাউনা লাইনিংবগী [illegible] চাব । ১৩ম খজিক্তা ঙায়রে, অঙাংশিংনা চাউশিল্লকপদা ইতাউ [illegible] ইচা পাখংনা মীগী মচা পুশিল্লকনি, লুহোঙদবা য়াবোই । [illegible] চাংখনি লুহোঙদবা যাবোই, অউনপোং য়ম্মিগা [illegible] কপ্পগা লাউরগা তৌবক্কদবা ইতাউ ঐনা হায়র্জবগ [illegible] ওইনা ত্থিংবলিনা মীগী চৎনবি যাউদব [illegible] তাকপিখি । "হপা ইমাদে মীৎল [illegible]

[illegible], নপা ওইরিঙৈদা মহে ত্তমশিল্লু, [illegible] শিংবু [illegible] মতম ওইরগা চাননবা ।"

[illegible] যেংলাংখি । [illegible] ঐনা [illegible] মাউদনা চৎপা নুঙাইরোই । নাম চৎপা হায়বসিদি মহে তম্বলি । [illegible] য়েংবা চৎপা [illegible] শিংবা মী ওইরকই । অশিংবা ওইরগা পোৎ অমগী [illegible] মশাক খংঙি । Columbus কী নাকোংদা Indus (India) তা

সনা লুপা দাইমন মরাং কায়না ফংঙি হায়না তারম্মী । Spain ১সুং France কী Atlantic মহাসাগরগী মপান্দ লেপতুনা ৱাখল তৌরম্মী । মহাক মশানা মশাদ হংজরম্মী "মহাসাগর অসিগী অসোম ৱাংমদা করি লৈবগে" কনা অমত্ত জহাজ তোংদুনা লাপ্পা চৎনরমদে । মাগী ৱাখন্দা Indua (India) নত্তনা করিবু ওইগদগে ? Columbus কী মথৌনা, মরিংজেন, তৌওম্বা, হেক উবদা মীনা নুংশিবা ওইবদগী Spain গী মহারানী Isabella দা হায়জবদা য়াবিরক্লুনা জহাজ অহুমগী মতেংনা America পুথোকখি (খৃ ১৪৯২) । Indus তি ওইরমদ্রে । অদুবু সনা, লুপা, লল থুম পুম্বা মহারানীদা শিন্নথোক্লম্মী ।

মীওইবদি অনৌ অনৌবা পোৎ খংনিংঙি, উনিংঙি, তানিংঙি । Columbus না America পুথোকপদা অনৌবা পৃথীবি অমা লৈবম্বগী পৃথীবিগী মীয়াম্না অঙকপা পোক্লখি । অদুদগী যুরোপ পুম্বা মথুম মবাং হৌখ্রে । জহাজ তোঙ তোংদুনা শিবা কিদনা সনা, লুপা, লল থুম, লৈবাক পুথোকপা, থিবা, লৌশিনবা চৎনরম্মী । ঙসিদি পৃথীবি অসি চাউবম্বদগী পিশক পিক্লে ।

লম লমগী তোঙান তোঙানবা ধর্ম্ম লৈজরবসু অতোপ্পা ধর্ম্ম চৎপা কাংবুনা অতোপ্পা ধর্ম্ম চৎপা ত্রাইবেলদা, খুঙ্গংদা, সহরদা লান্দশিন্দুনা মীশি মীনা কয়া থোক্লগা মখোয়গী ধর্ম্ম অদু নমদুনা চৎহনখিবনা অয়াম্বনি । মী মশা অদুনা মাগী হান্নগী ধর্ম্ম অদু থাদোক্লগা অতোপ্পা ধর্ম্ম অমদা হেক্ত চৎনদে । অদুবু হৌজিক্তি পৈশা পিজদুনা, ঐখোয়গী ধর্ম্মনা মফরে হায়জিন্দুনা ভোৎ খোম্বগুম ধর্ম্মসু খোম্নরি ।

ধর্ম্ম পুম্নমক্কী ব্যাবহার চৎন লোনচৎ লৈজে । মাগী মাগী লাইরিক্তা য়াউবদি ওহোক্লা ফজগ্রে । অদুবু মহাক অদু মাগী ধর্ম্মগী পাউত্তাক ইনবা ঙমজদে । কনাগুম্বা অমা হিন্দু ওইরো, মুসলিম ওইরো, অচুম্বা ঙাঙবা, অচুম্বা তৌবা, মীগী মবুক নাবা, ৱা ঙাঙদবা, মীনা হায়বা ইনবা, মীনা

অরানবা বা ঙাঙ্কু হায়রসু মানা য়াদ্দবা, অচুম্বগীদমক্তা লেপ্পা, মী, শা, ঙা, জিব পুম্নমক্তা নুংশিবা, মীকৌ মীরম ফজবা, অচান মীরাই নায়দবা, জিব পুম্নমক প্রকৃতিনা শেম্বনি খন্দুনা ফজথোকপা মী, পংলৈ লৈতে। ঐখোয় হিংমিন্নবা পোক্লকপনি। মসিনি ধর্ম্ম পুম্নমকী ধর্ম্ম হায়বদো। মসিনি ধর্ম্ম পুম্নমক্কি লাইরিক্তা য়াউবদো।

ধর্ম্ম হায়বসি অমরোমদদি য়াম্না তমথীবা হুনি। খৃষ্টান, হিন্দু, মুসলিম অসিনচিংবা ময়াম অসি মশা মশা নুংশিনদে। অমনা অমবু নুংশিদে, ধর্ম্ম অমগা ধর্ম্ম অমগা চাউবা তান্নে। য়াম্না তাথি তাওন্নে। সিয়াগা সুন্নিগা হাংনৈ; মখোয় মুসলিম ঙাক্তনি। হিন্দু মশেল হাংনৈ। হিন্দুগী কাংবু মরি লৈ। মচীন্না চাগদবনি হায়বা ব্রাহ্মন, পাম্বোম্না চাগদবনি হায়বা ক্ষেত্রিয়, মখোঙনা, মখুৎনা চাগনি হায়বা বৈষ্য ১সুং সুদ্র খৃষ্টান ধর্ম্ম চৎননবা হাংনখিবা ময়াম অঙকপনি। মখোয় মশেল পঙ্গহাং হাংনৈ। লাল তৌনৈ। হিন্দুগা মুসলিমগা হাংনৈ। হাংনদবা করি ধর্ম্ম অমমুক লৈরিবগে?

সিখ ধর্ম্মগী অফাউবা কবিরনা অসুম্না হায়রম্মী - Kabir taugh that God is found every where and in every man, and therefore special rituals and place of worship are unnecessary. Kabir preached equality of all man before god and opposed caste divisions.

রাজা রাম মুহন রোইন অসুম্না হায়রম্মী .... (religious reformer, founder of Neo Hinduism) Ram Mohan Roy criticised orthodox Hinduism for its polytheism, its idol-worship, caste divisons, suttee (the self immolation of Hindu Widows on the funerals pyres of their husbands) and so our; he developed the idea of equality between men before a single God, whom he envisaged as an impersonal Universal Being.

রুশকী রাইটর অমনা অসুম্না হায়রম্মী ...... God as the creatoı of the world. It sets out to demonstrate that the world "does not depend on God" and that God is not inherent in all existance". As a result of this criticism of theological evidence of God the author draws the conclusion that there is no God. ....

Mohammed (570-632) Arab religious and the political leaders the founder of Islam. He is numerated by Moslems as the greatest prophet, God's messenger. It is proclaimed in Islam that "There is no God other than Allah, and Mohammed is His prophet". In about 610 AD he began to preach a new religion that later came to be known as Islam. Mohammed call upon men to embrace a new faith, which was based on the acknowledgement of a single God, Allah.

Dayananda Sarasvati - 1824-1883. He became widely known as the founder of the reformist movement in the frame work of the Arya Samaj which he founded in 1875. ... "What did the Universe Originate from, God or something Else ? Dayananda says its efficient cause is God, and its material cause is Prakriti .... Thus God, the soul, and 'Prakriti are corelated within the Universe as "Three causes" The efficient, the auxiliary, and the material. ....... This view, writes Daynanda deprives the would of all its fascination and presents God, Soul, and matter consists in that God is the centre of the Universe.

....... For instance, a certain person asks another, "Fetch me some water". The person who Fetches the water says. "Here is the water". The Master, who order is nothing but God, the second who is nothing but soul and the Third is nothing but Matter. ......... Dayananda preached worshipping a single God and condemmed Polytheism. He criticised such features of Hinduism as Idol-worship.

ঈশ্বর অমত্তনি হায়বা অদুগা মুর্ত্তি শাদুনা লাৎপা পামদবা Philosopher কয়া কয়া লৈবি । মখোয়গী মরক্তুগী অনি অহুমদং খনগৎচদুনা খুদম পিজবনি । পৃথীবিদা জাতি য়াম্না লৈ । জাতি খবনা লাই অমত্তমক লাৎলি । জাতি খরনা লাই অনি / অহুম লাৎলি । লাই কোকথোং কোকথোং লাৎপা যাউরি ।

হিন্দু জাতিগী মতাংদা য়াম্না শাংখ্রে । জাতি অসিনা অতোপ্পা জাতি অমবু কৌশিন্দবা । জাতি অসিমক্তু থবক খুৎসুগী মতুং ইন্না জাতি মচা মচা মরি থোক্লু খায়দোকই । লাইসু কোকথোং কোকথোং লাৎলি । অমাঙ্ অশেম য়াম্না খায় । অতোনবা জাতিনি হায়দুনা ফু-চৈবা তৌবা, জাতি অসিনা মিত্রং য়াম্না হৈবা মীবু লাইনি লৌই । জাতি অসিনা glossolalia (লৈয়েং ফাইবা, শীংলি নাওরি শোম্বুবা লায়নানি । য়াম্না পুক্লিং নুংঙাইনা থম্মোই চাউথোক্লা ঈশ্বরগী মাংদ চাদ থক্তখৈ নাতৈ পুতৈ চাদবা ৱা ঙাঙবা । মসিবু থাজবা মীশিংনা ঈশ্বরনা মঙোন্দা হায়হনবমক্লি হায়না লৌই । মসিগী থবক অসি অতৈ লৈবাক্তদি থীংখ্রে।) গী চোইরোন লোনবা ১সুং Hallucination গী (ৱাখনগী অনাবা কয়া লৈদুনা, নত্তুগা নিশা চাবা, য়ু ঙাওবা, নত্তুগা থৱায় শোকপা থবক তৌবদগী থোকল্লি । মতাং অদু মশা ইপং পংশিল্লি, নাকোং তাদে, মনম খংদে, ১সুং শোকপা খংদে, মনা তাবা ৱাৎলি । মহাক্লা ধর্ম্মবু থাজবদগী মমিত্তা উবা, ৱাখন্দা লৈবা

চোইরোন পারোল লোনবা মীবুনি । অসিগুম্বা মীশিং অসি লাইমাংদা থোক্নুনা লাইগী ৱা ঙাংজনিংই ।) চোইরোন লোনবসু লাইপাউনি হায়না খল্লি । মনিপুরদসু মরক মরক্তা অসিগুম্বা মীনা লাই হেক হেক শারকই । মীশিংনসু অথুম অহাউ, অচা অথক কয়া কৎলি । মী কয়ানা লাইমাংদা জগোই শাদুনা ঈশ্বর পেন্নবা তৌনৈ । হিন্দু জাতিনা লাইমাংদা হামেং, য়াউ, ইরোই ঙানু, খুনু শা, উচেক, ঙা নচিংবা দুগী মমাংদা বলি তৌই ।

অশোংবা নারক শিংলক্তা, উমং ৱামংদা হিন্দুগী লাই মখল কয়া অমসু লাৎনরি । হায়রিবা লাইশিং অসি কপালিক, তান্ত্রিক অসিনচিংবশিংনা পাখং, লৈশাবী ১ সুং অঙাং অহল খায়দনা ঈশ্বরগী মমাংদা বলি তৌই । ইকুই কুইদনা চহি তরাগী লৈশাবী অমা মঙক ককখিরম্মী । থোঙ্ শাবদা মী হাপ্পি , ৱাটর রিজার্বর শাবদা অদিবাশি লৈশাবী চহি কুননিথোই সুরবী হাপ্পদগী Madhya Pradesh কী Chief Minister, Mr. Sethi না Assembly দা হায়রম্মী - "ত্রাইবেল কাংবু অসিনা মখোয়গী চীংদা শাবা ডামদা নক্তগা Reservor দা লাইরিক লাইসু হৈতবদগী পংজবদগী মখোয়গী চীংগী লাইদা কৎপনি ।"

মহাভারত্ত য়াউরি- কৃষ্ণনা নারদগা মখোয় অনি গবুড় তোংদুনা উমঙ অমগী মথক্তা পায়দুনা চৎমিন্নবদা নারদনা হায়রম্মী - তাবিয়ু প্রভু, উমঙ অসি লাইনিংবা নুপা অমনা নিংথৌ মচানুপী লিশিং তরাতরুক হেন্ন মাগী নিংজরিবা লাইদুগী লাইমাংদা বলি তৌগদবগী ফাজিন্দুনা থমলি । প্রভুনা নুংশিবিরবদি মখোয় পম্লমক্কি থৱাই কনবিয়ু । "কৃষ্ণনা মখোয়গী থৱায় কনবিখি; অদুবু মখোয় পুম্নমক্লা ইবুংঙো কৃষ্ণদ লৈগনি হায়দুনা ময়ুমদা থীনবিগে য়াদ্রে; কৃষ্ণগী লৈমাশিংদা চনখি ।করিগুম্বা কনবিরমদবা থোক্লবদি হাৎখিনি হায়বগী ৱাফম্লি ।

বৈদিক যুগতগী হৌনা চৎনরকপনি থাজনবা অমা লৈরম্মী । মপুরোইবা শিরবদি মপুরোইবগী অশিবা হকচাং অদু মৈ থারিঙৈদা মাগী নুপীসু মথক্ত মৈনুংদা চোংশিল্লগা শিনরম্মী । মাসি হিন্দুশিংগী ফজবা লিচৎ

ওইরম্মী । মাহমুদনা ভারত্তা লান্দরকপদা রানাবুদি হাৎপা ঙল্লবসু মানা পামজবা পদমীনি রানিদি মৈনুংদা চোংশিন্দুনা শিখিবনা হানখি । "ঐ শিরনি; মহাক য়াউদনা ঐ করম্ম হিংগনি।" হিন্দু ধর্ম্মনা মসিবু সতিগী গুন চেনবি "সতি" কৌই । মশানা পাম্মা পাম্ম চোংশিল্লম্বদগী মমৈথংদদি চোংশিন্দুনা শিবা কিনরম্মী । নহা ওইরিবা মরল লৈবা মপুরোইবনা শিবদা মহাক মৈনুংদা চোংশিন্নিংদে । অদুবু মপুরোইবা মৈ থাবদা (সংস্কার তৌবদা) নুপীসু য়াউনা মৈ থাম্লবদি মখোয়গী মরল মথুম অদু মনাউ নত্তগা ময়াম্বান ফংগনি খনবদগী মচিন মনাউশিংনা ফাদুনা মৈনুংদা লংশিলম্মী । মসিবু সতি দাহো কৌই । অফাউবা মী কয়া চোংথোরক্তুনা চহি চা কয়া মসি থীংনবা হোৎনরম্মী । অদুবু মাই পাক্লমদে । কায়নথংদা লোর্ড বেন্টিংকনা ভারতকী ভাইখরোই ওইবা মতমদা ঈশ্বরচন্দ্র বিদ্যাসাগর, রাজা রাম মুহন বাইগা মখোয় অহুম্মা শেম্বা অইন অমনা ইরাই লাইনা থীংখি । 'কনাগুম্বা অমা শিবদা মাগী নুপীসু মৈদা ইনশিল্লবদি ইনশিনবদা য়াউবা মী খুদিংমক লুপা চামঙা চামঙা ফাইন তৌগনি অদুগা থা ৩/৩ সু জেল পিগনি । ব্রিটিশর অমা লাক্লগা হিন্দু ধর্ম্মগী ফৎখিদ্রবা নিতি অমা মাংহনবসি মতম অদুগী অন্ধবিশ্বাসনা থল্লবা ভারত মচাশিংদদি কয়াদ কান্নরবা !

অফাউবা নিপা অমনা হায়- "সাসার সিদা অঙক অঙকপা কয়া লৈরম্মী । সংসারদা থোক্লিবা থবক খুদিংমক প্রকৃতিনি । প্রকৃতিদগী হেন্ন কনবা পোৎ অমমুক লৈতে । মীওইবনা করিনো খংদবা অঙক অঙকপা পোৎ য়াম্মা উবা য়াই । মহৌশা খংলমদবা অঙকপশিং অদু ঙসিদি খংলে । ঙসি, করিনো খংদবা পোৎশিং অসি নোংমদি ইরাই লায়না খংগনি থাইনগী মীশিংনা তৌরম্বা থবকশিং অসি মুন্ন কুপ্না নৈনদনা, ইথি থীজিন্দনা, ইপং পঙনা হেক থাজরবা অসি লাল্লি । পৃথীবিদা লৈরিবা ধর্ম্ম পুম্নমক্কি লাইরিকশিংদা য়াউরবা ৱারিশিং অসিগী মতুং ইন্না তোঙান তোঙানবা লাইনিং, লাইশোল তৌবসু অমত্ত মান্নদে । মীনা লাই শাবশিংগী মরমদা থীগৎপদা মখোয়দগী, করিগুম্বা অচুম্বা তৌঙম্বা অমত্তা থেংনদে । মখোয়

অসি হৌদ্রবা, মতমগী পোৎ ঙাক্তনি । ফিবম চুম্না হৌরকপসু লৈতে । ঙসি পৃথীবি অসিদা মী লিশিং কয়ানা লাই শাদুনা শেল তান্নি । মখোয়না ঐখোয়না চিংননিংঙাই ওইবা নাতে চাদবা থবক কয়া মশেন মরাং ওইনা, করিগুম্বা মিত্রং তৌশিন্দুনা ঐখোয়বু ঙকহনবসে খরদং থীগৎপদা মখোয়গী চলাক অদু ইরাই লায়না ফাগনি ।”

ঈশ্বরবু থাজহল্লগা মীনা মী কয়াদগী খুদোং চাবা লৌনরি । সংস্থান অমা শেল্লগা মনি মুক্তানা থল্লবা ফজরবা লাইশং অমা শাদুনা মদুগী মনুংদা উনা শাব, নুংনা শাবা, গ্রেনাইটনা শাবা মুর্তি ময়াম অমা ফজনা হক্তুনা শেল্লবা লাইগী ফম্বাক্তা তোঙান তোঙাল খিল্লগা থম্মী । লাই পান্নবনা ভক্তশিংদা, নক্তগা লাই খুকম্বা চংলকপশিংদা তোঙান তোঙানবা মমিং হায়দুনা অদুদগী তোঙান তোঙানবা কান্নবা কয়া হায়বদগী ভক্তশিংগী পুক্লিং পেন্দুনা লুপা শংবা কয়া কয়া তিংনা চৎনদুনা তোঙাল তোঙানবা লাইদা শেল কৎনৈ ।

কনা অমনা নচা নুপা পোকহনগে; কনা অমনা নচা নুপী পোকহনগে; কনা অমনা নং নুংঙায়হনগে; কনা অমনা নংনা নীংবা খুংহনগে; মী অমদা কনা অমনা পোৎশেম যাদু তৌশিল্লে হায়জিনবী । পোৎশেম যাদু লৌথোকপিনবা মাইবা কন্না থী । নুপী অনি লোনবদা অহন্না অতোনবিদা, অতোনবীনা অহন্দা পোৎশেম যাদু তৌশিন্নে । নিংথৌখোংগী মাইবদা, থৌবান্দ লৈবা মাইবদা পোৎশেম লৌথোকপিনবা চেন্নে । অসিগুম্বা ময়াম অমা হায়জিন্দুনা লৈরক খুল্লক্তা নুপা নহা লৈতবা মতমদা নক্তগা লৈরবসু লৈনা শেল তান্নরি । খরনা অওইব্রা ওইদব্রা মমল য়াম্বা নুংগী খুদোপ শিরবদি প্রোমোশন ফংনি হায়রি । মসি পুম্নমক অন্ধবিশ্বাস ঙাক্তনি ।

..................

খৃ: ১৯৬১ দা ভারত মচা খরনা Great Britain দা শেলগী মতেং নিরুপদা Great Britain গী M.P. Lord Fenner Brock Way না হায়রকপা ৱারোল মীতৈলোন্দ পিজবা - “নোংপোকলোমগী লৈবাকশিং

ঐখোয় ইউরোপকা চাংদম্নবদা ঐখোয়না নখোয়দগী ইনাকখুনবা খরদি হেল্লি হায়বসি অচুম্বনি । ভাবনা শাগৎপা ঈশ্বরগী করিগুম্বা মতেং অমত্ত য়াউদনা ঐখোয়না Science ১ সুং Technology গী মপান্ন ঐখোয় চাউখৎলি । অমরোমদা অদোমগী মীশিংদি ভাবনা শাবা ঈশ্বরগী মফমদা পাঙ্গল ১সুং থৌনা ফুদোক্তুনা (অমরোমদা মতম মাঙহন্দুনা) শিরগা মথংগী মপোক্তা নুংঙায়নবতা খল্লি । নখোয়না অরেম্বদা লাই খুরুমদুনা, নমিৎ উইশিন্দুনা, পুজা তৌদুনা, লাইফমদা লাই খুরুম্বা চত্তুনা, অরেম্বদা মতম মাংহল্লগা ঐখোয়না ৱানা সুজবদা থবক্তি মহে খর নঙোন্দা পীবা পাম্লা ? ঈশ্বরগী শক্তি শিজিন্নদুনা নংগী লৈবাক্কী মপাঙ্গল কল্লবা নুপা নুপী কয়ানা মাঙ্হনখ্রিবা মতম অসি করম্না হঞ্জিনহনবা ঙমগদবগে ? থবক হেন্ন য়াংশিন্নবগী অদুগা মশা খীংনা থবক তৌনবগী থবক সুফমদা কাংশি খীংই । নখোয়না শিরবা মতুংদা হেন্ন ফবা মপোক অমা ওইরুনবগীদমক থবক কন্না সুদুনা শেল তানগদবা মতমদা ইন্দিয়া ১সুং এসিয়াগী লৈবাকশিংদা শোয়বিদবগীদমক ঈশ্বরদা প্রথনাগী কাংশি হন্ন হন্ন খিংই । নহাক্না ঈশ্বর নিংবগী মহেনা নংনা নিংজবা পুম্নমক থুংলগদবনিনা ঐখোয়দগী করি আশা অমুক তৌরিবগে ?”

..................

ইন্দ্রদ্যুম্মনানা হৌজিক জগনাথ ক্ষেত্রনা লৈরিবা মফম অসিব্রাইদ নিংথৌ ওইদুনা পাল্লম্মী । নোংমা নুমিৎ অমদি ইন্দ্রদ্যুম্মনাগী মমংদা শ্রীকৃষ্ণ লাক্তুনা হায়রম্মী - “ইন্দ্রদ্যুম্মনা, মহাবাজ নংনা নুতিগী সেবা তৌজরিবা কৃষ্ণ ঐদি শাদানবগী তেম্ন পান্দুনা উমং অসিদা শরু পোলাং ওইনা লৈরে । নং ঐনী শরু অসি লৌশিল্লগা লাইশং অমদা থমজিল্লু ।” ইন্দ্রদ্যুম্মনানা মীকপ থোক্লম্মী; মমংদ উখিবা মবুঙোতা উদুনা লৈরম্মী । ৱান নোংঙানবা ঙায়রম্মী । নোংঙানবগা ইবুংঙো শ্রীকৃষ্ণনা তাক্লম্বা মাইকৈদা মনাই মশল খরগা শগোল তোংদুনা উমং অদুদা শরুশিং অদু থীরম্মী । অদুদগী শরুশিং অদু ফংলম্মী । লাইশং অমদা শরুশিং অদু

চেকশিন্না থম্লম্মী। নিংথৌনা খুদক্তা বিশ্বকর্ম কৌদুনা থোকখিবা থৌদোক্কী ৱারি লিরগা ইবুঙোগী মুর্ত্তি শান্নবা তৌ হায়রম্মী। বিশ্বকর্মনা মুর্ত্তি অদু মা শাজগে তৌবতদি মানা মুর্ত্তি শারিঙৈদা কনাগুম্বা অমত্ত মুর্ত্তি শাবা লোয়দ্রিঙৈদা য়েংহনবিগনু হায়রম্মী। মুর্ত্তি শারিঙৈদা কনাগুম্বনা উখিবা থোক্লবদি মা অমুক মখা শাবা তৌরোই হায়রম্মী। ৱাফম অদু য়ান্নদুনা ইবুঙোগী মুর্ত্তি শারম্মী।

বিশ্বর্কমনা ইবুঙোগী মুর্ত্তি শাবা নুমিৎ খরনিগী তুংদা নোংমা নুমিদাং অমা বিশ্বর্কমগী খুলায়গী মখোল মহারানীনা (ইবুঙো শাবগী)য়াম্ন নুংশিনা তারমই। খোঞ্জেল অদু তাবদা মহারানীনা লাই শাবা অদু য়াম্না য়েংনিংঙম্মী। মানা বিশ্বর্কম উদনবা তৌবগা লোন্না খুপ্ন য়েংলম্মী। মথংগী নুমিত্তগী খোঞ্জেল অদু তাখিদ্রে; লাই শবা বিশ্বর্কম লাক্ক্রে। মরম অসিদগীনি ইবুঙো জগৎনাথ শাবা লোইদবা মুর্ত্তি ওইনা উবিবসি। অদুম ওইনমক শ্রীকৃষ্ণগী শকশিং অদু শাবা লোইদবা মুর্ত্তি অদুদা লোইনা নমশিল্লম্মী মবম অসিদগী পুরিগীজগনাথ ক্ষেত্র অসি হিন্দুশিংনা লুনা চান্ন তৌনৈ। শ্রীকৃষ্ণ বাসুদেব ১দি দেবকিগী নিপানসুবা মচানি, নিপান্নি পানবদা পোকখি। চহি নিপান শুবদা কংশা মহারাজ হাৎখি। চহি নিপান শুবদা নিংথৌ ওইখি। লাই অমা ওইরগা মহাক লেংলি পাল্লিবা অসিগী মরক্ত লৈরম্লগা শাদানবনা শা ওইরবোই নিংদুনা হাৎখি।

চহি খুদিংগী হিন্দুশিংনা জগনাথ ক্ষেত্রগী কাং চিংই। চাউরবা কাং অনি/অহুম শাঙলবা থৌরি লিশাং কয়া শমজিন্নদুনা নুপী, নুপা, অঙাং, অহল, খায়দনা চিংলিবনি। মী খরনা থৌরি শোক্লবা, নক্তগা চিংবা য়াউনবা কন্ন হোৎনজৈ। মী খরনা হয়েংমুক্কী মপোক্তা নিংথৌগী মচা মশু ওইনা পোকচরুনবা, খরনা সংশার ঈপাক্তা অমুক হন্না জিবা পানবা ওইনা পোক্তনবা লেপুনা চেল্লিবা কাংখোংদা চোংশিন চোংশিন্দুনা শিনৈ। য়াম্না কুইরবা হিন্দু ধর্ম্মনি। চহি খরদদি ওইরম্নরোই। মী য়াম্নমগনি কাংখোংদা চোংশিন্দুনা শিবা। অফবা ওইনা পোকচরুনবা চোংশিন্দুনা

শিববু করিগী থীংবিরিবনো ? খৃ: ১৯৫০ দগী অথিংবা থমখ্রে। পুলিসনা কুংনা ঙাক্কুনা খৃ: ১৯৫০ দগী চোংশিনবা তাদ্রি।

জগনাথগী লাইশংদা নোংমা নোংমাগী লাইখুরুম্বা লাকপা মীশিংবু পিজ পিথক তৌবদা চংবা, চেং, হব্বাই, মনা-মশিং খজিক্ খরাক্কী নত্তে। য়াম্নবা মীয়ামগীনি। অদুবু ঐখোয় খ্বায়না খংনরিবা ঈশ্বর হায়বসি নত্তবা তোঙানবা ব্রাহম্ভোক অমা লৈব্রা খংদে। লাইশং অসিগী জয় বিজয়গী থোঙ্গাল্দা য়েকলিবা মফি য়াউদবা নুপা নুপীশিং য়েংবদা তুক্কচবা, হঙ্গোইবা, ইপা ইচা, য়েংমিন্নবা য়াদবা লাই ময়ামসিনা করি তাক্লিবনো ? লাই হায়বসি নুপা নুপী মফি য়াউদনা লৈমিন্নববুনি হায়রিব্রা ?

জগনাথমক্কী লাইশংদা লৈশাবী চামাকুন জগোই ভাজন তৌনবা লৈরিবনি নুমিদাং পুং তরাগী মতুংদা মখোয় নুতিগী অমমম শিন্নদুনা থব্রায় য়াউদবা ইবুংঙোগী মুর্ত্তি মমাংদা জগোই শাথেক কয়াগা লোয়ননা জগোই শাই। মখোয়না নুতিগী জগোই শাজরিবা অসিবু য়েংবিরিবদি থব্রায় য়াউদবা ইবুংঙোগী মুর্ত্তিগা যন্ত্র পায়বা পুরোহিতকা অনিসিদনি। জগোই শাবদগী লৈশাবী অদুনা ব্রারক্লবদি মৈঙাল শিদরক্লে। মতম অদুদ জগোই শাবদগী চোকথরবা মশা অদুনা শেৎলকপা ফিরোল লৌথোক্লগা থম্মোই শোক্লা ইবুংঙো জগনাথকী মখোং ময়াদ তুশিন্দুনা অসুম্না হায়- হে ঈশ্বর, ঐবু নুংশিবীয়ু, ঐবু নঙোন্দ লুহোংবিয়ু। মতাং অসিদা থব্রায় য়াউদ্রবা হকচাং অদুনা মাবু নুংশিবীগদ্রা নত্তগা যন্ত্র নুংশিবা খোঙবা হৈবা পুরোহিতনা নুংশিবিরমগদ্রা ?

..................

হিন্দু ধর্ম্মগী লাইরিক্তা অসুম্না ইবা থেংনৈ "ঈশ্বরগী মরমদা, আত্মাগী মরমদা নৈনবদা খুদোং চাগদবা অইংবা, অতপ্পা, অচিকপা, মফমদা লৈবা পামগদবনি। ভক্ত নত্তবা কয়ানা লৈরিবা, মী কুংনা তারিবা মফমদা লৈতনবা হোৎনগদবনি।"

..................

"ভক্তশিংনা মখোয়বু ঙাকপিরিবা ভগবানগী মরমদা তত্তনা তাগদবনি, শক্তদবনি নীংশিঙগদবনি অমসুং মহাকপু পুজা তৌজগদবনি ।"

..................

"সংসার অপুম্বসি, য়ুবীবু মকুনা কুনশিনবগুম চাউরবা প্রকৃতিগী পোৎচাক কয়ানা কুপশিল্লিবনি । অসুক্কী মতীক নুংশিৎ নুংশা ফাওবা চংহন্দনা কুপশিনখিবদগী মসিগী মনুং অসি য়াম্না শাথীনা মল্লম্মী । মরম অদুনা মল্লিবসি ঙালহন্নবগীদমক্তা, নুমিৎ, থা দরকার ওইরিবনি ।

..................

"পুন্সি সমস্যাদি থাদা চৎলগা কোক্কদবা নত্তে । চুম্না মিংচৎকীদমক মমিংগী ওইনা ঈশ্বর নীংবা শাবা, তৌশিন্নবা কয়া অমা লৈরি । অসিগুম্বা ঈশ্বর নীংশিন্নবশিং অসিনা জগৎ সংসার অসি থাদোক্তুনা আধ্যাত্মিক ধাম (অতিয়া) য়ৌনবা চৎনিংদে । মখোয়না ঈশ্বর নীংইবনি হায়দুনা লাই নীংবগী পোষাক শেৎচিল্লগা ভৌতিক সংসার অসিদা হান্নগীগুম্না অদুম লৈনিংই । ঈশ্বর লৈ হায়বা থাজদবশিং (নাস্তিক) অমদি ঈশ্বরদি মীশক পোৎশক নায়বা নত্তে হায়বা মীওইশিং (মায়বাদী) অসিনা ঈশ্বর লৈ হায়বা থাজদবা ধর্মমত শন্দোক্তুনা অসিগুম্বা পঙ্লবা ঈশ্বর নীংশিন্নবশিং অসিবু খ্বায়দগী মল্লবা মফমশিংদা চৎননবা লমজিংই । নাস্তিকশিংদি ঈশ্বর লৈ হায়বসি অপান্ননা সুকয়া য়াদে ।"

..................

"পঙ্লবা ঈশ্বর নীংবা শাশিন্নবশিং ১সুং বেদগী য়াথং, পাউতাকশিং থৌওইদবা, ইন্দবা মীওই কয়া অবতার তৌহল্লীবশিং অসি মখোয়গী মতুং ইল্লিবশিংবু লান্না লমজিংবদগী জগৎ সংসারগী খ্বায়দগী মল্লবা মফমদা চত্তবা য়াদ্রবনি।"

..................

সংসারসি য়ুবী মকুনা য়োম্বগুম্না পুস্মম মমদুনা লৈরম্মী । নুংশিৎ নুংশানচিংবা চংবা ঙমদবমখৈ য়াম্না শাথিনা মস্মম্মী । মরম অদুনা মন্নিবসি ঙালহন্নবা নুমিৎ, থা দরাকর ওইরিবনি হায়রি । পৃথীবিনা হান্না শারগা মম্মি য়েংবদা নুঙায়তে হায়দুনা থা-গা নুমিৎকা শাবনি হায়রি । Big Bank Theory গী মমাংদা মীওইবনা খংবা য়ৌদ্রিঙৈগী বানি । ধর্ম্মগী লাইরিকশিং অসি হৌজিক্কী মতমগদি য়াম্ন চান্নদ্রে, শেমদোকপনা ফরবনি নংবু হৌজিকপু লাই নিংদুনা লৈরো; করি চারগা হিংগনি । লাইনিং লিৎলম অদু কায়বা থোক্কবদি, মীশিংবু লান্না লমজিংবা অপংবা মীনি হায়রি । মখোয়শিং অদু নরক্ত থাগনি হায়রি ।

..................

ঈশ্বরদি Almighty God নি, মঙোন্দা কৎপা ইতিক নত্তে

মতম চুপ্পদা নক্ত্রগা অহাঙবা মতমদা মঙোন্দগী নিজগদবনি ।

..................

লাইনি হায়রিবা মখোয়শিং অসিদগী হঙ্গোয়গদবা অদুগা ওইথোকপা য়াদবা খর নঙোন্দা লিগে ।

১) ব্রহ্মাসু জগৎ সংসার অসিবু শেম্বা মপু অমনিনা তৌগে হায়বত তৌবা ঙম্নম্মী । ব্রাহ্মামক্না পোকপা মচানুপী সরস্বাতি, মহৈগী লাইরেম্বীবু লৌদুনা চহি চামা পান্নরম্মী । মচানুপা ১গা নুপী অমগা পোক্লম্মী । মচানুপাগী মমিংনা স্যামভুমারু অদুগা মচানুপীগী মমিংনা সতরুপ কৌরম্মী । মচিন মৌপ্পা অনিসু লোন্ন লৌনরম্মী মখোয় অনিনা মচা নুপা অনি, নুপী অনি পোক্লম্মী ।

২) সিব মহাদেব-অচৌবা হিন্দুগী লাই অমনি । পার্বটিনা মাগী নুপীনি । নোংমা সিব মহাদেবগা পার্বটিগা উমংদা কোইমিন্নবদা মবান্নিমক্কি পুক্লিংদা তিম্ননিংবগী অপাম্বা পোক্লম্মী । মখোয় অনি শামু ওল্লগা

তিন্নরম্মী । মদুদা গনেশ পোকখি । গনেশনি মশানা মী ওইবা অদুগা মকোক্লা শা ওইবদো । অমুকসু নোংমা নুমিৎ অমা উমংদা সিবনা য়োং ওইরগা পার্বটিগা তিন্নরম্মী । মদুদা হনুমান পোকখি ।

নোংমা সিব মহাদেবনা কৈলাস চীংদা ফমদুনা লৈরিঙৈদা মধুর কৌবী নুপী অমা মহাদেবদা পুজা তৌবা লাকচরম্মী । মহাকপু মহাদেবনা ফাদুনা তিন্নরম্মী । মতম অদুদা পার্বটি চৎথোক্লুবদগী হনজিল্লকপদা নৎতবা লিচৎ চৎনখ্রে খংবদগী সিব দদি শাপ তৌদদুনা মধুরদা ওইনা চহি তরানিথোই হঙোই ওলহল্লম্মী । মহাদেবগী মদুরদ লৈখিবা বৃজ অদু হঙোইদা চহি তরানিথোই লৈরুরগা লংকাগী নিংথৌ রাবনগী মহারানি মন্দোদোরি ওইরবদসু মহাদেবগী বৃজ অদু মপুং ফারক্নুনা ইন্দ্রাজিৎ ওইনা পোকখি । মহাক্তি রাবনগী অশেংবা মচা নত্তে ।

৩) কৃষ্ণ কংস নিংথৌগী জেন্দা বাসুদেব দেবকিনা পোকপনি । নিপালসুবা মচা, নিপান্নি পানবদা পোকপা, মশাগী চহি নিপান্দা কংস নিংথৌ হাত্তুনা মানা নিংথৌ ওইখি । নোংমা কালিন্দি তুরেন্দা মফি লৌথোক্লগা নুপী ময়াম ইরুজবা মানা উরম্মী । নুপীশিংগী মফি অদু লোয়না খোমজিল্লগা মানা মনাক নকপা উ পাম্বী অমগী মখোংদা থল্লগা উথক্তা লৈরম্মী । নুপী লৈশাবী অমমম কাখৎলক্লগা মাগী মনাক্তগী ফি লৌরনবা হায়রম্মী । অমমমতা ওইনা মাগী মমিৎনা নুপিগী হকচাং কয়াৎপু য়েংবা য়াম্না পামজরম্মী । মাগী লৈমা লিশিং তরাতরুক্তা নিপাল লৈরম্মী ।

৪) রামসু ঈশ্বরগী শাইওন অমনি । মপা দশরথন অঙাং পোকপা ঙমদবদগী মুনিনা লাই খুরুম্লগা চরুগা লফোই গা মহারানী অহুমদা পিজবদা রাম, লক্ষ্মন, ভরত ১সুং শত্রুধন পোকখি । রামগা লক্ষ্মনগা অঙাং ওইরিঙৈদা বিশ্বামিত্র মুনিগী লাইনিং কায়দনবা লিরুংতেন পায়দুনা ঙাক্ল হল্লম্মী । অশোক বন্দা লৈরিঙৈদা মনাউনুপা লক্ষম্মনা লৈশাবী রাবনগী মচন নুপী সুপরনাখ কী মনাতোন ককথৎলম্মী । সুপরনাথ না কপ্তুনা

মবুংদা লমন খুম্বীনবা হায়জরম্মী । অদুগী ৱাহৈদগী রামগা রাবনগা লাল থেংনরম্মী । রামন ঙমদুনা সিতাগা লোয়ননা আযোধ্যা দা হল্লক্লম্মী । রাবন্দা লৈরুরবা সিতাবু লৌশিনফম থোক্তে খন্দুনা বন্দা সিতা মচা নুপা অমগা লোয়ননা লংশেকখি । প্রজাশিংনা সিতাবু বন্দগী লৌরুনবা হায়জবদগী সিতা লৌবা চৎপদা মচা নিপা অমগসু লৈরমদুনা লৈবাক ইরাং লাওনখি । রাম ঈশিংদা চোংথদুনা থ্বায় থাখি ।

৫) যিসু খৃষ্ট - মীকোক থীবা নংনবা জোযেফ ১সুং মেরি মতৈ মনাও য়াম্না কন্না মযুম য়ৌনবা লাক্লম্মী । অহিং ওইরক্লম্মী । মরম অদুনা মখোয় মনাক্তা লৈবা শগোলশংদা অহিং অসি পনখিনবা হোৎনরম্মী । অদুবু যিসু পোক্লম্মী । মেরিনা লৈশা লৈশানা যিসু মীরোনবনি; মাগী মপা লৈতে । জোযেফনা মেরিবু মীরোল্লি খংনা লৌবনি হায়রি । যিসু নত্তবা জোযেফ ১সুং মেরিগী মচা অতৈসু লৈরম্মী ।

..................

থাইনা মমাংঙৈদগী হৌনা প্রয়াগতা কুমভমেলা কৌবা মেলা অমা চহি মরি/মরি খুদিংগী অমুক/অমুক পাংথোকনরক্লি । ভারতকী উমঙ্ ৱামঙ্দা লৈবা মুনি, ঋষিশিং, ভক্তশিং, ১সুং পৃথীবিগী প্রজা কয়া মশাবু পাপ চেল্লবনি হায়না খঞ্জবা নুপা, নুপী লাক্ষ হুমফু, হুমফুতরা রোমনা গঙ্গা, যমুনা, ১সুং স্বরস্বতি তুরেন অহুমগী ইতিনফমদা লুপকনি । হিন্দুশিংনা থ্বায়দগী শেংবা তির্থ মফম্নি লৌনৈ । গঙ্গ ১সুং যমুনা তুরেন অনিনা তিন্নবদি মীশিংনা উবা ফংই; অদুগা স্বরস্বতি তুরেন্দি মীৎনা উবা ফংদে । মহাক্তি স্বর্গদগী লাকপা ঈচেন্না তির্থ অসিদা তাররিবনি হায়না ভাবনা শানৈ । কুমভমেলা নুমিত্তা অশেংবা অচুম্বা পুংফমদা তির্থ অসিদা লুপ্লগা মাগী মাগী মশাদা লৈজরম্বা পাপ শুম্লমক চামথোকখি ১সুং কোক্কনি হায়না লৌই । মপাপ চেল্লি হায়না লৌজবা নুপা নুপী লাক্ষ লাক্ষনা মীৎনা উবা তুরেল অনিগা মীৎনা উবা ফংদবা অমগগি তুবেলগী ইতিনফম অপিকপা

তির্থ অসিদা ইরুপকদবগী মহে মহে অফবা পুংফমগী মোইবুং খোংলকপা ঙায়নদুনা লৈনৈ; মোইবুং হেক খোংলকপা অদুগা লাইশংগী কাংশিনা হন্ন হন্ন খিংলকপা মীকুপতা তির্থ তম্না ইরুপ্লা চেনশিন্নগদৌরিবনি। মীওই লাক্ষ লাক্ষ অদুগী লাংতকনবগী মীকুপ অদু নাহ্লোকখিদনবাগী হোৎনবদা কৃক কৃক ইন্নবা চেনশিন্নবদা লৈনাংদা নানথুবা, তুশিনবা য়াউবদা কনানসু থওইবিদে, চীংখৎপিনবা মী লৈতে।

তির্থ স্নান লোয়রবা মতুংদা নেৎশিন্নবদা শিবা, লৈখোম লৈনাং পুমতৈ তৈবা নুপা নুপী লিশিং লিশিং তুরেন মপান্দা তাদুনা লৈবশিং খোমজিল্লি। অসিগুম্বা মখলগী মীয়াম অমা পাক্তক্লনা শিবা অসিদা ব্রাবিবা কনাসু য়াউদে। কুমভমেলাদা তির্থ স্নান তৌবা লাকপদা শিরবা মী মহাক অদুদি চংনা স্বর্গ কারবনি নত্রগা হয়েংমুক্কী মপোক্তা খর ফগৎপা ওইনা পোক্লুরগদবনি হায়না খংজদবশিংনা লৌনৈ।

স্বর্গদগী স্বরস্বতি তুরেল তারক্লুনা গঙ্গ ১সুং যমুনা ঈতিনফমদা তারকপদা মশক উবা ফংদবসি পাপ চেনবা ওইবননি। মসিগী তির্থ অসিদা লুপ্লদা অমুক অমুক্তা মী য়াম্ন য়াম্না শিখ্রবনি। লিশিং য়ৌবা য়াউখ্রবনি। হৌজিক্তি ভারত সরকারনা কন্ন শিদনবা হোৎনবিরে। হন্দক ইং ২০১০ গী এপ্রিল থাদা কুমভ মেলা থোকখি। শুপ্নতগী মী ১৭ তমক শিখি। নিংশিংবিগদবদি ভারত মচাদি অন্ধবিশ্বাসনা কুপ্লনি। মতম খরগী মমাংদা, ভারত্তা মতম কুইনগী মমাংদগী চৎনরকপা সতি দাহোবু (মপুরোইবা মৈ থাবদা মাগী নুপিসু মৈনুংদা লংশিনবনি) লর্দ বেন্টিংক, ঈশ্বরচন্দ্র বিদ্যাসাগর অদুগা রাজা রাম মুহোন রাই না অইনতনা ইরাই লাইনা মুথৎখি।

..................

ইতাউ, ব্রারি মতেক মতেক খর লিজগে -

খৃ: ১৯৬৩ দা Tamil Nadu গী Balaji Temple দা লাই খুরুম্বা লাকপা মীয়ামদা গঞ্জা অদু পাউদর তাবমখৈ তকখায়রগা প্রশাদি দা হাপ্লগা

পীজবদগী কায়নথংদা খংনরকপদগী লাইগী পুরোহিত/পুজারি কোর্ট য়ৌনখি ।

..................

Prof. Kasthuri কৌবা সত্যা সাই বাবাগী মেনেজর না সত্যা সাই বাবাগী পুনশি ৱারি ই । মদুদা য়াউরি - সত্যা সাই বাবানা ঈশিং বালতিন অমদা মখুৎনা লুপ্পদা ঈশিং অদু পেট্রোল ওল্লি হায় । থৌদোক অমদা মাগী মখুৎনা লুপ্পদা দিজল থাও ওল্লি হায় । মসিদা ইরিবা অসিনা অচুম্বা ওইরবদি ঐখোয় কয়াদ লাইবক ফরবা ? পেট্রোল ১সুং দিজল তাংবদগী ঐখোয় ভারত মচাশিংদা কয়াদ ৱারিবা ? ৱারিবা অসি কোক্কবা ইবুংঙো নংনা নংগী লৈবাক .... তা চেল্লিবা গোডাবেরি ১সুং কৃষ্ণ তুরেনশিংদা নখুৎনা অমুক অমুক্তং লুপপিয়ু ।

..................

কেশ্বর কৌবা অমা লৈ । চীংদ কুইন ঠীকা তৌদুনা লৈবদগী য়াউশংদা ময়ুমদা থোরকপদা চীংমী পাখং অনি য়াউশং থাদা লোয়নরক্লম্মী । য়াউশং মনুংদা সড়ক্তা হৱা গাড়ি নিংথী নুঙায়না চেল্লমদে । চীংগী পাখং অনি একা গাড়ি থৌবা হৈবোই হৈতবোই তৌবনিনা টাটা গাড়ি অমনা থোমদত্তুনা অঙাং অনিমক স্কুল মপাদ শিখি । মতম অদুদগী মীশিংনা হায়নখি - মখোয়গী শিয়ু হায়বা মতম অদু শুরকপদুদা আ-চীংদগী সিদা কৌরগা লাইনা শিহল্লিবনি । নহা খরনা হায়নখি - মখোয়না একা গাড়ি ফজনা থৌবা হৈতবদগী থোকপনি । অহল অমনা হায়খি - হৌজিক কানগী অঙাংশিং তিনখেৎ লাইখেৎলি ।

..................

ইনে অমা লৈরম্মী । বৃন্দাবন চৎলুরে । হল্লক্লগা ঐখোয়দা ফজ ফজবা ৱারি লিবি । রাধা কুঞ্জগী, শ্যামকুঞ্জগী, হরিদ্বারগী অসিনচিংবা কয়াগী

ফজবা নিংথিজবা ময়াম উরুবদুনা মহাক লাই ফংলবনি হায়না হয়াউজরম্মী । মাগী মমাংদা মী অমা চৎপা উবা য়ারমদে । মানা ঝারি লিগদবগী কৌশিল্লিবা মীশি ফনদি য়াম্লে । মখোয় ঈংখোল্দা মী চংবা তন্নরবনি । মাগী মথৌ ইরৈ লৈতবগুম তৌরম্মী । মচা মমৌদদি ওম্থোক্লা থীনা থীন হায়খ্রে । মাবু নুংশিবা মচা মমৌ লৈতে । ঈংখোলদা ষন চংলকপদা 'পাপী চন্দাল কনাগী ষননো' হায়দুনা থাংজৌনা লংঙি ।

..................

হে ঈশ্বর ! নংদি তাইবং শেম্বা মপুনি । জগৎ সংসাব অসিদা লৈরিবা তিন কাংদগী হৌরগা চা উরবা শা, ঙা, উচেক ঝায়া, পিক্লবা ইশংদগী হৌরগা চাউরবা উ, ঝা, তাইবংমী পুম্নমক নহাক্ল শেম্নীবনিদো । ননাই ঐখোয় পুম্ববু ঝাহনগে ননিংনি, নুঙাইহনগে ননিংনি । ননাই ঐনা নুমিৎ খুদিংগী হৈনে, উহৈ ঝাহৈ, করিগুম্বদা সন্দেশ শেমদুনা ঈশ্বর নহাকমক্লি খঞ্জদুনা নহাক্কী মুর্ত্তিদ নুমিৎ খুদিং কচ্চরি । ঐখোয়গী ইমুংদা অনা অয়েক লৈহনবিগনু । ঐগী নুপাগী প্রোমোশন ফংহনবিয়ু । ননায় তোল্লবগী ইচাশিং নুপা নুপী পুম্নমক ফাষ্ট ক্লাসতা পাশা তৌহনবিয়ু । খ্বায়দগী ইনাক খুনবা লল লৈবা ওইজগে । ঐখোয় ইমুংবু নুঙশিদবা ইমুং পুম্নমক উৎকী মপৈ ওইনা তুমহনবিয়ু । ইবুঙো ননাই ঐনা নিজরিবসি পীনবিরবদি ইবুঙো নহাক্কী খুবম অসি সনা লুপা, মনি মুক্তানা থাল্লবা দলাল অমগী মঙ্ মঙ্জরি । পিনবিয়ু হে দয়াময় ।

..................

ঈশ্বর প্রভু ননাইদি চহি ৫৫ দা ঙায়জরি । ইখোঙ্ ইখুৎ অসি নোংমাগী পঙ্শিল্লকপা হেল্লক্লে । ননাই ঐনা ঈরু মাইথজরগা প্রভু নহাক্কী নফমদা হৈ লৈ কচ্চরি । মরক মরক্তা সন্দেশ শেমদুনা ইবুঙোগী পেন্নবা তৌজরি । ইবুঙো নহাক্কী সেবা তৌজনবা ঈরু মাইথজবদা হকচাং অসি লুম্বনা খোঙ খুৎ থাংবদা ঝাবনা লোইরে খব লৈবগদি ননাইবু করম

তৌহন্দৌরিনো ? ইচা ইশু নুপা নুপী পুম্নমক পরিক্ষা ফেল ওইরে । ঐগী নুপাসু প্রোমোশন কাদরে । ঐদি ঋারে প্রভু । নোংমতসু ইবুঙো প্রভু নংবু খুরুমদবা মীদি লৌশিং কয়া লৈশিনগ্রে । যুরা দলাল শাগৎগ্রে । কার তোংগ্রে । অদুগা ঐখোয়না নোংমা নোংমগী অসুম অসুম লাইররক্রে । তৌরিবা মতৌ অসিবু করিনো প্রভু ?

..................

"ঐ মশক খংউ" অহন অমনা হায়খি ।

তুম্বা, চাবা, থকপা চাং নায়বিয়ু, ফত্তবা পোৎ চাবিগনু।

অনা অয়েক য়াউদনা নুঙাইনা হিংনবা ওইদবা ঙাংগনু ।

ঈশ্বরদি লৈতে অদুনা নংনা মাবু কৌগনু ।

মী-শা, উচেকশিং লুনা চান্ন তৌ, নংনা নারগা মখোয় লাক্কনি ।

থাইনগী মীশিংনা পঙ্‌লিঙৈদা লাই খুরুম্বগুম খুরুমগনু ।

ইবাৎ পুজা তৌগনু, লাইদা পোৎ কৎকনু ।

নংবু অপঙ্‌বনি খনখিনি । লাইদা কৎপা মীনা চাখি ।

ইনাক খুল্লিসি লাইনা নত্তে । লায়ররিবসি লায়না নত্তে ।

..................

ঐনা লমফৈ (লংফৈ) দা লৈরিঙৈদা নোংমা অয়ুক অঙনবদা নিপা অমা ঐগীদা শেল শিংবা লাক্লম্মী । লংফৈদা লৈবগী হৌনবা শেল য়াম্না দরকার লৈরম্মী । মহাক লাকপা উবদা ঐ য়াম্না হরাউরম্মী । অদুবু ঐদি চিনয়া শেংদ্রি; ইরু মাইথাজদ্রি । অদুনা ঐনা লাক্লিবা নুপা অদুদা ফিদা অমা থারগা ঐ মনুংদা অমুক্তা চংলুখিগে ফম্বিরম্মু হায়রম্মী । ঐ চিন শেংদোক্রে অদুদগী লেত্রিন চংনিংলে অদুদগী ঐ ইরুজখোক্রে । পুংমুক

লৈরগা ঐনা মপান থোক্লকপদদি মহাক লৈরমদ্রে । ঐনা খনখি- শেল অদু ঈরু মাইথদ্রবসু লৌহৌবনা ফবনি । অদুবু ঐদি মতমদুদা ধর্ম্মবু য়াম্না থাজরম্মী । ধর্ম্মনা হায়রিবদি 'নশা মাংলিঙৈদা পোৎ শোক্কনু; পোৎ অদুসু মাংলবনি' হায়কো । 'ঐনা শেল অদু লৌহৌরম্লবদি শেল অদু হেক্তা মাংখিগদবনিকো - কোন্না অমুক পিবা লাক্কনি'। অদুবু নিপা অদুদি ঐনা যুমদা হল্লমদাই মিকুপ ফাউবা মহাক লাকখিদ্রে ।

..................

নোংমা অঙাং অমা মপা মমানা Hospital দা পোরক্লম্মী । চহি ৭/৮ রোম সুবল্লগনি মশা য়াম্না শোল্লে । ডাক্তবনা অঙাংদুগী মশা সুক্‌শাক শোকত্রিঙৈদা চে অমদা হিদক খব ইবগা লৈকনবা হায়রম্মী । অনাবগী মপানা ডাক্তবদা হায়রম্মী - ডাক্তব সাহেব, অনাবা হান্না য়েংবিয়ু অদুগা ইবিয়ু । ডাক্তরনা খুল্লম্মী - "খংলেনে, অনাবসে য়াম্না কন্না নারে, নহানখে খুল্লক ইরক্কি মীনা য়েংবদা ফত্তদুনা শিরমদাইদতা পুখৎলকপনি" হায়বল্লগা ডাক্তর চখোকখ্রে হিদাক অদু মপানা লৈরুরে অদুগা মচা অনাবগী মনাক্ত ফল্লবে । ইকান কান্নদনা ফিঙৌ শেৎপী নুপী অমা মখোয়গী মনাক্তা চংলক্লম্মী অদুগা হায়রম্মী - নখোয়গী হিদাক লৈরুরব্রা ? মপাদুনা - লৈজকরে খুল্লম্মী । Sister অদুনা ফক অদুগী ময়াদ Stand অমা থাংজিল্লক্তুনা অঙাং অদু ফজনা হিপহল্লগা Inj. Dextrose 5% Drip I.V. পিরম্মী । মপা অদুনা Sister অদুদা হংলম্মী - ইবেম্মা অঙাংদি য়েংবিদনা হিদাক কাপ্পিরিবসিবু করিগীনো ? ইচাদি লাই থোকইবনে । Sister না খুল্লম্মী - করিসু নত্তেদা অঙাং অসি য়াম্না শোল্লে, হান্ন কন্নবা তৌবনি অদুগা ডাক্তর না Round লাক্কনি; অদুদা হিদাক লোইনা তাক্কনি । 'ইবেম্মা ইচা অসে লাই থোকপনি হিদাক তৌবা য়াদে । হিদাক য়াম্না থাপ্রে । অদুবু লাইনা ওইরমাল্লে হিদাক চংদে । ঐখোয়না লাকচবদি লাই থোকপা অশেংব্রা খংনবা পোরকপনি করিগুম্বা লাইথোকপা অশেংবা ওইরদি ইচা পুজপ্রগে ।

অঙাং অদু Chicken Pox তৌরম্মী । Doctor না অঙাংগী মশাদা তৈনবা Benzyl Benzoate মহি অমা, Cough syr. vitamin syr. অদুদগী Antobiotic নোংমা অনি অনি কাপ্তনা নুমিৎ মঙা Hospital দা লৈরম্লগা Discharge তৌখি । খুঙ্গংগী তোল্ল তারবা প্রজা কয়াদ মাইবা শাবা খরনা শেল খজিক্তুং ফংহৌননবগীদমক লাংব্রে মতোন খর পিজবা, ঈশিংদা তুলসি মনা থাদরগা, মচিন্দা মুরুম মুরুম খর শোনশিন্নরগা নত্ত্রগা তাইরেন মশা অমা ঈশিং লুপ্লগা অনাবদা ফৎ ফৎ কম্বিবা, থাইনা ডক্তর লৈত্রিঙৈদা তৌনবা অদু হৌজিকসু মফম খরদা অদুম্মক চৎনরি । মসি খুঙ্গংগী প্রজাশিংদা Awareness পিবা ব্রাংপদগীনি । খুঙ্গংগী মীশিংনা অনাবা কবিমতা চাবা য়াদ্রবদুদা মখোয়না এনাফ্রেমগুম্বা গোলি পিজৈ । মদুনা চাক থাউদা য়ৈবদা চাকখাউ নাহল্লি । মরম অদুনা ওথোরকই । মদুদা মাইবনা লাই নুংশিৎননি হায় ।

..................

ঙসি বিশ্বকর্ম্ম পুজা নুমিৎনি । চাউবাসু নুপীগা লোয়ননা অয়ুক ঙন্তাদগী বিশ্বকর্ম্ম পুজাগী থৌরাং তৌজরম্মী । মাগী মরুপ খ্বাইরম্বন্দ কৈথেন্দা দুকান ফম্বা মখোয় মঙা/তরুকসু লাক্কনি । অদুগা লোয়ননা লৈকায়গী মরুপ মপাং কুনমুক; ইমুং মনুং য়াউনা মী য়াংখৈ ইনশাং নাপী শেম শাবা ঙরাং নুমিদাং লোয়খ্রবনি। ঙসি অয়ুক ঙন্ন বামন থোং থাকপা লাক্কনি । ঐজ্রা শ্যামকানহাইনা বিশকর্ম্ম পুজা তৌরগনি । দুকান মনুংদা লফু পাম্বী মচা অনি য়ুংদুনা হৈ লৈ ময়াম অমানা বিশ্বকর্ম্মগী মুর্ত্তিবু লৈতেংলি । ঐঙ্গা শ্যামকানহাইগী পুজা লোয়রে । মী মথং মথং লেপ্লগা লুপা ৫০ চৎপি, চামা চৎপী থাদনদুনা লাইমাংদা খুউ খুদক কুন্দুনা খুরুম্নে । ঐসু লুপা ৫০ চৎপি অমা কৎলগা প্রভু বিশ্বকর্ম্মদকোক নোম্ন খুরুমজে । মিনিট তরামুক লৈরগা মশা হায়রং হায়রং তৌবা মশা নানবা ইবুংঙো অমা লাকই। মানা হায় 'বিশ্বকর্ম্মদি মহৈ তম্বা কান্দা খুৎশা হৈনবা লাংকদবনি । নংদি ইলেকট্রিকী মপান্না থবক শুই । ইলেকট্রিক লাকত্রগা

থবক সুদে । ইলেকট্রিক সুক্লাক লাক্নে ইলেকট্রিক পুথোকপা মাইকেল ফরাদে ১সুং থোমাস ইদিশন মবান্নি লাৎলো ঐখোয় পুম্বা মবানি লাৎলবদি মৈ ফংবা য়াই । লাই ওন্নরে' হায়রম্মগা চৎখি ।

..................

অন্ধবিশ্বাস (অমম্ববু থাজবা) ১সুং তোকঙা মী অয়াম্বদা য়াম্না থাজনৈ । অখং অহৈশিংনা হায়বদি ঈশ্বর লৈ খঙ্গবা মীগী মফমদদি মসি লৈতে হায় । মুসলিম ১সুং খৃষ্টানশিংদা মসি অদুক হাক্ল কন্দে । মীতৈ ১সুং হিন্দুশিং অয়াম্বানা মসি থাজনৈ ।

খৃঃ ২০০১ গী মে থাদা মীতৈ মচাশিংগী মকোক অমত্ত য়াউদ্রে । মতম খরগী মনুংদা লোয়না শিরগনি হায়দুনা নুপী মখৈনা মুরুম মুরুম শোন্নখি । নচা ইচা মতম খর মপান ইপান থোকহনগুমসি হায়নখি । নংগী নংগী থোঙ্গান্দা মৈ থাল্লু লাইতিন চংলক্তনবা হায়নখি । মাগী মাগী থোঙ্গান্দা মৈ থান্নখি ।

ইং ১৯৮৬ অদুবাইদা ফিস্মু শেৎপা চৎলি; নুমিদাং মপান থোকপদা মৈ য়াউনা থোকউ । খঙবা খোৎপা তৌরবদি অশি অনা নংগনি ।

ইং ২০০৯, গী মে থাদা নবুং নৌপ্পাবু লফু থোংদুনা চাক্কৌ । নূঙনা দক্ষিনা ওইয়ু । মীতৈ লৈবাক পুংজাউ থীন্দনা তাকপগুম তৌখি । লফু ফুট অমা শাংবদা লুপা নিফু য়ৌখি । মফম খরদদি লুপা ৬০/৬০ য়ৌখি ।

ভারতকী কোনুং ওইরিবা দিল্লিগী নোংপোকতা লৈবী মৌ নহা চহি ২৮ রোকতা ঙায়রিবি অমা ভুৎ নুপীনি শোইতান চংবনি হায়দুনা য়ুম লোন্নশিংনা থাংনা থিনবা, মৈ থাবা তৌবিখি ।

রাজা বিরবলদা নোংমা মী চামরোমনা নিপা অমা চৈনা কন কন্দুনা পোরক্লম্মী অদুগা হায়রম্মী - "রাজা মহাক অসি উবদা মঙ্গোল লৈতে

অদুনা ঐখোয় মাবু হাত্তোকচরগে" । বিরবলনা খুমলম্মী "নখোয়দি মা উবদা মঙ্গোল লৈতে; অদুবু মানদি নখোয় উবদা শিদৌরি । ফৈ ঐ হৌজিক থবক চিল্লি । হোরেল পুং ৪ তাবদা কনানা শিগদবা অদুগা কনানা চৈ চাগদবা খংগনি "। অসি হায়বল্লগা বিববল চখোকখ্রে । পুং ৪দা বিরবলনা হল্লকপদদি নিপা অমদু নত্তনা কনা অমতা লৈরমদ্রে ।

ফিংগেশ্বর ডিষ্ট্রিক্তা চহি ৬০ শুরবি নুপী অমা হেল্লোই শান্নৈ হায়বগী মীংদা চৈনা কন কন্দুনা ফনেক থোকপিরগা লমজাউ সডক্তা চংহল্লম্মী ।

মচা লৈজদবা মতৈ মনাউ মচা অমা ফংনবগী মী অমদা হংলম্মী । মী অদুনা মখোয়দা তাকপিবকপা মতুং ইন্না থা ১৭ তা ঙাযবিবা অঙাং হাংলগা লাই খুরল্লম্মী । পুলিশনা ফাদুনা হংবদা অঙাং হাত্তুনা ষাজ্ঞ তৌববদি মচা ফংগনি হায়না খুল্লকখি ।

নুপী অমনা হু খজিক্তং হাপ্পা হৈ মহি লিক্লি অমা অঙাং অমদা লোন্ন পীথক্লম্মী । অঙাং অদুগী মমা মপাদি নুপী অদুনা হান্না খংদোকখ্রবনি । নুমিৎ অদুগী নুংথিন্দা নুপী অদুনা য়ুম্লোন্নবদা চংলক্লগা 'থংনবা য়ুম অসিদগী হয়েং মী অমা শিগনি' হাযবম্মী । পাউ অদু অঙাং অদুগী মমা মপাদ তম্লম্মী । অঙাং অদু মতম অদুদা মশা নাবম্মী । মখোয়না থুনমক; পুখত্তনা লাইয়েংলম্মী । অঙাং অদুদি লাইরিক হৈবা অন্ধবিশ্বাসপু থাজদবা ইমুংগী মী ওইবদগী মপুনশি কলহৌখি । নুপী অদু ফারগা হংবদদি শেল তানবগী লম্বী অমা ওইরম্মী । নুপী অদুনা খল্লম্বদি করি তৌরগা মহাক শিরোইদগে মঙোন্দা হংবা লাক্লগা মানা মাইবী লাইফাউ তৌদুনা লায়েংগে তৌবনি অসিনি । হান্না মহাক খুঙ্গংদা চত্তুনা হু পিথকপা ১সুং লাইয়েংবা অসি তৌদুনা লাকপা ওইবম্মী । চহি নৌরিবা অঙাংদা হু অদু দ্রোপ অমা হাপ্পনা নুমিৎ মঙানি চংলি' দ্রোপ অনি হৈ মহি গ্লাস অমদা হাপ্পদা নুমিৎ নিনি চংলি খংনবগী চাং‌ং তৌবদা য়াউ কুনসু হাংখিবা ওইরম্মী ।

অনিশুবা পৃথীবিগী লাঞ্জাউ মনুংদা য়ুমথোং খুদিংদা কোম তৌদুনা থম্মরম্মী । ঐখোয়সু অঙাং ওইনা কোম মনুংদা অহিং তুম্লম্মী । মতম

অদুদা অহিংদা ফিমু শেৎপা নোংমৈ পায়বা ভুট চৎলি হায়নরম্মী । মদুবু কিবদগী অহল খরদি কোম মনুংদা লোৎনরম্মী । খুদোং চাবা অদু লৌদুনা মী খরনা ফৌ বোড়া কয়া কয়া, অহিং খরদা হুখিরম্মী । মতম অদুগী অহনশিংনা য়ুম মৈ চাকখিবদা ফৌ য়াউখিদনবা বোড়াদা হাঞ্জিল্লগা শুমাংদা থম্লবনা অয়াম্বা ওইরম্মী । ফিমু শেৎপা নোংমৈ পায়ববু কিদবা নুপা অমনা অহিংদা ফৌ হুরানবা অমা ফারম্মী । হুরানবা ভুট শাবা নিপা অদু থাংনা য়ানবদা য়াম্না থীনা শোক্লম্মী । অদুবু মহাক অতৈ কনাসু ওইরমদ্রে । য়ুম লোন্নবা মনেগী মচা ওইরম্মী । নোংঙানবগা ঐখোয় অঙাংশিংনা হায়নরম্মী - "ভুট হায়বসে মী ওইরে"।

মহৌশাদি মীশিংনা থবক লমফৈ অমা চৎকদবা লৈরবদি ঈশিং অথনবা কোন অমা শুমাংদা থম্লম্মী । শ্বর য়েংলম্মী । শ্বর চুম্লগা খোঙ য়েংনা হান্না থাংদোক্লগা থবক চৎনরম্মী ।

থবক অমগী ব্রা লেপ্পবা, যাত্রা হুনবা, লুহোঙবা অসিনচিংবা কয়াদ নুমিৎ অফবা ফত্তবা খায় । তারিখ নত্ত্রগা থা পানবা ওইরবসু অমা ফত্তে, ১৩ ফত্তে হায়বা লৈ । Hospital গী No-13 গী ফমুং অনাবা অমত্ত লৈবিয়ু য়াদে । মুসলিম ১দি খৃষ্টানদদি মসি থোইনা লৈতে ।

মী খরদি শগোলশেল নত্ত্রগা থাংজ নুমিত্ত ময়ুমদগী মপান থোক্তুনা থবক চৎলবদি থবক অদু মঙ্গোল লৈতে হায়নৈ । মরম অসিদগী নোংমা ঙনখৎনা নত্ত্রগা নোংমা থেংথনা থবক চৎনৈ । কনাগুম্বা খরদি ইন্টভিয়ু নংদদুনা খুদোং চাদবা মাইয়োক্লে ।

লৈশাবী, মশক মতৌ ফজবি, খুঙ্গংগী লাইরিক লাইসু হৈতবা ইমুংদা পোক্তুনা মরায়বক থীবা ওইখ্রবী অমা, অন্ধ বিশ্বাসপু থাজবদগী মমা, মপা, মবুং মৌপ্বানা মনিংগী ব্রাপন্না পন শাদুনা লৈবা অমদা মহাকপু হুই, হৌদোং থম্বগুম থম্বিরম্মী । পাউ অদু তাবদগী ঐনা মহাক্কী মবুঙ অমদা লৈশাবী অদুবু ঐঙোন্দা অমুক্তা উহনবিয়ু হায়জরম্মী । মনিংগী থোংনাউ হাংদোক্তুনা

ঐবু লৈশাবী অদুগী মশক উহল্লম্মী । ঐনা মবুং অদুদা হায়রম্মী - "মহাক লাইগী শাপ্ন নাবা নত্তে; কুষ্টি থুংবনি মাগুম্মা নাব য়াম্মা লৈ । মহাকপু অসুম্মা থম্বিগনু । মহাক শোয়দনা ঙাউরক্কনি । অনাবা অসি হিদাক পিজরগা শোয়দনা ফগনি । হয়েং মাবু পুদুনা চীংমৈরোংগী লৈ ইংখোলদা পুবিরকউ । ঐ মফম অদুদা লৈরমগে "। মখোয়না খল্লম্মী 'লাইগী শাপনা নাবনি মীনা ফহনবা ঙম্লোই' ।

অসিগুম্বা ঐখোয়না অন্ধবিশ্বাস হায়রগা খংনবা অসি করম্মা কদায়দগী থোবকপনো - মরি মখোং থীবদা থোইদোক্কা অৱাব অমা ওইগনি । লাই তিন য়াম্মা থাজবা মী, মরু ওইনা ইমা ইবেনশিংদা পাউ অসি য়াম্মা থুনা ফাউনৈ । মীয়াম অমনা পাক্তক্লনা ঙাংনবক্লবদি ঐখোয় খরনা থাজদ্রবসু মদু থীংবা ঙম্বগী পাঙ্গল লৈতে ১সুং ঐখোয়দসু মদুনা অকায়বা পিবকপা য়াউই । করিগুম্বদা খুদোং চাবা লৌননবা অপিকপা খুল মচা মচাদা যাম্মা তোয়না তৌবা থবক্কি ।

ইতাউ, হন্দক্তা টামিল নাদুগী নাগপটিনস ডিষ্ট্রিক্তা লৈবা লাইশঙ অমদা দলিটশিংনা লাই খুকম্বা লাকপা চেটিপুলমগী দলিট নত্তবা মীওই কাঙলুপ খবনা অথিঙবা পীবগা লোইননা নৃঙনা থোমজিন্দুনা চঙহনখিদ্রে ।

দলিটশিংনা নমদুনা লাইশংদা লাই খুকম্বা চংগে তৌবদা দলিট নত্তবশিংগা খৎন চৈনবা থোকপদগী দলিট (সুদ্র) শিংগী মরক্তা খব অশোক অপন থোকখি । ইরাং অদু লাকশিন্নবা পুলিসনা ব্লেঙ্ক ফায়ব তৌখি । অসুম্মা টামিল নাদুগী মফম কয়াদ য়াম্মা তোয়না থোকই । অমুকসু মফম অদদা পুলিসশিং অশোক অপন নংবদগী দলিট (সুদ্র) নত্তবা মরাল লৈবা কয়া ফাবা পুনবা তৌখ্রবনি । হৌখিবা সেপ ৩০/৯/০৯ দসু দলিট ৩০০ লোম্না মান্নবা থৌওং অমদা লাইশঙ চঙনবা হোৎনখিবদা সি পি এমগী কাদরশিং ১সুং টামিল নাদু অনটচেবিলিটি ইরাদিকেশন ফ্রন্টকী মেম্বরশিংবু এম এল এ অমনা লুচিংদুনা চঙশিনখিবনি । পোলিটিকেল পাটিশিং অসিনা ভোৎ ফংনবা হোৎনবদা জাৎ অমগা অমগা নুংশিনদনবা

হোৎনবা পুন্নমক ঐখোয়না অসিগুম্বা থবক অসি তৌদনবা চহি কয়াগী মমাংদগী হোৎনরক্লবনি হায়না ফোঙদোরক্লি । (H. Lanpao 16/9/09)

উত্তর প্রদেশকী Allahabad তা লৈবা থবক ফংদ্রিবা নহা অমনা মহাক্কী মরৈ অদু ককখৎলগা হিন্দুগী লাইশংদা কত্তুনা থবক ফংনবা হৌৎনখি । মহাক্কী মমিং হেলা কৌই । হায়রিবা নুপা অসি চিত্রকুট ডিষ্ট্রিকতা লৈবা হোস্পিটাল অমদা সেনিটরি ৱার্কর অমা ওইনা এড-হোক বেসিসতা থবক তৌরম্বা মীওইনি । (MY 23/9/09)

লাইরিক্তি হৈবা মবুক চুমদবা মীনা, লাইরিক হৈতবা মবুক চুমদবা মীদগী সমাজদা মাঙনবা তৌবা য়াম্না হেল্লি । লাইরিক হেতবা মহাক্তি সমাজগীনা খনবা মখোয়গী অপঙবা অদু ফুদোক্তুনা অন্ধবিশ্বাসবু থাজনবা ঙাঙবা ১সুং লাইরিক লাইসু ইদুনা মীয়ামাদ নমথাক তৌবা ঙমদে । কবিগুম্বা মখোয়না ঙাঙ শকপা অদুদি কনানসু মৱা লৌবিদে । লাইরিক হৈবা নমথাক হৈবা মহাক্কা ঙাঙবা ৱাদি মীনা অচুম্বনি হায়না লৌই । মখোয়না মতম চুপ্পদা সমাজদা নমথাক তৌই ।

কনাগুম্বা অমনা অঙকপা অমা তৌবদা মদুবু অচুম্বা চুমদব্রা থীগৎকে খন্দবা মহাক অদু অতনবা মীনি । অঙকপা অদু থীগৎনবগী থৌনা লৈজদবা মহাক অদু পাঙদবা মীনি । অদুগা অচুম অরান করিমত্তা থীগত্তবা মহাক অদু অপঙবনি । চহি খরগী মমাংদা মীওইবনা উদবা, খঙদবা, থীগত্তবদগী অঙক অঙকপা পোৎ য়াম্না লৈরম্মী । ঙসিদি পৃথীবিদা অঙকপা পোৎ তরেৎ নিপাল নত্তনা অতৈদি লোয়না খঙদোকপা ঙমখ্রে । শম্না হায়রবদি, মীওইবনা Planet অসিদা খঙদ উদবা পঙলৈ লৈশিল্লকত্রবদিগী অতিয়া মাইকৈ পাঙলক্লি ।

# বিত্রাশিংগী চলাক

ইতাউনা নীঙবিরিবা লাই অসি 'মীনা লাই শাবা' হায়বদি 'মীনা পোকপা মী' অদুবু লাইনি খন্দুনা নীঙবিরি । নত্রগা মীনা নূঙথঙ, শ্রেনি, পাইজা মাইকোন, পাইজা মাইপাক পায়দুনা নূঙ নত্রগা উদা হক্লগা শেম্বা অদুদা খুরম্বনি । মসিদি ঐনা ইতাউদা কয়ারক হন্না হায়খ্রে- মসি ফত্তবনি । মসিবু ইতাউনা কন্না থাজরবদি ভুট-প্রেৎসু থাজবা তাই । মীত্রং হৈবসু লাইনি হায়রক্কনি ।

ভুট প্রেৎ তা হৈ শীঙবা নিপা অমা লৈরম্মি । মাগী ৱারি মতেক অমত্তং ইতাউদা তমজগে ।

ওঙাদুগী লৈফম, য়ুম্নাক মমীং অশেঙবা হায়জবোয় । ময়াংলমগী ওজা বিত্রশিং অফাউবা ওজানি হায়নৈ । ওজা অসিনা খুঙ্গংগী মীশিংদা হায়বা লৈ- "ঐগী ইংখোন্দা ভুট অমা লৈ । ইপানা শান্নরম্বা ভুটলা ইপুনা শান্নরম্বা ভুৎলা অদুদি খংদ্রে । ভুট অদুদি লোইশিলমদনা শিখ্রে । কনানা খংবা মফম মতম চাদনা ভুট শান্নরুবদগী ঐখোয়গী অহল মনুং মতম চাদনা লৈখিদবা ওইরম্বসু য়াই । নোংমা ঐনা নুমিদাং পুং ৯ লোম তাবদা মনিংথোঙদা চীন তেংবা থোকপদা অমম্বদুদা ৱাঙ চাউবা মী অমা ঐগী ইনাক্ত লেপতুনা লৈরম্মি । ঐসি মা উবদা কোকচাউবি ফুঙ কারম্মি । মতম অদুদা ঐগী মিহুল অসি দঙ দঙ ফুরম্মি । ঐহাক য়াম্না কিরম্মি । অদুবু মিকুপ ২/৩ গী মতুংদা ঐ জ্ঞান লাক্কুনা ঐগী ওজানা তম্বিখিবা মুক মন্ত্রগী পদ অনিদং ঐনা ইপা পাকৎনা থীবদা ভুট অদু শ্বায় মাঙখি ।

ইস! ঐনা করিগুম্বা মাইবগী মন্ত্র যন্ত্র খঙধবা ইচম চম্বা মী অমগুম লৈরম্বা থোক্লবদি অদুম ৱাম্হদুনা শিখিবা তাবনি । হৌজিক ঐ মন্ত্র খঙলবসু য়ুমদা থেঙনা খক হঞ্জিন্দ্রে । ইচাশিংদসু ঐনা মরক মরক্তা হেক হেক হায়রবনি । অঙাংশিং কনাগুম্বনা খঙজদবদগী নুমিদাংদ ঐগী ঈংখোন্দা

চঙলকপদা ওক্লগদ্রা হায়বসিগীৱাবনি । ঐনা ইচাশিংদসু থেঙনা হল্লক্তনবা হেক হেক হায় । মবমদি কনাগুম্বনা ইচাশিংদা হঙলকপসু য়ায় খনবদগী ।

অমুকখকসু ঐনা অনাবা অমগী কৌরদনা য়ুম অদুদা থোঙ হাংলগা চংগে তৌবমক্তদ ঐগী খোঙ অনি অসি মশক উদনা তাপ তাপ পায়রক্তুনা খোঙ থাঙবা থোকখিদে । ঐনা খনখি ভুটনা ঐবু অনাবা অসি য়েংদনবা তৌবিবনি । ঐনা মন্ত্র অমা থীবগা "নখোয মফম অসি থাদোক্লগা চৎখ্রো, নত্তবদি নখোয পটাল যৌখ্রগনি" হাযখি । অদুদতা ঐগী খোঙ অসি থাদোক্তুনা থাঙবা যাইদনা । মখোয অসিদি অশেঙবা ৱারিনি ইবুঙো হোয়দা ঐনা কোন্না মথং মথং তাক্লক্কনি ।" মসি মাইবা অদুনা সেবকশিংদা হায়খিবা ৱানি ।

আসিগুম্বা ভুট- প্রেৎ কি ৱাবি অসিদি খুঙ্গংদতা নত্তনা ইম্ফাল সহর ময়োন্দা লৈবা মীশিংদা য়াম্না কিনা থোক্লি খুঙ্গংগী মীশিংনা লাযরবদগী মচি ওইবা পোৎ চৈ, চিঞ্জাক চাজবা ঙমদবদগী মশা শোল্লি, ৱাখল খন্থবা ঙমজদে লাইরিক লাইসু হৈতে । মসিনা মরম ওইদুনা মখোয়না ভুট-প্রেৎ, লাই তিন য়াম্না থাজে ।

খুঙ্গংগী মী অয়াম্বদি এনশাং হাওত্রগা নুপিদা ফুবি, অঙাং নারবসু নুপিদা চৈ থাঙবা য়াম্না তৌবি । ওজা বিত্রশিংদি মীনা যাম্না নুংশিনা চান্না তৌবি । মবমদি মহাক মচাশিংবু লুনা চান্না তৌবি । মানা এনশাং হাওহন্নিংবা নুমিত্তা ঙা নচিংবা হাউনবা লৈবিরক্তুনা হাউনবা শিল্লি । মীনা এনশাং হাওত্রগা নুপি অঙাং ফুবা উরবদি মানা য়াম্ন শাওই, ওজানা নুপিগী মীচং চংঙি ।'নুপিদা এনশাং হাওনবা ঙা লৈরগা পিশিল্লু' হায় । অসিগুম্বা মাগী ৱারিশিং অসি নিংথম থাদা অঙাংশিংনা সড়ক মপান্দ নুংশা য়াইনা য়াইনা শান্নে ।

চহি খুদিংগী য়াউশঙ থা অমা ৱাৎলিঙৈদা লৱায়গী অঙাংশিং য়াউশঙ কোয়নৈ । অদুবু ওজা বিত্রশিংগী লৈকায়দদি অঙাংশিংনা পোৎ হুবা চঙবা কিনৈ ।

ওজা বিত্রশিংগী অরাপ অরাঙ্গা লমদা মাগী সেবক কুন কুম্থামুক লৈ হায় । করিগুম্বদা মখোয় ওজাগী যুমদা মখোয় ১৪/১৫ মুক পুনবা নমিৎসু লৈ। অদুগুম্বা নুমিৎ অদুদা মনা সেবকশিংদা নিংথীনা পাউ ডাক পী অসুম্না হায়রম্মী - 'মীনা নুংশিনবা মাঙাং শঙাং থোংনা নৌনা ঙাঙবা তম্মু; মীবু শুমহৎলু; নংনা ঙাঙবদো মীনা তানিঙহল্লু । লমচৎ ব্যাবহার ফজবা ওইগদবনি । অদুগতা ঐখোয়না অরোনবা থবক তৌবদা খুদোং চাগদবনি । ঐখোয়গী থবক ৱাংলোয়দবনি' । অদুগা মানা চফু মচা অমা মাঙদা থম্লগা হায়রম্মী - 'নখোয় খুদিংমক্তা অসিগুম্বা চফু মচা মরি মঙা/মবি মঙা লৈরো, অদুগা চফু, অদুগি মনুঙদা খুজিন খর, শম খর, চেং খর, মৈতান অশিবা খর হাপ্লগা মখুম চেৎনা খুল্লগা, খুনগী মতাযদা, চীংয়', তুরেল মপান, কদাযদনো নংনা কাওরোইদবা মফম য়েংলগা লৈবাক্তা ফুমদুনা থম্লগা, মথক্তা নাপী হৌবা লৈবাক খর থনম্মু । নখোয় নখোয়গী লৈকায়দা অনাবা য়াওবকপদা ঐ কৌরক্লবদি অসুম্না হান্না থমহৌবসিসু কান্নবনি ।

ওজা বিত্রশিংনা ৱা মখা তারম্মী - 'হিদাক গুলি খব চারগা হেক ফগদবদো অদুগুম্বা খর ঙক্ল থোকহন্দ্রবদি শেল ফংবা য়াদে । অসিগুম্বা ঐখোয়গী অরোনবসে মীঙোন্দা হায়দোকপা য়াদেকো ইচাশা । সিদ্ধ পান্দবনি । অদুগা পংতক সুতক তৌবা ইমুঙ শেন্দি পায়বা অদুগুম্বা ইমুঙগী পুখ্রিদা, নুঙ য়াম্না মুবা থীরগা মমিৎ অনি হুৎলু, মখয়াৎ মান্ন শেম্মু অদুগা পুখ্রিদা থাদৌ । তৌবতদি নংনা লঙথখিবা মফম অদু চাওরাক্লা খঙজু ।

কনাগুম্বা ইমুঙ অদুনা পাঙদবা মী ওইরবা, করি করিনো ইথী থীগত্তবা মী ওইরবা, ইমুংগী নুপী নক্তগা নুপা অদুনা লাইদা পুক্লিং লুপ্লবা অদুগুম্বা মী অদু ৱারি সুম শানবদগী খংগনি । মীনা হায়নবসু নংনা তাগনি । অদুগুম্বা ইমুংদা অথেঙবা অহিংদা নংনা মপান থোকপদা নূঙনা মখোয়গী যুমথক্তা হেক হেক থাউ । কান্নবা লাক্কনি । ভুট থাজিল্লকপনি লৌথোকপা হৈবা মী লৈ হায়গদবা মখোয়দা ।

পাম্বোমদা য়ন্ত্র য়াম্না শিরবদি নুপা নক্তুগা নুপী অদুদা নহাক্নে মহাকপু য়াম্না থাগৎলু । অদুগা অরাৎপা অমা নংনা হাপচিন্নবা হোৎনগদবনি । করিগুম্বদা নংনা নুপী অমা নকনবগী তাঞ্জা ফংলবদি নুপী অদুগী খুবাক ময়ি য়েংশিন্নদুনা মাগী হৌজিক্কি অমসুং তুংগী নংনা খংবা থরদং হায়নবা হোৎনৌ খুবাক ময়ি য়েংবগী লাইরিক লৈবনি; মাইবা শাবগী লাইরিক লৈবনি; ব্লেক আর্ট হায়রবসু; ঐখোয়গা মরি লৈনবা লাইরিক পুম্নমক পাশিল্লু । হৌজিক মীত্রং তৌবগী লাইরিক মরাং কায়না ফংলে । ঐখোয় ধর্ম্মদদি মীত্রং তৌবা মীবু লাইনি লৌনরিবনি । অদুম তৌরগা নখোয় অসুম অসুম ঐঙোন্দগী হেন্না খঙলক্কনি ।

হৌজিক ইচাশা শেলগী মথৌ ঙাক্ক ঙায়বে। ঐখোয়সু শেল তাননবা তৌসি । য়ুমথোঙ খুদিংগী মখোয়গী ইমুংনা কবম্বা য়ুম্বাগো, অনা অয়েক য়াওব্রা, করম্বা মখলগী অনা অয়েক্নো, খঙজিল্লু । ঙাংনবদা নুঙায়বা ইমুং নুঙায়তবা ইমুং, ঙাংনবদা ঐনা ঙমগদবা মী থীরগা শুমহৎনবা তৌ । য়ুম অমত্ত চিংথদন লোয়না খঙজিনগদবনি । ভোৎ লেপ্পা মীনা ইমুং অসিদা ভোটর কয়া লৈ খঙবগুম ঐখোয়সু ঐনা ঙম্বা মফমদা অনাবা চিংথদনা মশিং থীদুনা থমগদবনি ।

হৌজিক য়ুম খুদিংগী ইংখোল মতোন্দা লাইশং মচা অমমক শারগা লাই অমমম লাৎনরি । ঐখোয়না হৌজিক নুপী মাইবী শেমগৎপা য়াম্না দরকাররনি । মাইবী হায়বসে নুপী অমনা হেক ওইবা য়াবা নত্তে । গ্লোসোসালিয়ানা নারবা মী হায়বদি কুইনা মশাদা ঈ ব্রাৎলকপদগী তোয়না তোয়না নাবা, তোয়না শাগৎপা ফিবর তৌরুবদগী চোইরোন পারোল লোনবা, অমুক মতম খর ফবা অদুগুম্বা মী থীয়ু; মাইবী শেম্বা থোক্কনি । হৌজিক মী অয়াম্বা ঙাওরবনি । কলকপা, মীহৌবা অপাম্বনা লাকশিনখিবদগী মী অয়াম্বা শা ওনখ্রে । অদুগী মথক্তা চহি কয়া লিশাং শিংনা লাল থেংনদুনা লাক্লবনি; মীশি মীনা কুংলে । হুরান চিনখি, মীহাৎ, মীপুন ময়ামসিদগী অমা য়াওদ্রবা ইমুং লৈশিল্লক্লে । কনানা মাইবা মাইবী

থীদুনা খয়োম লাক্কুনা লাই খুরমদুনা চবান থাদোকপনচিংবা তৌরগা ফগনি খন্দুনা তৌনরি । কনা অমা নুমিৎ খুদিংগী ডাক্তরদা চত্তুনা অনাবা য়েংনরি । থম্মোইগী লাইনাসিদি য়াম্না লুই; হেক ফবা য়াবা নত্তে । মখোয় অসে ঐখোয়গী শেল লাকফম্নি । মাইবী, মাইবা য়াম্মিখৈ কান্নরবনি । ঐখোয় চংখিবদা মখোয় শিরোই নারোইদবগুম খল্লিবনি । নংনা মী অমবু মাইবী ওইহনবদা মাসু কান্নজরনি; নংসু শেল খর খর মানা ফংবদগী খায়বিরক্কনি । ঐখোয়না তৌরিবা অমসুং তৌদৌরিবা থবকশিং অসি মীগী মাঙনবা তৌবনি হায়না খনগনু । কনাগুম্বা অমা ৱাখল্লা নারবদা মমা মপা অদুনা ইবুঙো নংবু লাই ফুরম্বিগদবা মাইবা লাক্লে'দা হায়রুবদা খর ফবা মী লৈরিবনি । মী খরদদি ঐখোয়সে লাই ওইনা উরিপোৎনি ।

মাইবা মাইবী হায়বসিমকপু লাইগা নক্কবা মীনি । অহৈবা মাইবদি হৌজিকসু লাইগা ৱারি শায় । মহৌশাদি লৈখিদ্রবা মমা মপাগা ৱারি শানবিয়ু 'স্বৰ্গদা লৈবা ঐগী ইমা ইপাগী অৱাৎপা করি লৈবগে হংবিয়ু' হায়নবম্বনি । অদুবু হৌজিক্তি বামন্দা হংনরবনি ।

হিদাক ঙাক্তুনা অনাবা ফবা যাদে হায়না ঐখোয়না মীঙোন্দা তোয়না হায়গদবনি । ডাক্তরনা ত্রানকুইলাইজর ১সুং সেদেতিব গুলি পিজদুনা অনাবা অদু শোয়দনা ফহনগদৌরি । অদুম তৌরিঙৈ মরক্তা ঐখোয়না লাইগী নুংশিৎ লৈ; লাইগী নুংশিৎ অসিদং খায়দোকখিসি হায়গদবনি । ডাক্তরগী হিদাক চানা চানা তৌবা করিসু কায়দে হায়দুনা লুপা ১০০/২০০ লৌথোক হৌবা য়াবনি । ফহনবদি ডাক্তরগী হিদাক্কনি । অদুবু নংনা তৌবদগী ফরে হায়রক্কনি । খুঙ্গংদা, লৱায় থৱায়দা অনাবা য়েংবা ডাক্তরনা ফাওবা গুলি খর পিজরগা ফগদবদো শেল লৌবা য়ানবা হিদাক মচা অমা কাপাশল্লম্মি । অদুগুমদুনা ঐখোয়না ত্রানকুইলাইজর পিজবদা অনাবদো ফরবসু অঙাউবগী ইমুংনা দক্ষিনা তৌনিংদে । অদুনা লাই খুরম্নবা হোৎনহৌগদবনি ।

মীনা পোৎশেম তৌবিবদগী মহাক নাদ্বিবনি । করম তৌবদগী করি তৌবদগী মহাক নারিবনো ? মাগা য়েক্লবা নুংশিনদনা কনা কনা লৈবগে ? খঙলবদি ঐখোয়দা হায়দোকপিয়ু হায়গনি । খঙই হায়বসু তাশিল্লু । খঙদ্রে হায়রগা লাই অমা খুরমথোক্কনি হায়য়ু । খুরম্বিয়ু । অদুদগীদি খংঙে, খংঙে, হায়গদবা । অদুদগী নথস্ত মুরুম মুরুম খর শোনগদবা । নশা অদু লেপতুনা লৈরগা নমিৎ উইশিন্দুনা অনাবগী মমিং হায় হায়দুনা নকোক অদু, উরু উরু লৈগদবনি । তাসুম্না আনি/অহুম্লক তৌরবা তুংদা নংনা হন্দোক্লিংবা চক্ু মপাদা নমিৎ পানলগা শুৎ অমুক্তং তিংথোক্লগা লাই খুরম্বা লোইশিল্লো । অদুগা অনাবদুগা মমদগী নক্লবা মী কনানা খংদোক্লগা মাগা তুমিন্না ৱারি শাদুনা নংগা,মানা নাবগী মবম পিগনি । অদুগা মঙোন্দা পোৎশেম তৌশিল্লকপা মফম অদু ঐঙোন্দা লাইনা তাক্লকএ । হৌজিক ঐখোয় অনি চৎলগা পোৎশেম অদু লৌথোকপিরুসি” হায়গদবা । নত্ত্রগা নংনা ঐখোয় ওজাবু তৌহল্লু, নত্ত্রগা মী “মহাক অদু হৈবনি মী তৌহল্লু” হায়গদবা ।

হৌজিক নংনা নহান ফুমখিবা চক্ু পোৎশেমগী থমফমদা চত্তুনা হন্দোকপিয়ো অদুগা শোয়দনা ফরনি হায়রো । মঙোন্দা মসি তৌশিনবিরকপা মী অদু ঙসিদগী থা অমগী মনুঙদা শিবগদবনি । নখোয়না কনানা তৌবনো মশক অমুত্তা খঙগে হায়বদো ঐনা হায়দোকপা য়াদে । হায়দোক্লবদি হোরেন নুংদাং ভুটনা চরম মেৎখ্রনি; অদুননি নখোয় শাওনু । মহাক থা অসিগী মনুঙদা শোয়দনা শিগদবনিকো অদুদা অদুম খংজরো ।

দক্কিনা অচৌবা অমা ফংখ্রে ।

মী লিশিং লিশিংনা থবক তৌজগে থীরি । মী লিশিং লিশিংনা ৱানোম্বিনবা ৱা জাৎ জাৎ হায়জিল্লি । খরনা হায় ‘ঐ মন্ত্রিগী মীনি; খরনা ‘ঐ চিফ সেক্রেটরিগী মীনি; খরনা ‘ডিরেক্তরগী মীনি হায়নি । সিফাই খনবগী থার্দ গ্রেদ কি পৈশানা ৱাই চায়খে লৈ । থবক্তা লুপা লাক্ষ ১৫

য়ৌরে । শেন্দি চাওই্ থবক্তি মচানি । মন্ত্রিগা শেল য়েন্নরমগদ্রা ? শেল পিথ্রগা থবক খল্লক্তবা করিগীনো ? থবক থীবা মীদা ব্বানোম্বিগে হায়য়ু ঐখোয়সু থবক ব্বাত্তনবা তৌশি । ব্বানোম্বিগে হায়দুনা শেল পায়নবা হোৎনৌ । করিগুম্বা মহাক খল্লক্রবদি শেল অদু নংগী ওইরে । খল্লকত্রগা শেল অদু মচিৎ মচিৎ হনখো । তংখাইমুক লৌথোকখ্রগা ইকায়বদগী নত্ত্রগা তনবদগী অদুম শেল থৌবা লাক্লরোইদবনি । ঐখোয়দি সেক্রেটরিয়েট অফিসতা চংবা য়াইয়াদে য়াম্না তৌইদনা । ব্বানোম্বা মীশিংদি লোয়না চংবা য়ারিসিনি । কনাগী লৈশাবি, মৌ মচা, মৌয়াই, নুপা কয়া কয়া হোটেন্দা ব্বাথি ঙাংঙিবা মখোয়শিং অদু নং মশক খংবা নত্ত্রা ? মখোয় মী ফানবা লৈনরিবনি ।

হৌজিক মতমসে মী লোয়না নারবনি । কনানা মচা কায়নবগী, কানা মপুরোইবা কায়নবগী কনানা মখোঙ মখুত্তা শোকপদগী মখল মখা কয়াগী শোয়নায়বা ময়াম অমা । মখোয়বু পোকপা মমা মপাদো কমদৌরি ? মখোয়গী থম্মোয় ফাথবিয়ু । কয়িনথ্রবা, শিথ্রবা মচাশিংগী ব্বাখন্দা মমা মপা ঙাওরি । ময়াম অসিবু লায়য়েংনবা হোৎনবদা ব্বাবদু উবদা মখোয়দগী অমুক শেল করম্না লৌথোকশিগে খন্নবি । য়েন ১গী মশাদা ঈ খিক্তং থোকপা উবদা য়েন অতৈগী মচিন অতুম্বনা কক কক হন্দুনা ঈ থোকপা য়েন অদু হাত্তোকপি । অদুগুম্বনি মীওইবসু দখা তারিঙৈ মনুংদা লাইদা কৎলগা ফনি হায়জিনবিরিবনি । ব্বারিবা মী অদুগী চরম মেৎপিবা ঙাক্তনি ।

পাখং লৈশাবী কয়ানা থবক ফংদবগী ঙাওচৎনবা, এদস পকপা কয়াগী লাংদা থুরুবা; অহল লমন কয়ানা এদসনা শিথ্রবা মচা মমৌগী মশু কোন্দুনা পোদুনা লৈ নরি । শেল থুম খর পায়জবা ইমুংদা শেলগী দিমান্দ লাকশিল্লি । শেল পায়বা হায়বদো ব্বারে; শেল পায়দ্রে ব্বারে । অসিগুম্বা মতম অসিদা তনবু তন্দ্রবদি শেল তানবা য়াম্না লায় । শেল হায়বসে মীরক্তা লৈ । চীংদা চৎকনু, পাত্তা চৎকনু, মীগা নকশিন্নৌ । শেল য়াম্না পাম্বা মী

উরগা শেল মচা পোকহনগে হায়য়ু । অৱা অনা তারবা ইমুংশিংদা চং চংদুনা অসিগুম্বসি মতুংদা অমুক থোক্তনবা চুক শাবিগে হায়য়ু । লাইরবা ইমুংদা অনাবা য়েংগনু । মরল লৈবা ইমুংদগী শেল লৌথোক্লবা তৌগদবনি । য়ুমলোন্নবা ইমুংশিং ইনাক খুল্লবদি অমগা অমগা খৎনন্নবা শিনগদবনি । অমগী পোৎ লোন্ন লৌথোক্লগা য়ুমলোন্নবদা থমজিনবা তৌ । অদুদগী হুরানবা হুরানবী হায়না তৌনরক্কনি, খৎনরক্কনি খৎনবদুদা নংনা অমদসু হংজিল্লু, অমদসু হংজিল্লু অদুম তৌরগা ৱাখল ফাথবা ঙমদবা ইমুংনা নঙোন্দা থবক অমা পিরক্কীনি ।

চহি খরগী মতুংদা ওজা বিত্রাশিং য়াম্না কন্না নারম্মী । মাগী মচা অতোম্বা বিজয়না মপা অনাবগী মনাকোংদা চংশিল্লগা হায়রম্মী- বাবা ঐখোয়গী ইংখোন্দা ভুৎ-লৈ হায়বদো বাবানা হিংলিঙৈদা লৌথোকপিরম্মু । মপানা মচা য়েংলগা খুল্লম্মী - ইপাগী ইবুংঙো ইপা ভুৎ শান্নবা হৈতে । ইপানা ঐখোয়গী ইংখোন্দা হুরানবা চংলক্তনবা ভুৎ লৈ হায়জনবনি । মচানা অমসু হংলম্মী- বাবানা অনাবগী য়ুম চংবদা ভুৎনা হেক হেক কোল্লকপদা করম্না ভুৎতগী নাথ্বোকপগে তাকপিরম্মু ? মপানা খুমলকখি- মশক উদবা অনাবগী ভুৎনা কোল্লকই হায়বদো ঐনা হায়জিনবনিদা থাজগনুদা-ইপা চৎলগে ।

# নুঙায় য়াউশঙ নুঙায়

ইতাউ, হুরাল্লগা, নিরগা হ্রাউবা অমা লৈ । মসিগী হ্রাউবা মখল অসি য়াউশঙ মৈ থাদ্রবনিনা মুৎশ্ত্রগনি খল্লম্মি । য়াউশঙ মৈদি থাদ্রে । অদুবু মৈরিদি মুৎখিরোইদৌরি ।

য়াউশঙ মৈ থাবদি উদ্রে । অদুবু ঙাউজবা পান্থা ঐখোয়গী জাতি অসিগী লৈশাবি পাখংশিংনা নোংমা নোংমগী মশিং লাকঙমদনা হেনগৎলকপনা হ্রাউবগী থাকসু চহি খুদিংগী হেনগৎলকই ধর্ম্ম অসিগী মিংদা মখোয়না হেব পোকপদগী মমিং উরকপদা ঐখোয়না নিবা তম্বিরে । 'য়াউশঙনি পৈশা পিয়ু হায়য়ু, য়াউশঙনি অচাপোৎ লৈবিয়ু হায়য়ু'।

লৈশাবী কাংবু কাংবু হৌনদুনা শেল খায়বা য়ুল্লক্তা চৎলি । লৈশাবী কাংবু খরনা সড়ক্তা থৌরি তীংদুনা মীঙোন্দগী শেল মুল্লী । নুমিদাংগী মতমদা লৈশাবীশিং শেল তীংনা থাবল চোংই । অয়ুক নুংথিলদা মীগী লৈকায়দা ময়ুম পানখ্রবা মখোয়গী লৈকায়গী নুপীশিংগী মনাক্তা চত্তুনা শেল খায় । নুপী খরনা কার তোংদুনা, মেজিক তোংদুনা, জিপসি তোংদুনা পাখং খরগা শেল খায়বা চৎলি ।

নুপা মচাশিং, নুপী মচাশিং অনি/অনি, অহুম/অহুম হৌনদুনা অদুগা হনুবীশিংসু অনি/অহুম, ২/৩ হৌনদুনা য়ুম খুদিংদা শেল খায়বা চৎলি ।

ইমুং খুদিংগী অঙাংশিংগী ফিরোল লৈবদা চংখিবা শেল য়াউশঙ কোয়বা অঙাংশিংনা হুখিবা কোবি, অলু, য়োংচাক, ব্রা, ই, অসিনচিংবা; মচানুপি লৈশাবীনা থাবল চোংনবা লৌখিবা শেল; মচানুপানা য়াউশঙ কোয়নবা শেল; শেনখায় লাকপদা অঙাং, অহনশিংদা পিখিবা শেল; হোলি পালা লাকপদা তৌখিবা দক্ষিনা ময়াম, স্পোটকি খায়খিবা শেল; কয়া য়ামখ্রবা মীতৈগী ইমুং অমদগী থা অমদা অরেম্বদা চংখিবা শেল ।

য়াউশঙ লোয়র লোয়রগা লৈশাবীশিংগী থবক কনখৎলি । নুমিদাং অকে অমৌ শেমদুনা থাবল চোংঙি । অয়ুক নুংথিল্দা চাক চানে । অদুক য়াম্না খায়খিবা শেল অদুনা থাবল চোংবদা, শুমাং লিলা খর তৌরগা পুমলোয় লোয়শিনখি ।

পাখং মচা কয়ানা নিশা চাদুনা, মমায় মমিৎ পুম্মু মুরদনা, গাড়ি অয়াংবা কয়া থৌনদুনা পংকোয় কোযনৈ । খর অমানা নিশানা ঙমদুনা এক্সিদেন্ট থোক্কুনা শিখ্রে । খর অমনা মমায় মমিৎ য়াওদনা হোস্পিটাল্দা লৈ ।

হনুবিশিংনা লৈকায়দগী শেল খায়বা লোয়রগা মাইল ৫/৬ ফাওবগী মনুংদসু চত্তুনা খায়রুই । মখোয়না ঋানা তানবা শেলনিনা অরেম্বদা মাঙহন্দে ।

থবক তৌবা, স্তার শান্নবা য়াম্না পামজবা মখোয়গী মফমদদি য়াউশঙ অসি অমৃত চফু ফংগুম্মি । অয়ুক, নুংথিল, নুমিদাং লেপ্তে; মকোক ঙাউঁই ঙাউঁবি অদুম শান্নে ।

থাবল চোংগদবা লমপাক্তা মৌবি ঋা টাটা মপোৎ অমা, জেনারেটর, ইলেক্ট্রিক ঋায়ার অসিনচিংবা ময়াম অমা পৈশিল্লরে । য়াচংলকপদা য়েংবদা কয়া ফজববা । মৌবি ঋাশিং অদু কারন চনগনি । মখোয় খুদিংমক্তা টিয়ুব লাইট অমমম নপশিল্লি । স্বিটচ অদু কিট নম্বদা খংহৌদে, টিয়ুব লাইট পুম্নমক মিকুপ অমগী মনুংদা পুমঙান ঙাস্থোরক্কুনা ককচেং চৎপা উই । অদুদগীদি নুমিদাং পুং ৮/৯ তাবা অদুঋাইদা কলচর ঙাক্কনি হায়বা লৈশাবি খরনা তংখায় শারি, শারি মপুম শেত্তুনা ইফুন ঋা ঋা হৌরবা লমপাক অদুদা বেন্দ পার্টিগী তান য়েং য়েংদুনা থাবল মতেক মতেক চোংঙি । নোংয়ায় চবুক্তা নোংমৈ মখোল অনি অহুম তারবদি থাবল চোংবা লেপশ্রগনি ।

য়াউশঙ মৈ থাবা নুমিৎদগী বারুনি মতুং ফাওবদা ঐখোয় লৈকায়দা চাকচা হৈজানবদা মাঙখিবা চেং কুইন্টন ৪০, ঙা কুইন্টন ২০ লফু পাম্নি

চামা ১সুং অতৈ অতৈ মনামশিং অলু, হৱাই, কোবিনচিংবদা কুইন্টন ৬০ মাংখি ।

য়াউশঙ মৈ থাদ্রিবৈদগী থাবল চোংবা হৌবদগী চাখিবা, থকখিবা, অবের তৈনখিবা, লৈখোম কাপশিন্নবা ময়াম অসিগী ফলনা চহি খুদিংগী হোস্পিটালগী থোঙ্গাল ফাওবা অনাবা লৈ ।

য়াউশঙ মনুংদা অঙাংশিংনা নুংশা মরক্তা অথুম অহাও চাশিনখিবা থকচিনখিবা ময়াম অসিনা চহি খুদিংগী য়াউশঙ লোয়রকপদা অঙাং ১০০দা ১৫শি, ১০০ দা ৫না মখোঙ মখুৎ শোয়নায়, ১০০দা ৩দি মাঙখি; হীবা খংদে ।

চাকচা হৈজানবদা থোঙবা থাকপা তৌনবা বামন লৈতবদগী মীতৈনা বামন শারগা থোঙ থাক তৌবসু য়াওখি । য়াউশঙদা বামন্না অতোংবদা লৈখি ।

ঐখোয় য়াউশঙ কুইনা তৌরকপদগী থবক শুনিংদবা জাতি অমা ওইরে । নিশা চাবা ফজনা হৈরে । হৱানবা ফজনা হৈরে । শেল নিরগা চাবা হৈরবা উপজাতি অসিনা ইং-শোক কয়া ফাওবা লৈখিগদগে ।

..................

# লাইবুদি মীয়াম্ন হেন্না লুই

লালমনিগা লালহরিগা মচিন মনাউনি । মতম অমদদি মখোয় শেল পায়বা, লল লৈবা ইমুং ১ ওইনা মীনা ব্যাবাহার তৌনরম্মী । মচিন মনাউ অনিমক ওজা ওইরম্মী মখোয় অনিগী নুপানা ওফিসতা থবক তৌরম্মী । খুঙ্গংগী লমনিনা ওজা ওইনা ওইনা শীং য়ানবা ঈঙ্গোল কোইবনচিংবা থবক কয়াসু শুরম্মী । মমা মপানদি মখোয় অনিদা লৌরাক অমমম দি পিবনি । অদুবু হৌজিক্তি মখোয়না থবক কন্ন শুজবগা তলব চাবগনা মচিন মনাউ অনিমক লৌ পরি তরেৎ নিপাল/তরেৎ নিপাল লৈজরম্মী, মখোয় অনিমক লমদম অদুদ খুঙ্গংগী অকোয়বা য়াউনা শ্রাদ্ধগীদমক্তদি শেল পুবা য়ারম্মী । মরমশিং অসিদগী মীপুম খুদিংনা মখোয়বু লুনা চান্ন তৌরম্মী । মখোয় অনিবু পোকপা মমা লৈরিবনি মমাগী লৌ লৌরাক অমা লৈরী করিগুম্বা নাব য়েকপাগী লাইয়েংবদা য়োম্হোক্লগা শিজিন্নবা, করিগুম্বা নাবা য়েকপদা শিজিন্নদ্রবদি মমানা "বামনগী লাইদা কৎখো" হায়রম্মী ।

ইং ১৯৭১ গী য়াউশং মৈথাবা নুমিত্ত লালমনিগী য়ুমদা অহল কুনমুক চাক ঈশিং চানখি । চাক ঈশিং চাবা লোয়রবা তুংদা লালমনিনা অহনশিং অদুদা হায়রম্মী - ঐ ঙসিদগী ঐ ১সুং ঐগী ইমুং মনুং পুম্বা গৌরধর্ম্ম থাদোক্তুনা মীতৈ ঐগী ইপা ইপুনা চৎলম্বা ধর্ম্মদা চচ্চরনি । ঐনা ধর্ম্ম অসিদা লাইমীং লৌজদ্রিঙৈ মমাংদা হান্ন লাইমীং লৌবিশ্রবা/ লৌবিশ্রবিশিংবু ঐনা হন্ন হন্ন খুৎ লোন্নদুনা খুরুমজৈ । ধর্ম্ম ওনবা অসিদা তাবিবা উবিবা ইচিন ইনাউশিংনা; ঐবু পোকপা য়াবশিংনা ঐগী মীংগী মনিংদা মীতৈ হায়বিয়ু । কনাগুম্বশিংনা ধর্ম্ম মীতৈদা ওনবিনিংলবদি অহল লমল তিল্লিঙৈদা চংশিল্লক্তুনা য়াউবিরবা য়াগনি ।

হৌখিবা ইং ১৯৭৬ কী কালেন থাদ মমা তোম্বীমচা তাইবংপাল থাদোকখি । মমাদি মচা অতোনবগী মনাক্ত অমুক লৈবা; অহনগী মনাক্ত

অনুক লৈবা তৌরম্মী । মমা অদুনা তাইবংপান থাদোকখিবা মতম অদু অহনগা লৈমিন্নরম্মী । মমাগী পোলোইবদা মচা লালহরিনা মমাগী লাইবক্তগী অষ্টী লৌননবা পোলোইবা য়াউবা মী অমা অনিদা হায়রম্মী । অদুবু ময়াম্বা লালমনিগী মীনা তৌদনবা হায়বগী মচিন মনাউ করিসু লৈতবা ব্রাহ্মৌদগী লোয় লোন্না শাউনরম্মি । মখোয়না শাউনখিবসে অদুগী ঙাক নৎলমদে । মমা লৈতবা পুথোকপদা মীতৈগী ঈশৈ শকপা, মীতৈগী পুং য়েবা, গৌরগী ঈশৈ শকপা, গৌর পুং য়েবা লাক্লম্মী । কনানা ধর্ম্ম অনিগী পুং য়েবা ঈশৈ শকপা কৌরুবগে ? থীনবা কান্দদি কনা অমত্ত 'ঐনা তৌবনি' হায়না চোংথোরক্কে । অদুবু অহল লালমনিনা গৌরগী পুং য়েবা ঈশৈ শকপদা ব্রায়ৌবিনুকো হায়বা ব্রাহে শিজিন্নদুনা হলহনখি । মহাক মীতৈ ওইবে হায়না খংদবা মীনা কৌবা ওইরমাল্লে খনখি । মচিন মনাউ অনি য়াম্না নুংশিনরম্মী । নোংমতা অকনবা ব্রাহে, ব্রাতা শিজিন্নদুনা ব্রা ঙাংনরমদে ।

মথংগী নুমিৎতা মমাগী মৌপ্পা অনিসু লাক্কুনা মাঙ্গোন্দা ফম্লরে লৈকায়গী অহল য়াউনা শোরাংকী নুমিৎ পান্নবা, ঈশৈ শক্কদবা মীনা কনা কনা হৌজিক হায়হৌদ্রবদি মীনা হানখিনি অসিনচিংবা পানরম্মী । মীকুপ খর মখোযশিং অদু তুমিন্না লৈরুরবা তুংদা মনাউ লালহরিনা ময়াম্বদা হায়রম্মী - 'তাধন, তাধন্না মীতৈ ওইজরবসু ইমাদি মীতৈ নত্তে । অদুনা ঐনা ঙবাং মাগী সঁস্কারগী পুথোকপদা ঈশৈ শকপা পুং য়েবা হায়জরুবসু তাধন্না তানবিখ্রে । ঐ ইকায়বনা শিরবনি । ফরে, তাধন শোরাত্তি ইমানা পামজবা ধর্ম্ম অদুদা শোনখিসি '। ময়াম্বনা হায়রম্মী - "ঙায়খোনে হরি, ঐ মীতৈনি, ইমানা হিংলিঙৈদা ধর্ম্ম হায়বসি করিনো খংজবা নত্তে । ইমানা হিংলিঙৈদা গৌর ধর্ম্ম চৎলবসু খঙদবদগী চংখিবনি । হৌজিক্তি শিরবনিনা ঐখোয়না অচুম্বা লম্বাদ ইমাবু পুবিফম থোকই ।' ব্রা অদু তাবদা লালহবিনা হায়রম্মী - "তাধন ইমাদি গৌর ধর্ম্মদা পুক্কিং লুপচৈ ঐখোয়না ইমাগী শোরাং মীতৈদা শোনবা হায়বসে ইমাদা লংজবগুম থোকলোয়দ্র ? ননাউ

ঐগী ৱাদি ইমাগী শোরাৎসিদি গৌরধর্ম্মদা শোনসি অদুগী তুংদদি ঐ ঐগী অপান্বা তৌনসি হায়বসিনি ”। লালমনিগী মাইথোং ঙাংশিল্লম্মী । অশাউবা ফাউরম্মী । ৱা খরা কল্লপ তৌরগা হায়রম্মী - “হরি, ইমাসে ঐগীদা লৈবা কান্দা শিবনি । করিগুম্বা ইমানা নংগী নাক্ত লৈবা কান্দা শিবা ওইরল্লবদি ঐ ৱাফম অসে হায়রল্লোইদবনি । মীগী ধর্ম্মদা শোরাৎ শোনবা মখোয়না শোল্লিবসে করিলোম্নো করি হায়রিনো অর্থ খংব্রা ? নং ঐগী ইমা ইপাগী থবক্নি । মখোয়না শোনবিবা অসি চুম্ব চুমদব্রা খংদবা নত্তুনে । করিগুম্বা লাল্লবদি অমুক হন্না শোল্লু হায়গদবা নত্ত্রা ? ঐখোয়না খংদবা লোন্ন লান্না চৎখ্রবা শোরাৎ শোনবগী অর্থ করিনো ? অর্থ খংদবা অদুদা নুংশিখ্রবা ইপা ইবুংঙো অদুগী শোরাৎ শোনখি । মদুগী নিংঙমদবা ফাউরিঙে মনুংদা ইমা অমুক । নয়াম্না ঐদি পামদ্রেবো” মীকুপ খর লালহরি তুম্লা লৈরম্মী । অদুগা য়াম্না শাউনা হৌগৎলগা চৎখ্রে । মখোয় অনিগী মমাগী মৌপ্পা অমনা মাবু লাকখো হল্লকখো হায়না কৌরম্মী । অদুবু মহাক হঞ্জিল্লক্ত্রে ।

ঙশাইখৈ ৱা ঙাঙনবা তাবা মখোয়গী মামা অমনা অসুম্না হায়রম্মী - “ইমাকশা ইচেনা নবান্নি পোকচৈ; নবান্নি ধর্ম্ম তিন্নদ্রে । নবান্নিগী ধর্ম্মদি অমত্তনি তোঙান তোঙান উবসু তৌদে । অমনা মুসলিম, খৃষ্টানগুম্বা পুমতোপ তোপখিবা নত্তে । ঐগী ঈ-দা অহোঙব পিবা নত্তে । থবক মতৌ-খরা খেন্নবনি । ঈশ্বর মহাক অদুনা উ পাম্বী ওইরগা ধর্ম্ম পুম্নমক অসি উ শা ওইবনি । অমরোমদা হায়রগা নোংপোক থোঙদগী চংলক্লগা কংলা লাইফম তাই; নোংচুপ থোঙ্দগী চংলক্লবসু কংলা লাইফম তাই । মীতৈনি ঐখোয় গৌর ধর্ম্ম চৎলগা মীতৈ নত্তে হায়বা য়াগদ্রা ? নবান্নি চপ চপ লেপকনু । ঐদি খোঙফম লেংলরোই খন্নগনু । খর খর হন্দোকনৌ । হৌজিক ঈশৈ পালা নেকপা চৎনবা তৌরসি । অসুম্না মাখোয়না মামানা ৱা ঙাংলিঙে চৈরক্তা লালহরি শাউনা মখোঙ্ পরপ পরপ থাঙদুনা লাক্লগা হায়রম্মী - “তাধন ঐখোয়বু পোকপা ইমানা লৌ

লৌরাক অমা থনম্মী । নিংশিংবিরমগনি । ঐনা শঙম অমা তাধন্না শঙম অমা উই । করিগুম্বা ইমানা নারগা লৌ য়োল্লগা লাইয়েংনবনি হায়না । নাদবা থোক্লবদি লৌ লৌরাক অসি বামন লাইদা কৎলুকো ইচাশা"। হৌজিক ইমা অদুনাখিদ্রে । লাইয়েংবদা শেল তিংখিদ্রে । অদুনা ইমাগী লৌ শরুক বামন ঐজ্ঞা কাম্থাইদা কৎকদবনি । কাউবিনু অসি হায়রন্নগা শাউনা অমুক হনখি । অদুবু ময়াম্বনা 'ঙায়খো' ঙায়খো হায়না কন্ন হায়মনবদগী লালহরি চপ লেপ্লম্মী ।

মাগী মামনা চংলকখো চৎখিনু ব্রা খর হায়নগবা ব্রাংলি হায়রম্মী । লালমনিনা করিমতা শাউবা তৌদনা অসুম্না হায়রম্মী - ইমাদো অহলগী মতম ওইশিল্লকপা কান্দা মশাদ করিগুম্বা খর শিরমদাইদা ফাউবগুম তৌমাল্লে । নোংমা ইমানা তুম্নমদাইদা ঐঙোন্দা হায়খিবা লৈ । "ইমাগী ইবুঙো নখোয় নখোয়না হৌজিক পায়রিবা লৌ-শিং অসি কায়থোক্তবা ওম্বা ওইয়ুকো । য়ুম্বানবা হায়বসে য়াম্না চেকশিল্লু, য়াম্না লুবনি । মদুদা ঐনা মরক থক্তুনা হায়খি - "অদুগা ইমানা করিগী লৌ লৌরাক অমবু বামন্দা কৎলু হায়খিবদুদি" । ইমানা - "অদুদি শুম তৌরো ইমাসু হায়দোকপ্রবনিনা নুঙায়দ্রে । নারে ফরে; করিগুম্বা নাদনা শিবা থোক্তলবদি লৌ য়োনবগী শেন্নি খন্দুনা লুপা চামদং বামন লাইদা কৎলু । অদু ঙায়দনা ইচাসিদি" হায়রম্মী । অদুনা ঐদি ঐনা উবা শঙম অদু কৎলরোই; নংসু কৎলুরলু' হায়রম্মী । ব্রা অদু তাবদা লালহরিনা য়াম্না নুংশিদবা খুনোক অমা নোক্লগা 'তাধনগী মঙগী ব্রাদো পিথোক্লিংদগী ব্রানি ননাউদি কৎকনি' হায়রমলগা চৎকে তৌরম্মী । অদুবু মমাগী মৌপ্বা অতোম্বা খম্বনা ফাদুনা অমুক ফমহল্লম্মী । খম্বনা শাউরংননা হায়রম্মী- "ইমাকশা, ঐখোয় ভাব তারে; ইচেগী শোরাংসে অনি থোক্তৌরিনে । মদু নখোয় নহে নশিং লল থুমদা মতিক চানা লৈববা নখোয় শোরাং অনি থোকপা হায়বসে য়াম্না ফজদে । মদু হেক তৌবদা নখোয় অনি মীনা ব্যাবহার তৌরম্বদো তোকপ্রদবনি । অমমম কৌথোক্লগা

ফুবিখ্রনি । ননাউ চৈবদা ময়াম্বনা তুমিন্না 'ঐঙোন্দা নত্তে' লৈখ্রনি । ময়াম্বা চৈবদা মনাউনা 'ঐঙোন্দা নত্তে' লৈখ্রনি । মদু অশোনবগী খুদম্নি । মনাউবু ময়াম্বগী মমাংদা ফুবিবদা ময়াম্বা অদু মনাউগীদমক্তা পাম্বোম তিঙদ্রবদি নংবু ফুবদা ননাউনা পাম্বোম তিঙঙরোঈ । শোকমিন্নবা ইচিন ইনাউ ওইবগী করি কান্নরি ? ব্রা তেনশিন্নবা তৌসি । ঐ ব্রা হায়গে । শোরাং অনি থোক্লগা লৈকায়গী মী য়াম্ন ব্রান্ননি । মীতৈগী শোরাংকা গৌরগী শোরাংকা নোংমা নিনি খেন্ননা শোল্লবসু পোৎযেংদে লুপা ৬০ চংকদবদা ১০০/১২০ চন্তৌরিবদি য়ুম খুদিংদগী । নখোয়বু ইচে ইবাই হোয়না লৈকায় মীয়াম ব্রাননবা পোক্লকপ্রা ? অদুহৌজিক ঐ ব্রা হায়গে। নখোয় শোরাং অনি থোক্লিংঙি । মদু থোক্তনবনি অহল অদুনা লুপা চংপি অমা পুথোয়ক্লগা হায়রম্মি । শেল, অসিগী মমায় অনি পাল্লি । অশোক চক্র অসিনা মথক থংলবদি গৌরদা শোরাং শোল্লে । নবান্নি করি খল্লি ? অশোক চক্র থোক্তগনা মীতৈদা শোনবা মদু য়ানসি । তিল্লিবা মখোয় ১৪ মুক অদুনা অদুম তৌসি অদুম তৌসি হায়নবম্মী । মখোয অনিদি ব্রা অমত্তা ঙাংলমদে । "নবান্নি ব্রা অমত্তা ঙাঙদে করিগীনো মখোয় অনিগী মামহন্না শাউরপ তৌনা হঙলম্মী লালমনি নং কবি হাযবিবা ? লালহবি নংসু কবি হার্যবি"? লালমনি য়াবগী ইঙ্গিৎ পিরম্মী; লালহরিসু য়াথোক্লক্লে । হৌজিক মমাই অনি পানবা চান্দি অসে চেপ্পা পায়বগা শুমাংগী মথক্তা লংখংলম্মী । অশোক চক্রনা মথক থঙলম্মী । শোরাং গৌরদা অমত্ত ওইনা শোনবা তারম্মী ।

শোবাং শোনখিবম্মী । শোবাং শোনবদা লালহরিনা মান্দব মপু নায়নিংলম্মী । অদুবু মাগী মামতোন্না নখোয় অনিগী ধর্ম্ম য়েৎনবসিদা মান্দব মপু নায়বা ফত্তে" হায়রম্মী । লৈকায়গী মীশিং স্কুল ওজাশিং, মচিন মনাউগী নুপীশিংনা অফিসতা থবক তৌবগী মাগী মাগী সঙ্গনা চাউরবা শুমাং অনিদু পিক থল্লম্মী । ঈশৈ শকপা ওজাশিং, পুং য়ৈবা ওজাশিং হৌগৎলগা ঈশৈ শকচবা ফংলমদে । শোরাংকী লাকপিবা পুন্নমক লোইনা

শেল থাবা হৌনবি ওইরম্মী । উপু মচা অমমম পায়দুনা কেসিয়ার অনি লৈরম্মী । লালমনি 'অমা লালহৌর' অমা ওইরম্মী । শোরাং লোয়রগা লালমনিগী কেশিয়ারনা লুপা লিশিং২১০৫০ লালমনিদা খুৎ°ান্নরম্মী মতৌ অদুগুম্না লালহরিনা ফংবা শেল লুপা লিশিং ২৮৫০০ ওইরম্মী । নোংঙানবগী উশব লৈবনিনা "হয়েংগী উশব ফংবিয়ু, য়াউবিদবা য়াদে" হায়দুনা মরুপ মপিজা অহল লমন কয়ামরমদা খুরুমজরম্মি ।

হৌখিবা য়ুমজকৈশা নুমিত্তা মমাগী শোরাং শোনখি । মথংগী নুমিত্ত উশবসু শগোলশেল নুমিত্তা মীয়াম অমবু হাউনা পিজদুনা লোয়শিনখ্রে । অদুম ওইনমক লালহরিগী মপুক্লিংদদি করিগুম্বা অমা ইচিং চিংনবগুম তৌরম্মী । অতৈ করিগুম্বগী নত্তে; বামনগী লাইদা "লৌ কংপা অসি ইমানা শিরমদায়দা তৌগনু হায়রম্মী হায়বসি অচুম্বা ওইরিদ্রা; ঐঙোন্দনা কারিগী হায়রমদে । মসি তাথন্না শাজিন্নবা ঝা ওইগনি । মাগী লৌ কত্তুবসু ঐগীদি কংকনিদনা" অসি খন্দুনা মানা ঐজ্ঞা কাম্বাইদা চংলম্মী ।

ঐজ্ঞ কাম্বাই মশক মতৌ ফজে, ঝাঙ চাওই, কুচু পাল্লি মাগী হায়বমক্তুবু শাউগল্লি । নহা ওইরিঙৈদদি খ্বাঙদ চেন ফাবিগা তৌদনা মী য়াম্না ফুনরম্মী । লালমনিগা লালহরিগা মমাগী শোরাত্ত মাবু মান্দব মপু শোয়দনা ওইহনগনি খল্লম্বনি; অদুবু ওইখিদ্রে । মানা নোংমা অয়ুক্তা স্নান তৌরুরগা কাখৎলকপদা সুমাং মতোন্দা লালহরিগা কোক হেক উন্নরম্মী । লালহরিনা খুরুলম্মী । কাম্বাই শর্ম্মসু ঙক খর নোম্বরপ তৌদুনা খুরুম্বা ওক্লম্মী । শর্ম্মনা কৌরম্মী - "করিনো অতো, হৌজিক কানসে মান্দোব মপু য়াউদনা শোরাং শোন্নরেনা । অতো নংবু করি হায়গে লাকপনো ?" "ঐজ্ঞা লৌ শঙম অমা লাইদা কচ্চগে লাকপনি" অসি হায়রগা খুন্নম্মী । "এ হরি, জগৎ সংসার অসিদা তৌনরিবা হিংনরিবা পুম্নমক অসি মানা মানা তৌখিবা থবক্কী মহে চানবা ঙাক্লি য়াম্না ফবা ঝানি । নমা ইবেমা বৈষ্ণবি মরাইবক ফৈদা; মচা অফবা পোকপগী । অতো নংবু ঝা অমদি হায়গে, হৌজিক কানসে কলি যুগ হায়বদুনি; মী ফত্তবসে খম থেংলে ।

মৈতৈনা/মীতৈনা বামনগী শ্রীহরিদা, গৌরচন্দ্র প্রভুদা মপানা কৎলম্লবদুবু মপা লৈত্রবা তুংদা মচানা লৌথোকই হায়বসু তারি । অদুনা নং ঐগী হাক্তক্তা মদু থোক্লবসু কোন্ন থোক্লকপা য়াই । মসিগুম্বা অসি থোক্লনবা ইবুঙোনা মীং ওন্দুনা রেজিষ্টার তৌরকউ"। "ঐজ্ঞা ননাই ঐ মদুগী মতাংদা হংজরুরে । মীং ওন্দুনা রেজিষ্টার তৌবদা লুপা লিশিং অমাগা চামঙামুক চংগনি হায় । ঐ হৌজিক পট্টা পুজরক্লে; পট্টা অসিদগী পোইন্ট হুম্ফুনিথোই (.৬২) ঐজ্ঞাহোয়না শেল লিশিং অমা চামঙা তিংলগা লৌবিবো" হায়রম্মী । "য়ে; অদুদি কদায়দগী য়াদগে । লৈবা য়োনবা নত্তে । লাইদা কথোকপা হায়বনি । পুম্নমক কৎলগদবনি । নংনা লুপা লাক্ষ পিবা অফবা লৌফম অদুবুদি কৎলগা করিগী লিশিং অমগা চামঙাবুদি পাম্মুরিনো ? ঐখোয়না শেল পুথোক্লনা তৌরবদি নংনা কচ্চবগী মহৈ মপুং ফাররোই হায়বনিদা; য়ৌরো, য়ৌরো অদুগা শিমসু হায়গে, রেজিষ্টার তৌরবা অনৌবা পট্টা অদু খুৎশিন্নবা নুমিত্তা নংনসু লৈকায়গী অহল তরা অমা কুন অমা চাক ঈশিং পিজগদৌরিবনি । নংবু মখোয় পুম্নমক্লা ব্যাখান তৌবিগনি । মখোয়না লাইদা কৎপা অদুগী শক্তি ওইরগনি । নংগী নতৌ পুম্নমক্লা তম্লিংগনি । চৎলো চৎলো ।" হায়রম্মী ।

লালহরি লৌ কৎপা পাম্মুরবনি মমানা হায়রম্বা তৌগেদি খনবনি অদুবু লৌসু পিবা রেজিষ্টারসু ঐনা শেল তিংখৈ তৌবা অমুক মী খর চাক পিজবা মসিদি - মসিদি তৌহৈবা থবক নত্তে ।

লালহরি মরু লুক্লা, মাইথোং লাংশিন্না তৌফম খংদনা কৃষ্ণনগর খুঙ্গংদগী লবুক ফাউদুনা রামনগরগী খুঙ্গং তম্না লাকপদা সেলুংবা কৌবা মাগী মরুপ স্কুল অমত্তদা ওজাসু ওইমিন্নবা গা থেংনরম্মী । সেলুংবনা - "করিনো ওজা নশা ঙমদনা উই । শোরাংকী শিল লাংবদা নারব্রা ? হৌজিক্ল কদায় চৎলুবগে" হংলম্মি।

"ওজা সেলুং ঐ ঙাউরে । ঐজ্ঞা কাম্বাইগীদা ইমানা থনম্বা লৌ অদু লৌজরো; নখোয়দা নামা পানশিল্লো হায়রুবনিদা । নামা ওনবগী রেজিষ্টার

তৌবদা লুপা লিশিং অমা চামঙা চংগনি । শেল অদু ঐজ্ঞা হোয়না পুথোক্লগা পট্টা অ.সেদগী পোইন্ট শুমফুনিথোই লৌথোকপিয়ু হায়রুবদা মখোয়না শেল পুথোক্লগা তৌরবদি লৌ অদু লৈব য়োনবরোমদা তারে ! লৌ কৎপা হায়বদু থোক্কে । নংনা লোয়না তৌগদবনি । লৌগী পট্টা অদু ঐগী খুত্তা হেক তহা তহানা শিন্নবিগনু । মী ১০/২০ মান্দোব তা চাক ঈশিং পিজরগা মখোয়গী মমাংদা লেম্ন শিন্নবিগদবনি হায়রকই” খুল্লম্মী ।

সেলুং-নংগী পট্টাদগী পোইন্ট হুমফুনিথোই লৌথোক্লগা কনাগী মীংদা ওন্দৌরিবা ?

হরি- ঐজ্ঞা কাম্বাইগী মীংদা

সেলুং-ইমানা হায়রম্বদি লাইদ কৎলু হায়রম্বনি । ঐজ্ঞা কম্বাইদা নত্তে । কাম্বাইদি লাই সেবা তৌবনি । অদুনা নংনা পট্টা নামা রেজিষ্টার তৌবা কান্দা “শ্রীশ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভু” হায়না তৌগদবনি ।

হৌজিক হরিদা মঙাল অমা লাক্লে ।

হরিনা সেলুংগী মখোঙ পায়দুনা খুরমলগা - “ওজা নহাক ঐগীদি গুরুনি ঐ পুম্নমক, ভাব তারে; ঐ চৎলে “চৎন চৎন” হৌজিক্তি ইনিঙ তল্লে পুক্লিং য়াংলে বামন লাইগী মমিংদা নমা পট্টা অমা তৌরগা ঐগী অদুম ওইরেদনা । ‘ঐজ্ঞা কাম্বাই ! নংনা পট্টা অসি পায়শিন হৌরবদি ঐ অদুম্মক পংঙদবা । হৌজিক্তি নং লৌ ফংলরোই’ । ওজা শেলুংনা খল্লম্মি “ওজা লালহরিগী ব্রাফম অসি অকায়বা লৈ । মমানদি হায়রম্বা য়াই । ঐখোয় ইমানা শিরমদাইদা করিগুম্বা অসিগুম্বা লাইদা কৎলু হায়রক্লবদি ঐনা ইমাদ য়ানিংদবা উৎকনি । ঐখোয় খুঙ্গং অসিদদি য়ামগ্রবা শেন্নি । মীয়াম অমা কান্নবা থবক পুত্রি তৌবা, লৌখোঙ তৌবা, ঈশিং থিংদোক থিংজিন তৌনবা শেম্বা, মখোয়শিং অসিনা খুঙ্গংগী মীশিংগী পুন্সি চাউখৎহনগনি । ওজা লালহরিদা মমানা লৌ লাইদা কৎলু হায়বগুম ওজা লালমনিদসু শোয়দনা হায়রমগনি । মখোয়গী লৈখিদ্রবা ইন্দোন অদুনা

থাইনগী চৎনবি অদুদা হায়জবম্বনি । মীয়ামগী ফনবরোমদা লৌ অদু কৎপনা লাইদা কৎপদগী হেন্ন মহৈ চাউই ।" অসি খন্দুনা ওজা সেলুংনা মাগী চৎকদবা থবক অদু তোক্কুনা লালমনিগা লালহরিগী য়ুমদা লাক্লম্মী । মানা য়াম্ন খংনিঙলিবদি ওজা লালহরিনা বামন্দা লৌ কৎকদবা লৌ শঙম অদু মখোয় অনিগী অপুনব্রা অসিনি ।

লালহরিগা ওজা সেলুংগা ইকান কান্নদনা লালমনিগী য়ুমদা থুংলম্মী । মচিন মনাউগী য়ুমদি শাইজিনগা শাইজিনগা লোন্নবনি । হরিনা ময়াম্বা লালমনিগী মখোঙ শোক্কুনা খুরুম্লগা য়াম্না নোল্লুক্লা হায়জরম্মী । "তাধন ননাউ পুকচেন য়াম্না পিকপা পাংদবা, করিসু খঙদবা, ঐনা তৌবা ঙাক্ল অচুম্বনি খনবা মী অমা ওইজরম্লে, ঐবু ঙাকপিয়ু ।"

হন্দক মমা লৈতবগী শোরাৎ অদুদা লালমনিদি মাগী ধর্ম্মদা শোন্দে হায়বগী কবিসু নুংঙায়তবা তৌখিরমদে অদুবু লালহরিনদি ময়াম্বনা মাবু য়াম্না লান্ন খনখ্রে অসিনি । মখোয়গী মামা অনিনা তৌবা বিচার অদু অচুম্বনি খল্লম্মী । অদুবু লালহরিদদি মমাগী ১দি মশাগী ধর্ম্মদশোক্তে হায়বগী নুঙাইজবা ফাউজরম্মী । মমা লৈতবা নুমিৎকি নোংঙানবদগী মচিন মনাউ তাথোক তাশিন তৌদনা শোরাৎ শোনগদবদুবু ময়াম্বগী অধিকার ইরৈ লৈতবগুম তৌখি । মাগী মামা অনিনসু থবক অয়াম্বা হরিদ শিন্নরম্মী । অচংবা শেলগী তাংখায় তংখায় পুথোক্লবা মামা অনিনা শিল্লম্মী ।

লালমনিনা লালহরিদা করিগুম্বা কানদা হরি কৌই; অয়াম্বা মতমদা নুংশিবদগী মনাউনুপাবু ইনাউতোন কৌই ।"হরি, ইনাউতোন, করি তৌখ্রে; নং করিসু লান্দেদা হৌগৎলো, হৌগৎলো ওজা সেলুংনা য়ৌশিল্লকপদা লালমনিনা ওজাবু শোমদা লেংশিল্লকউ" হায়রগা ফম্লম্বদগী হৌগৎলম্মী ।

"ঐদি শুম চথোকচরকপনি" সেলুংনা ফম্ন ফম্ন খুম্লম্মী ।

"তাধন ঐসু ঙসিদগী মীতৈ ওইরগে"

"নংবু মীতে লত্রনে" মনিন হংলম্মী নহাক য়াম্না ৱাখন নুঙায়বা মাপ্লি; অদুগা করিগীনো নমিত্তা ইরা চেপ্লিবা ! ফম্মু ফম্মু।" হৱিনা বা ঙাংনবগী তাঞ্জা মনিনা পিরক্তে অদুনা হৱি তুমিন্না চৌক্রিদ ফমদুনা লৈরম্মী। মনিনা মখা তারম্মী "শোরাং শোনবগী মতাংদা মামা অনিনা কয়া ৱাজপ্রবা । নংনা হৌজিক ধম্মগী বা হৌদোরকইবসে করিগীনো ? ধম্মগী বা- হৌথোকপা হেক য়াবা নত্তে মচিন মনাউ নুংশিনদে, মপা মচা য়েংথিনৈ, পাখং লৈশাবী শিমিম্নে । মাদি লুবাক মনুংদা থম্ব পোংনি । ধম্ম তিন্নবা লাক্লগা লুবাক হাংদোক্কদবনি । য়েংউ উচেক মতু মান্নবা মান্নবা পাইমিন্নে, চাক্তামিন্নে । ঐখোয় শোরাং ফাইবোক শোল্লমদবা খজিক্তা ঙায়বনি । চক্কু কায়রগা ক্বাক হৱাউবগুম তৌরমগদবা খজিক্তং ৱাংপনি" । 'ইহে ! ওজা সেলুং ইনাউতোন নখোয় অনি কদায়দা চংলুবগে' ?

সেলুং- ওজা ঐ থবক অমা চংকে হোংনরুই । অদুবু মতাং চাদ্রে খনবদগী শোমদা হায়জিঙ্গরকপনি ।

মনি- ওজা হৌজিক অসিদা পৃথীবিগী মী খুদিংনা লৈবাক, লোল, ময়েক, থীগংনদুনা মাগী মাগী আইদেনটিটি কায়দনবা কন্না হোংনরক্লি । মরমদি অচৌবশিংনা মচাশিংবু য়োংশিল্লি। দুকান ফম্বা মক্ত ওইরবসু দুকান মচা কয়া অচৌবা দুকান্না য়োংশিল্লি । মানা পোং হোঙনা পিবগুম দুকান মচাশিংনা ঙমদে । ঐখোয় মনিপুরসু অপিক অপিকপা জাতি ৩২ (কুম্থ্রানিথোই) না পুনশিনবা লৈবাকনি । অপিক অপিকপা জাতিশিং অসিসু মখোয় মশানা মাংদনবা হোংনজগনি অদুগা ঐখোয়সু হোংনবিফম থোকই । অকনবা লংজা ৩২ পুল্লগা থৌরি তারবদি অকনবা অচৌবা থৌরি ওইগনি । ঐদি মানা মানা চংনিংবা ধম্ম অদুদা ঐনা য়ানিংদবা তৌদে । করিগুম্বা ধম্মগী 'লাইদা কংলগা মহৈ চাউনা ফংগনি' হায়বদো পামজদে । ধম্মদি 'অচুম্বা' হায়বা পোকশক অদুনি । মাদি লাইদা কংলরোই, ওইদবা বা ঙাংলরোই, কল্লকপা মীহৌবা লৈরোই । ঐখোয় পুনশিনসি অচৌবা পাঙ্গল অমা শেমসি ।

মনিনা ব্রা ঙাংলিঙৈদা ওজা সেলুংনা- ।"ঈশ্বরদি লৈ হায়রবসু মামুক চাউবা অমা লৈত্রবনি । পোৎ অমা চারমদাইদা ঈশ্বরবু নিংশিংনৈ" । ইপা ইপুশিংনসু অচা অথক পুম্নমক সনামহি লৈমরেন শিদবিদা হান্ন কৎলগা ঐখোয়না কোন্না ফংঙি । কনাগুম্বনা হায়- "মী পিজনিংদবা অরিকপা, লাইদা কৎপা পাম্মুবা মীনবু মী ওইগদ্রা"? হয়েংমুক্কী মপোক্তা অফবা মী ওইনা পোক্লনবা, নত্তগা লৈখিদ্রবা ঐগী ইমা, ইপা, ইপু, ইবেন্ন (স্বর্গ) লাইরৈবাক্তা নুঙায়না চারুনবা কৎপিবা ওইরিনি । বামন্দা ইপা ইপুশিং অদুগী খজিক্তং কৎপদুনদি মখোয় নুমিৎ মঙানিসুনা চারম্মোয় । লৈখিদ্রবা কনানা থোরক্তুনা চাবা ওকই নত্তগা ওক্তে হায়রকপা য়াউখ্রবগে ? ঐনা ব্যাবহার তৌজে ঐগী মরুপ মপাং খরনা চহি খুদিংগী মখোয়গী লৈখিদ্রবা অহল লমন অদুবু নিংশিংবিনবগীদমক হায়বদি লৈখিদ্রববু কাউবিদনবগী ইমা ইপাগা তিন্নরম্বা হৌজিক হৌজিক হিংলিববু চাক পিজবা মসিদি য়াম্ন ফবা থবক্নি । পিজ-পিথক তৌবদগী হেন্না চাউবা অমমুক লৈত্রে । ঐনা ঙকই - মরল মথুম ইরৈ লৈজদবা ইমুংনা মখোয়গী চহি অমা চাবা ওকপা চেংবু র্তপন লাকপদা নোংমদা মী ৩০০/৪০০ দা পিজথোকখিবা মথংগী নুমিত্তগী চেং কেজি ৩/৪ গী হজিরা সুবা চৎনবা । মরল মথুম লৈবনা র্তপন কৎপবু লায়রবনা মতৌ তম্বা ফত্তে ।

স্বাম্মী বিবেকানন্দনা হায়রম্মী । "ধর্ম্মগী ওইবা পুজা তৌবা হায়বসে ব্রাখল য়াউদবগী থবক্নি । জাতি ভেদ খায়দুনা মীনা মাবু ওৎপসিনা হিন্দু ধর্ম্ম মাঙননবগী মচাক্নি । মশিং লাকঙমদ্রবা সুদ্রশিং অসিনা ভাব তারকপা কান্দা ইনাকখুনবা খুজোক অসি মাংখিগনি । বৈশ্য ১সুং সুদ্রশিংবু চহি লিশিং কয়াদগী শেৎপা চাবা নিঙ থুংহন্দবা মখৈ ইনাকখুনবা খরনা ওৎপিদুনা লাক্নি । লাই খুরুম্বা চৎপা শেল পায়বশা নংগী নখুত্তা পায়রিবা তঙ্গ মচেৎ খর মঙোন্দা পীজৌ; য়েংসি মানা কয়াম হরাউবা । বিবেকানন্দ দা .... দা হায়খি মখোয়শিং অসি সুদ্রনি; অমোংপা থবক তৌবনি । নংনা ব্রাই শিংপবু লুনা তৌবিয়ু । করিগুম্বা মখোয়না নুমিৎ হুম্নি ষ্ট্রাক

(Strike) তৌরবদি সহর পুম্বা Epidemic লায়না লাইচং থোক্কনি । ওৎপিরবা থাগী শেল খজিক্তং ফংজবা মখোয়গী পোথানবগী মতম লৈতে । মখোয় অসিনি ঐখোয়বু অনা অয়েক য়াউদনা হিংহনবা । অদুগা নংনা হায়রি মখোয়বু শোক্ল শম্বা য়াদে"।

রুসকী কবি লিও টোলষ্টোয় হায়খি - 'নংনা লাই খুরুম্বা চৎপদা লম্বীদা অনাবা মী নত্ত্রগা শা উচেক থেংনরবদি লাই খুরম্বা চৎপা তোকথোক্লনা অনাবা অদুগী শেবা তৌবিয়ু । অদুনা লাইদা কৎপা, লাই খুরম্বদগী মহে হেন্ন চাউই' ।

ওজা সেলুংনা ব্রা মখা তারম্মী - তা মনি (লালমনি) নহাল সড়ক লমজাউদা Public Health Sub-Centre অমা মাইকৈ অশোমনা লিংননবা সর্কারনা হোৎনবিরি । "লাক্লিবা নোংমাইজিং তাং ৩ থা ৮ অয়ুক্কী পুং ৮ তাবা মতমদা ওমরঘাটকী কুম্যনিটি হোন্দা মীয়ামগী ওইবা মীতিন অমা পাংথোকচগদৌরি । ইরমদম অসিদা লৈরিবা ইরৈবাকচাশিংনা মতম চানা লেংবিরক্লনা মীতিন অসিগী শরুক য়াবীয়ু" হায়না লাউরবদুদা ঐসু মীতিন অদু য়াউজরুই । ঐখোয় খুল ৫/৬ অসিদা লৈবা কনাগুম্বা পুকচেন চাউবা খরনা লম সর্কারদা পিরবদি সর্কারনা শাবা হেক্তা হৌহল্লনি হায়রি ।

মনি-ওজা সেলুং লম কয়ামুক চংগনি হায় -

সেলুং - "মখোয়না হায়বদি য়ামদ্রবদা লম লৌ পরি অমা হায়খি"।

"ব্রা অদু তাবদা মনিগা হরিগা মরু লকথদুনা তুমিন্ন লৈরম্মী" । সেলুংনা মখা তারম্মী - য়ামদ্রবদা ফমুং য়াখ্ঙ্লেগী বিলদিং অমা O.P.D. গী বিলদিং ডাক্তর ২ সুং ষ্টাফ নর্সকী লৈফম চাফম । লৌ পরি অমবু খুঙ্গংগী মী অমনা হেক কৎপা ওইথোক্তে । অদুবু চীংয়াদ লৈবা লৌগা চীংগী শরুক খরগা পুল্লগদি য়াগনি । চীংয়াদা লৌ লৈবা মীনা য়াবিরক্লবদি ঐখোয় পুম্নমক্কী কান্নবা ওইগনি ।

মনি- ইনাউতোনদি লৌ অদু বামন্দা কৎনিংলিব্রা নত্ত্রগা কৎগ্রব্রা ?

লালহরি- তাথন, ঐগী বাখল লাল্লুরে । বামন্দা ঐগী লৌ কৎলরোই মনি- মী অমা ফনবা শেম্ববুদি মীয়াম অমা শেম্বনা যৈ । লাইদ কৎকনু হায়খিবা রামকৃষ্ণ পরমহংশ, স্বামী বিবেকানন্দা, দয়ানন্দ স্বরস্বতি, ঈশ্বরচন্দ্র বিদ্যাসাগর, রাজারামমুহন রোয় অসিনচিংবনা য়াদবা থবকপু ঐখোয়না তৌফম থোক্তে । ঐখোয় অনিবু মী পুন্নমক্না নুংশিবিননবা তাঞ্জা অদু লাক্লে । নংনা খঙইবদুনি the voice of the people is the voice of God ঐখোয় অনিনা লৌ লৌরাক অমমম পুথোক্তনা মীয়ামগী ফনবা তৌহৌসি । ইমানা লাই কৎলু হায়খিবদো লাইনা মফম পুন্নমক্তা লৈবনিনা করিমতা অকায়বা লৈতে । সিসু লাইদ কৎপনি । ইনাকখুনবা লৌ-শীং য়াম্না লৈবা মী কয়ানা লৌ পিথোরক্লোয় হায়নিঙাই লৈতে । ইচিন ইনাউ ঐখোয় অনিনা হোস্পিটালগীদমক কথোক্লবদি ঐখোয় খুনগী মীশিংদি কয়াদ হরাউগবা চা-পোকপা, অশোক অপন, খুদোং থীবা হায়বসিদি মতম চুপ্প মীওইবগা শাগোন্নরিবনি । মীনা লম পিরকত্রিঙৈদা ঐখোয়না হান্ন পিদুনা ঐখোয়গী খুন্দা থমহৌসি ।

লালহরিদি মখোয় অনিগী মমা লৈতবদগী মাগী ময়াম্বা লালমনি অসি য়াম্না লিকপা, মীঙোন্দা পিজনিংদবা, পিথোক্লিংদবা, লায়নানা নারে হায়না লৌরম্বনি । হৌজক লৌ লৌরাক অমমম পুথোকপা হায়বসি মচিন মনাউ মখোয় অনিদদি করিসু নত্তে । “মীয়ামগীদমক ফনবা তৌব অসি ঈশ্বরবু নুংশিবনি” হায়বা ময়াম্বগী বাফম অদু মাগী নাকোঙদা কয়ারক হুন্ন তাপ্লে । মদুবু মানা অচুম্বনি খঙদুনা ময়াম্বগী বাফম অদুদা অয়াবা পিরম্মী ।

Public Health Sub-Centre গী বিলদিং অদু শাবদা খুঙ্গংগী ঠিকাদার অমবু শাহল্লম্মী । মীশিংনা, ঠিকাদার অদুদা ‘নংগী খনগনু ঐখোয় পুন্নমক্কী ফনবা খল্লু’ হায়রম্মী । ঠিকাদার মশামক মাগী মপোৎনি খন্ন থবক ফজনা য়েংশিল্লম্মী । খুঙ্গংগী মীশিংনা লৈবাক পোরক্তুনা লম মচি’ অমা তোংহল্লম্মী । মখোয়না শেল খর খর খায়গৎনরগা নূঙঙৌনা শাবা মচিন মনাউ অনিদুগী মূর্ত্তি খিল্লম্মী ।

# হীওমিন্নবগী লম্বি

ইতাউ ঐখোয়না নুতিগী শিজিন্নদবা য়াদবা পোৎশিং লৈ । পোৎশিং অসি দুকান্দা মরাং কায়না ফংই । নং ঐনা করি শাদুনা নোঙানবদগী নুমিৎ তাবা ফাউবগী মনুংদা শিজিন্নবা যাউবগে? ইনাক খুনবা খরনা চিন শেংনবা মপোৎ শারক্কনি । খরনা চা থকনবা মপোৎ মচৈ, খরগা, অঙাংনা পাম্বা পাম্বা পোৎচৈ, খরনা অহন্না পাম্বা পোৎ চৈ শারি । অসিদা নত্তনা ফজ ফজরবা খোংউপ, ফিরোল, মনম নুংশিবা কয়া অমা শারি । অদুদগী হেন্দোক্কুনা ঈ পাউ তাবদা নুঙাইলা রেডিও, টেলিভিজন কয়া, থৌবদা নুংঙাইবা মখোং অনি পানবা কয়া শাদুনা কৈথেল্দা পুথোক্লি । পোথোক পুম্নমক অসি ইনাকখুনবা খরতনা লাইরবা লাক্ষ লাক্ষবু থাগী তলব খজিক খজিক্তং পিরগা সুহনবনি । থবক সুবা কুলি নত্ত্রগা মজদুর অদুনা তলব খর হেনগৎপিনবা হায়জরুরবদি মহাক অদু য়াম্ন থীন ফুবি অদুগা কোল কাখানা, ফেক্টরি অদুদগী তাম্থোকপি । অসিগুম্বা মীবু ওৎতুনা থবক শুহনবগী মওং অসি ক্যাপিতালিজম সমাজ মনুংদনি । শেন্দোংতা লাইনিং ওইবা মখোয়না শেন্দোং হেক ফংলিবা মখৈ পোৎ অদু মথং মথং অদুম শাথগনি । করিগুম্বা কৈথেল্দা পোৎ অদু শিংলক্তবা তারগদি দুকান থোং লোনশিনগনি অদুগা মজদুরশিংগী তলব পিবিরোই । কনাগুম্বা কোমপানি অমনা শেন্দোংগীদমক্তা পোৎচৈ শাবদা অয়েৎপা পিবা তৌনদে, মসি ক্যাপিতালিষ্টকী হৌনবিনি ।

অদোম্না বৃন্দাবন চৎপদা উরি, সড়কী মতায়দা নত্ত্রগা ওভর ব্রিজকী মখাদা প্লাসটিক্লা, বোড়া শেগায়বনা, কা কা খাজিল্লগা পুল্লপ লৈবা । মখোয়গী লৌ ঈঙ্গোল লৈতে, মখোয়গী পোথোক পুথোক্লবা খুৎলাই লৈজদে । মখোয় অসি কুলিনি । ফংলগা চাবা ফংদ্রগা তোকপা । ফেক্টরিশিংগী মজদুরি হায়বদুসু মখোয়নি । মখোয়গী মচা য়োনথোকই ।

মপু লৈতবা কান্দা কার মনুংদা মচা হাপচিনখি। করিগুম্বা মতমদসু উমংদা পুরগা উমং লাইগী মমাংদা বলি ভৌথোকই। করিগুম্বদা মচা খর হু পিজরগা হাংপি। মসিনি লাইরবগী পুন্সি।

মাগীনি হায়বা করিসু লৈজদবা সুপ্নগী মপাঙ্গল অদুতং পুথোক্লগা ক্যাপিতলিষ্ট কয়াগী মরল মথুম ভানবিশ্রে। মরম অসিদগী ক্যাপিতালিষ্টশিং হেন্ন হেন্ন শেল পায়খৎলকই। অনৌবা ক্যাপিতালিষ্ট কয়াসু অফ অফবা খুৎসু খুৎলাই শিজিন্নদুনা মার্কেটতা পোৎ থাদরকই। অদুদগী হান্ন পিরম্বা পোৎ/মমল হোংবা তান্নরকই। পোৎকী মমল হোংবা তান্নরগা কাখানা থবক সুজরম্বা মী কয়া লৌথোকপিরকই। অদুগা কাখানা মচা মচা কয়া শিথরক্লুনা অপিকপা দুকান ফমদুনা লৈবা য়াউরি। মতম অমগী মহাজন ঙসিনা কুলি। মতম অমগী কুলি, ঙসিনা মহাজন ওইবা য়াউরি। কাখানা শিদনবা হোৎনবদা মী কয়া থবক লৌথোকপিরগা লৈহৌরিবা বাকার খরখক অদুনা নোংমদা পুং ১৫/১৬ থবক সুদুনা থবক সুফমদ নুতিগী মী বানথৈ। হৌজিক কাখানা অদুদা মী য়াম্না থবক তৌদ্রে অদুগা মখোয়গী তবলসু য়াম্না পিদ্রে। মরম অদুনা কাখানা অদুগী পোথোক হোংন য়োনবা ঙমজরে। পোৎশিং অসি হোংনা য়োন্নবা হোৎনবদা বাকর লৌথোকপিদুনা অদুদগী থবক সুবা খরদুবু শেল খজিক্তং পিবা হায়বসি ক্যাপিতালিজমদদি অচৌবা মী ওইনা শিংথানৈ।

ক্যাপিতালিজম্না অসুক্কী মতিক চাউখৎলকপা হেল্লকই মখৈ লাইরবা, কোলকাখানা থবক তৌবা মী, মজদুর নোংম নোংমগী নংথরক্লনি। ঐখোয়না খংই য়ুম শানবগী য়ুমফম থোনবদা কদায় কদায়দনো কুৎহৌরগা য়ুমফম অদুনা অসুম অসুম বাংখৎলক্লনি। ক্যাপিতালিষ্টনা, তলব পিকনা বাকরশিংদা পিরবনিনা হৌজিক বাকরশিংনা করি তৌগনি চানবা চেং চাক ইনশাং, শেত্তবা য়াদবা ফি খর অদু নত্তনা করি মতা লৈবিদ্রে। দুকান্দা চেং চাক মরাং কায়না পৈরি। অদুগা মখোয়না লৈনবা শেল লৈতবদগী মপুক থন্দ্রি। দুকান্দা ফিরোল পৈদুনা লৈ, অদুবু মদু লৈবা

ওমুবা মখোয়গী মহাজন্না শেল পিবিদে। মরম অসিদগী মখোয়না নিংথৌ থাদা নিকঈ, নায় নক্তগা শি। অচৌ অচৌবা অহাংবা য়ুম্না তাদুনা লৈরি। শোমদনা লৈফম লৈতদুনা তুনফম চাফম লৈতদুনা অহিংদা ইংবনা শিনরি ক্যাপিতালিষ্ট শিং অসি অসুক্কী মতিক নুংশি হৈতে। মখোয়গী গোদাম কয়াদ চোন্না লৈরিবা চেং চাকশিং অদু চাবা ফংদদুনা গোদাম মমাংদা খরদং ওইরবসু হাপ্পিরকদ্রা খন্দুনা তিনলিবা মীয়াম অদুদদি পিদদুনা হবাদ চেং লোদ তৌরগা শমুদ্রদ হৈদোকখি।

ক্যাপিতালিজম অসি মখোয়না কোল কাখনা শাবা পোৎশিং য়োনফম লৈরমদে। মরম অদুদগী কোলোনি লৈবা France & England গা কোলোনি লৈতবা র্জমনশিংগা লাল থেংনরম্মী। লাল অদুদা ইটালি রুশ ১সুং ইউ এস এ অহুম অসি ফ্রান্স ১সুং ইংলন্দগী মীচং চংলম্মী। লাল অদুদা র্জম্মনশিং য়াম্ন শাথিনা মাইথীবা ফংলম্মী। অদুগা রুশতি হান্নগী রুশ লৈবাক অদু ওইরমদ্রে। ক্যাপিতালিজমগী থৌনা পুম্নমক লৌথোক্লগা অনৌবা সোসিএলিজম লিংখৎলম্লে। অদুবু মসি দেমোক্রেতিক সোসিএলিজম অদুনি। ওসি পৃথীবিগী লৈবাক পুম্নমক্তা ইনাকখুনবশিংনা দোমোক্রেসিগী মাইখুম উপ্পগা লৈবাক ওাক্লি। মসিবু বুর্জোজায়া দোমোক্রেসি কৌই। অশেংবা দোমোক্রেসি অদু ইকুই কুইদনা লাক্লগনি। মতম অদুদ সোসিএলিজমগী অশেংবা উৎলক্কনি।

কৈথন্দা পোৎ য়োন্নবগী শাদ্রে; শিজিন্নবা ওক্লবা পোথোক পুথোক্লবা হোৎনবা তায়। ক্যাপিতালিষ্ট সমাজদা ইনাকখুনবা অদুনা শাবা পোৎ অদু শেন্দোগীদমক্তনি। অদুগা হৌজিক লুরিবদি ক্যাপিতালিষ্টশিংনা শেন্দোং য়াম্না লৈবা অদুগা মীশিংনা য়াম্না পাম্নবা অদুগা মার্কেট ইরে লৈতবা পোৎ খল্লগা শায় অদুম তৌবদু সোসিয়েলিষ্ট লৈবাক্তদি য়াররোয়। রুস দেশতা বিপ্লব অমা থোকখ্রিডে মনুংদা র্বাকিরশিং তপ্ন তপ্ন সোসিয়েলিজমগী মশাঙ্গল কনখৎহল্লি। অদুদগী Capitalism গী মতমদা রুশকী র্বাকিরশিংনা তৌখিবা অদুগুম সোসিয়েলিজমগী মফমদসু তৌবা তাই। র্বাকিরশিংনা

র্দকার ওইবা পোৎচৈ কয়া শাগদগে ১সুং মদুগী Raw Material কদায় কদায়দা ফংবগে খংদোক্লম্মী । করিগুম্বা পোৎ চৈ শাবগী ভাব তানদবা য়াউরবদি র্বাকরশিং ইঞ্জিনিয়ারশিং পুনশিন্নরগা ব্রা খন্নে । সোসিয়েলিষ্ট সমাজদা থবক পুরিবা মপুশিং প্রজাশিংগী শেংহন্নিংবা ফি শেংহল্লি । চাহন্নিংবা পোৎ অদুতমক চায় । মরমদি করিগুম্বা অমা (পোৎ) শাবা তাবদা প্লান অমগী মখাদ শেম্বনি । মরম অদুনা পোৎ অমা পুথোক্লিঙৈ মমাংদা দরাকর কয়াম লৈবগে হায়বদো প্লানগী কাংবুনা হান্না য়াংথোক্কনি । ক্যাপিতালিষ্টশিংনা পোৎ শারিঙৈদা য়াম্না শাজিলহৌই । মরম অসিদগী দরকার ওইবা পোৎতমক শিংখ্রগা কয়া অমা মাংদুনা লৈ । সোসিয়েলিষতকিদি লৈগদবা চৎকদবা পোৎ অদু হান্ন খংদোক্লগা কোন্ন শাবনিনা গোদামদা লেমহৌদে । অসিদা নত্তুনা থংনবা লৈবাকশিং দরকার লৈবা পোৎশিং র্কাখানাদ শাদুনা পোৎ অদু মরাং কাযনা য়োম্থোকই মদুদগী ফংলকপা শেল অদুনা লৈকায়গী সেনিতরি, স্কুল শং, ময়ামগী পোত্থাশং, ঈশিং পুথোক পুশিন তৌনবা থবক নচিংবদা শিজিন্নে । অতৈ ফংলকপা অহেনবা শেনশিংনা র্কাখানা শেমজিনবা, র্কাখানাগী পোৎ চৈ অবাংপা মেনশিনবা, অতৈ র্দকার ওইবা ফেক্টরি লিংখৎপা তৌই । চহি ৩/৪ চাবা ওক্লনবা চিঙ্গাক পৈশিনবা গুম্মী । ইং ১৯১৯ দগী ১৯৩৩ ফাউবদা ক্যাপিতালিষ্ট সমাজদদি মপোৎ মচৈ (Raw Material) ফংদবদগী শিথরক্লম্মী অদুবু রুশতদি মদুগুম্বগী অবাবা অমত্ত লৈরমদে ।

মতৌ অসুম্না সোসিয়েলিষ্ট সমাজদদি মী অমত্ত লেম্ন লৈতবা য়ায় । শেংপা চাবা ফংদদুনা লাইনা তম্বনি খন্দোক্লুনা ব্রানা লেনবা পুজি লৈতে । ক্যাপিতালিষ্ট সমাজদা ক্যাপিতালিষ্ট অদুনা র্বাকর খরদমক্ল য়ান্নবা থবক অদু শুহল্লি । নোংমদা পুং ১০দগী ১৫ ফাউবা শুহনবা য়াউরি অদুগা মানা খুৎসুমন খজিত্তমক পি । সোসিয়েলিষ্ট সমাজদদি মসিগা পুমওন ওন্নবনি । কনাগুম্বা অমনা থবক খরদং সুজরগা মদুগী মমল ফংজবনি । য়াম্না সুরগা য়াম্না ফংজবনি । মহাক কনাগীসু মনায় ওইদ্রে ।

অতৈ লৈবাক্তা মী কয়ানা মীরেম ওইদুনা তাদুনা লৈরিবসে লৈররোয় । মদুগী প্রমান হায়ববু ঐখোয়না রসিয়া লৈবাক্তা উখ্রে ।

ক্যাপিতালিষ্ট লৈবাকশিংন কোলোনি মুন্নবগী লাল হে হেক তৌনৈ । মখোয়না কোলোনি পান্নিলবসি মখোয় মখোয়না শাবা পোৎশিং অদু য়োন্নবনি । পোত্তি শাজিল্লুরগা মখোয় মখোয়গী লৈবাক মনুংদসু শিত্রবা পোৎ অদু অমাঙবা ওইরে । অদুনা মরম ওইরগা কমপনি অদু শিথরকই । সোসেলিষ্ট সমাজদদি লৈবাক্কী ওইবা দরকার লৈবা পোৎ অদুতমক শায় অদুনা কোলোনি লৈবগী কান্নবা লৈতে । মসিনা কোলোনিগী প্রজাশিংসু অৱাবা পিদ্রে । অতৈ অতৈ লৈবাক্কা কোলোনিগী লাল থেংনরবসু লাল থেংনদনবা কন্না হোৎনৈ । সোসেলিজমদদি নুপা নুপী খাক্তনা মহৈ তম্বগী খুদোংচাবা ফংই । লাইরবা ইমুং, নাস্ম শোয়রবা, বুদ্ধী লৌশিং ৱাৎপা মীশিং খনকৎলগা মা মাগী মেরিৎকী মতুং ইন্ন থবক পী । ক্যাপিতালিষ্ট লৈবাক্তদি মখোয়শিং অসি ওৎপি নৈবী ১সুং থুনা শিনবা শিল্লি ।

মীশিংনা চানবগী, শেৎনবগী লৈফমগীদমক শেল তান্দবা য়াদে । ক্যাপিতালিষ্ট সমাজদদি মী কয়ামরুমনা চেক শায়; য়ুম শায় । রিক্স থৌদুনা; শনগাড়িনা পোৎ চিংদুনা শেল তাল্লি । পাঙ্গন্না লৌ উদুনা, উ য়ান্দুনা, কাৰখানাদ অরুম্বা কয়া থাঙ্গত্তুনা পাঙ্গল ফুদোক্লা থবক সুরি । খরনা ওজা ওইদুনা, কেরানি ওইদুনা, উকিল, ডাক্তর ওইদুনা চৌকিদার, য়ুমগী পোৎশঙবা, শা ষন পান্নবা খোঙউপ কাপ থাবা, শেম্বা ওইরি । কনা অমনা নুঙগী, গ্রাইন্দর শান্দোক্তুনা, লৈবাক তৌনবা এক্সকাভেটর, ট্রেক্টর মখোঙ মরি পানবা টাটা গাড়ি, লাইন বস শান্দোক্তুনা ময়ুমদা নুঙায়না ফমদুনা লৈরগা, শেল তাল্লি, শেল লাকই ইনাকখুনবা কয়ানা অচৌ অচৌবা য়ুম কয়া শান্দুনা মী কয়ামরুম ভারাদা থমদুনা নত্তগা অফিস ওইহন্দুনা নত্তগা হোস্পিটাল, পোলিস ষ্টেসন, ওইহন্দুনা শেল ফংলি । মসি পুম্বা ক্যাপিতালিষ্ট লৈবাক্কী শেল তানবগী মওংনি । মীনা থবক সদনা তানবা শেনবুদি মী অদুনা মী থম্লগা থবক সুহনবদা শেন্দোং লৌবা

অদুনা নুঙায়বা হেল্লি। পাঙ্গন্না নোমদুনা ফংবদগীদি শমপত্তিদগী লাকপা আয়নসু য়াম্না হেন্ন কান্নে । মরমশিং অসিদগীসু শেল ফংলগা লোয়রে খনবদগী ক্যাপিতালিষ্ট সমাজদা চোর কাবার তৌবা, নত্তবা পাম্বে অমনা শেল তানবগী থবক য়াম্না তৌনে । অসুম তৌনা শেল মরাং কায়না লৈরবা মীশিংগী লৌ ঈঙ্গোল ১সুং কোল কাখানা লিংদুনা অচৌবা ইনাকখুনবা হায়বদু ওইরকই । ক্যাপিতালিষ্ট সমাজদদি ইঞ্জিনিয়ার ওইরবসু, লৌশিং লৈবা মী ওইরবসু শেলবু পায়দব্রবদি মীরেম ওইদুনা তোকই । ক্যাপিতালিষ্ট লৈবাক্তদি মী লিশিং লিশিংনা সড়ক মতায়দা থবক থিদুনা নত্তগা চানিংঙায় লৈতদুনা মীরেম ওইদুনা লৈ । মখোয় অমগা অমগা নুংশিনদে ।

সোসিয়েলিষ্ট সমাজদা করিগুম্বা লন থুম অমত্তগী মপু ওইদ্রবনিনা ফমদুনা চাবগী মরম লৈতে । থবক সুদুনা চাদ্রবদি করি চানি । অদুনা থবক সুবা তায়, নোম্বা তায় । পাঙ্গন্না সুবনা মখুৎ মশা হৈশিংবগী মওংনা, লৌশিংনা ওইরবসু মী পুম্নমক সুদুনা চান্নে । শন্নে হায়রবদা মা মানা হৈজবা শিনফমদা থবক শুদুনা চানৈ । অদুনা সোসিয়েলিষ্ট সমাজদা ফেক্টরি ১গী কর্ম্মচারিশিং, সরকারগী কর্ম্মচারিশিং থবক থদৎপিরক্কনি হায়বগী কিনিঙায় লৈতে । মীপুম খুদিংগী থবক লৈ । মরমদি মী পুম্নমক্কী মা মানা সুরিবা থবকশিং অদুগী খুলায় লৈজে । অদুগা মী পুম্নমক্না থোকহন খুলায়গী মপু ওইবনা মদুদগী থোক্লকপা শেন্দোং পুম্নমক মখোয়না ফংজে । অহানবদদি লৈত লায়রবদগী পোৎ চৈ ইশিৎ শিৎলমদে । অসুম অসুম ইমুংগী ফিবম ফরকপনা মরম ওইদুনা পোৎ চৈ লৈবিবগী চাং হেনগৎলকই । মীশিং মখল মখা কয়াগী খুৎলায় লৈজদুনা তোঙান তোঙানবা পোৎসু পুথোকচবদা অথিংবা পিবিদে । সমাজ অসিদদি মীশিংনা অসুক্কী মতিক দিমান্দ তৌরিবখৈ পোৎ শাবগী চাংসু য়াম্না হেনগৎলি । সোসিয়েলিষ্ট লৈবাক্তদি ডাক্তর তমনিংবনা তম্বা ইঞ্জিনিয়ার তম্নিংবনা তম্বা য়ায় । তম্বা লোয়রগা মখোয়বু পব্লিক র্বাকস ১সুং অতৈ অতৈ মরি লৈনবদা থবক তৌহল্লি । হনুরগা মী পুম্নমক পেনসন পি ।

কনাগুম্বা অমা নাবদা য়াম্না থুনা মাবু লাইয়েংনবা শিনবি । অদুনা শিবা হায়বসি ওইররোই । মরম চাদনা নারগা শিদে ।

ক্যাপিতালিষ্ট লৈবাক্তদি মহাজন অদুনা অরাম চৌক্রি অমদা ফন্নগা টাটা গাড়িদা পোৎচে হাপ্লগী হিসাব অদু Clerk শিংগা পান্নে । মদু সোসিয়েলিষ্টনা য়াদে । ক্যাপিতালিষ্ট সমাজদদি মী খরতনা পোৎচৈ পুন্ন মক লোয়না পৈশিন্দুনা থমখ্রে । ক্যাপিতালিজম সমাজদা অয়াম্বা মীনা থবক ফংদদুনা লৈ । কয়া অমানা চাকনিবা ওই । অদুগা মখোয়গীদা থবক সুজবা মীনায় মীশন, Clerk ফাউবা কদৌঙৈ থবক লৌথোকপিরক্কদগে খন্দুনা লৈ । মখোয়সু মফম অদুদা থবক তৌবগী হিংবনি খঞ্জে । থবক তৌদ্রবদি শিবা তাই । মরম অসিনা মখোয়না মহাজনগী নত্ত্রগা অফিস, অমাগী কর্ম্মচারি ওইরিঙৈদা শেল অঙম্বা খর খর তুংশিঞ্জে । করিগুম্বা থবক শুফমদগী ব্রানা হল্লকপা উবদা মাগী নুপীনা য়াম্না কিঞ্জে । অতৈগী নত্তে মাগী নুপা থবক তোকহল্লব্রা খনবনি ।

সোসিয়েলিষ্ট লৈবাক্তদি মহে হৈবা অমগা মহে হৈতবা অমগা তলব মান্নদবগুম, মী পিকপা মশা শোনবা অমগা, মপাঙ্গল কনবা, ব্রাং চাউবা অমগা তলব মান্নদে । মরমদি মহে হৈবনা তৌবা ঙম্বা থবক অদু মহে হৈতবনা তৌবা ঙমদে । মশা ফবা অকনবা নিপা অমানা তৌবা ঙম্বা থবক অদু অশোনবা নিপাদুনা তৌবা ঙমদে । মহে হৈবা ১সুং মপাঙ্গল কনবনা পোৎথোক পুথোকপা য়াম্না হেল্লি । মানা মানা সুজবা থবক্কী মওং য়েংলগা, তৌরিবা থবক মতা অদুগী মখাদা থবক্কী শেল ফংজগনি । ক্যাপিতালিষ্ট সমাজদদি কোল কাখানা নত্ত্রগা মজদুর অচৌবা অপিকপা খায়দে তলব চপ মান্ননা ফংগনি ।

হৌজিক ঐখোয় মহৌশাগী মীশিংনা লৈরম্বা কায়দা অদু নিংশিংশি । মহৌশাগী মীশিংনা কাংবু কাংবু নায়না লৈরগা লিরুং, তেন, থাং, তা, পায়দুনা পুল্লপ পুল্লপ শা তানমিন্নরগা চামিন্নরম্মী । মীওইবনা মতম মতমগী

অসুম অসুম অওনবা পোরক্লম্মী । নিংথৌ পানবদগী ফিউদেল সমাজ লাকই, ফিউদেলদগী ক্যাপিতালিজম সমাজ লাকই ক্যাপিতালিজম সমাজদগী সোসিয়েলিজম সমাজ পোকলক্ই সোসিয়েলিজম সমাজদগী অমুক হায়নবা নায়দনা তপ্প তপ্প কম্যুনিষ্ট সমাজ ওল্লক্কনি । থাইনগী মীশিংনা (Primitive Age) তৌরম্বা থবক অদুবু (Scientific) ওহ্লোকপনি । পোৎচৈ শাবগী নিয়ম হান্নগী সোসিয়েলিজমদা তৌবদুনি । কম্যুনিজমদা মা মাগী থবক্কী মতুং ইন্ন শেন্দোং হোংদোক হোংজিন তৌগনি । মতম অদুদা ঐগী পোৎ মাগী পোৎ হায়না থোইদোকপ। খায়নরোয় মীশিংনা ক্যাপিতালিষ্ট সমাজদা লৈরিঙেদ, ঐগী ঐগী হায়না খোপচিন্নবা অদু হৌজিক কম্যুনিষ্ট সমাজ ওইরবা ফাউন্দসু লম হাদুনা লৌশিনগদগী য়াম্না কন্না হোংনৈ । অদুনা হৈনবা মতম খরদি পোৎ ফজনা য়েন্নবা ঙমদে । মসি থোক্তবা মীশিংবু মহৈ মশিং নিংথিনা তম্বীবা মথৌ তাই । মীওইবগী পুক্নিংনা অসুম চাউখথলক্লবা মতমদা ইশাগী ওইজবা থাদোক্লরক্তুনা মীয়ামগীবাখল শোয়দনা তৌনবক্কনি । মতম অদুদা পোৎ নিয়ম চুম্না পোৎ লৌনগনি নত্রগা পিনগনি ।

ঐখোয়না উবা ফংই, পৃথীবিগী কাচিন কোয়া পুন্নমক কম্যুনিষ্ট পাটি লৈ । হিন্দু, মুসলিম, খৃষ্টান, জেন, বৌদ্ধ অসিনচিংবা ধর্ম্ম পুন্নমকতা লাইরবা, নৈহৎপিরবা ওৎপিনবা কয়া কয়া নোংমৈ চিন্দোনগী মমাংদা ব্রা ঙাংবা য়াদদুনা লৈরি । মীওইবনা মতম কয়াম শাংনা চাক মপুক খন্দনা লৈবা ঙমগদগে ?

মী পুন্নমক্কী, চাকথুং ফংনরবদি অমনা অমবু ইকায় খুম্নরগনি । সরকারনা ইচাশিং মহৈ মশিং তম্বীখ্রগনি । অনা লায়েংবা, অহল ওইবগী শোন্থবা পুন্নমক সরকারনা লায়েংবিরনি লৌউ-শীংউবগী পোখোক মরাং কায়না ফংদুনা চাবা থকপা ব্রাৎলরোই । মহৈ মহৈ চাবা থকপা ব্রাৎনদবনিনা, চাখ্রো, থকখ্রো, লেকখ্রো হায়নরনি । মরমদি ইয়ুং খুদিংগী দরকার ওইবা পোৎ খুদিংমক সরকারনা চপ মান্না পিগনি । অদু ওইরবদি

ধর্ম্মগী খেন্নবা লৈররোয়; জাৎ বিজাৎ থায়ররোয়; অমাগু অশেঙ লৈররোয় । কনা অমত্তগী পোৎ মাঙলরোয় । পুলিস লৈবগী মথৌ তাদ্রে । মীশিংনা হেনগৎলিংখে কম্যুনিষ্ট লৈবাক্কিদি অমাংবা লৈতে । ঈশ্বরনা ঐখোয় পুম্নমকপু নুংশিবিরগনি । অশি অনা মীকপ মীরাউখোল তাররোয় । লাইগী শাপ লৈররোয় লুপ্তাবী মশিং হুম্বরনি । মী পুম্নমক্কী দশা লাঙফম কোক্লগনি ।

ইতাউ হোয়দি নশাতং ফনবা লাই নিংঙি । ঐখোয়দি ঐখোয় পুম্নমক ফননবা লাই নিংঙি । ইতাউনা হায়বিরি 'মানা মানা তৌবনা মানা মানা ফংঙি' অদুগী অর্থদি নখোয় মাঙ্গে মাংউ, ঐদি মাঙবা য়াদে হায়বনি । মসিদি বুঞ্জোবাগী নিয়মনি । মসিনা মরম ওইদুনা ঐখোয় নোংম নোংমগী মাঙথরকই । ঐনা হায়জগদৌরিসিনা ঐখোয় পুম্নমক Commumist বু মশক মুন্ন খংমিন্নরবদি, ঐখোয় পুম্নমক ঈশ্বর ফংলবনি ঐখোয় সিদা নত্তনা য়ুম্লোন্নবা লৈবাক্কি প্রজা পুম্নমকসু লোয়ন অফবা ওইরগদবনি । ঐ প্রমান অমা তৌজগে, ইতাউগী ইচাশিং অদু য়াম্না ফবা মী গুাক্ত ওইহন্নিংগনি । অদুবু ইতাউনা লাই কয় নিংদুনসু লৈকায়গী অঙাং পুম্নমক নিশা চাবা ফত্তবা গুাক্ত ওইরবদি ইচাশিং অদু করি লমদা চংলগা মমান্নবগা তিন্নগদগে ? লৈকায়গী অঙাং ফহনসি অদুগা ইচাসু শোয়দনা ফগনি । ঐ ফগনি । পুম্ন মক ফগনি । বারিদি অসিনি-পৃথীবিদা নিপা অমখক পোকখি । মহাক জর্ম্মন জিয়ুনি (ইং ১৮১৮ - ১৮৮৩ )তুংদা থোক্লগদবা কয়াগী মরমদা লাইরিক ইরিঙেদা ইহান হানবদা জর্ম্মনগী ইনাকখুনবশিংনা, সরকারগা লৌতুনরগা মাবু ফাদুনা হাংননবা হোৎনরকখি । মরমদি বাদনা হিংবা, ফম্মগা চাবা অদু য়াররোয় খনবদগীনি ।

পাউ অসি ফংবদগী মহাক ইংলন্দা চেল্লম্মী । মরমদি মানা ইরিবা লাইরিক অদু অরায়বা নত্তে । তাইবংপান্দ লৈবা মীওইবা ঐখোয়গীতা নত্তনা থবায় পানবা জিবা খুদিংমক্কি, চীং পাৎ তুরেল ১সুং সমুদ্রগী, পৃথীবিগী হবা নুংশিংকী অসিনচিংবা পুম্নমক্তা অকায়বা পিদনবনি ।

মোনার্কিজম, বুঞ্জুরা, ক্যাপিতালিজমগী অওৎ অনৈগী সরকার, পৃথীবিদা লৈবা পুম্নমক মুথৎতুনা নুঙায় য়াযংবা নিংতম্বা সোসিয়েলিজমগী সরকার ওইননবনি। মহাক্কী মমিং কার্ল মার্ক্স কৌই। মহাক্কা মাগী মরুপ Engels গা England দা থেংনরম্মী ১সুং Engels গা অচৌবা Building অদুগী খ্বায়গী মতোন্দা মখোয় অনি লাইব্রেরিক ইরম্মী। ইং ১৮৪৮ দা Communist Party গী Menifesto পুথোক্লম্মী। মার্ক্স ১সুং এঞ্জেলনা মাগী মরুপশিংগা লোয়ননা ইউরোপকী মফম পুম্নমক্তা কোয়চেন চেনদুনা সাইন্টিফিক কম্যুনিজমগী মরমদা ৱা তান্নবা ১সুং ইবা তৌরম্মী। ইউরোপ পুম্বগী লৌমীশিং কোল কার্খানাদা ফেক্টরিদা ফার্মশিংদা উপায় লৈতদুনা শিন্মী, ওইবা প্রজা লাক্ষ লাক্ষনা অনৌবা মপোক অমা পোকপিগদৌরে খনবগী নুংঙায়বা ফাউরম্মী।

মফম মফম খুদিংদা শীন্মীশিং পুনশিনহল্লম্মী। মার্ক্স ১সুং এঞ্জেলনা শীন্মীশিংদা ইহৌ শাগৎনবা হোৎনরম্মী শীন্মীশিংবু নোংমদা পুং ১২দগী ১৪ ফাউবা ৱানা থবক সুহল্লগা মবুক থনবা ঙমদ্রবা প্রজাশিং মীকপ থোকহল্লম্মী। শীন্মীশিংনা মহৌশাসু লুচিংবা কয়াগী মখাদা পেন্দবগী ইহৌ কয়া শাগৎপ্রবনি অদুবু মদু পুম্বা ৱাখল য়াউদবগী মওংদা পোলোয়দা নিংবা কায়খি। মার্ক্সনা হায়খি- 'মালেমগী শুরি নোম্লিবশা নখোয়গী অপুনবা শক্তি শাগৎলবতদা মাই পাকপা পোরকপা ঙমগনি। ইং ১৮৪৮ Communist Menifesto ইংলন্দ ফোংখি। অহানবদা ইউরোপকী শীন্মীশিংগীদমক ওইরম্বনা অমেরিকা ১সুং অষ্ট্রিলিয়াগী শীন্মী পুম্নমক মথুম মরাং হৌনখি। মহাদেশশিং অসিদা স্লোগান কয়া লাউদুনা "খুৎসুমন হেনগৎলু, নোংমদা পুং তরুকতগী হেন্ন থবক সুরোয়" অসিগুম্বা স্লোগান অসিনা পৃথীবিগী অফাউ অফাউবা সিতিগী ষ্ট্রীটশিংদা শীন্মী লিশিং লিশিংনা লাউ খোঙদুনা চৎপদা কোল কার্খানা মপুশিংনা নোংমৈনা হাৎপদা ঈনা ঈশিংগুম চেনখি। ঙসিদি পৃথীবিগী শীন্মীশিংগী অনিংবা অদু খরমথৈ থুংজরে। ঈগী তুরেল অদু ঙসিগী মালেমগী মীয়াম্না "মে দে" হায়না পালন তৌরি।

ইতাউ মীয়াম জমবু তুস্না চাবগী মতম ফাউবা পীদনা থবক তৌহল্লগা শেল খজিক খজিক্তা পীবসিনা নুপী অঙাং থাকপা কোন্নদদনা তলব খর হেনগৎপিযু হায়জবদা ইনাকখুনবশিংনা নোংমৈনা কাপতুনা হাপ্তোকপিবসিবু চুন্নবে ? মখোয় অসিগী মরক্তা সমুদ্র ইথত্তগী ফাদুনা পোরক্লগা তলব পিদনা থবক শুহনবা রুয়্যাসু য়াওরিবনি । ইতাউ ঈশ্বরগী শক্তি চেনবা তৌবা ওস্না মী পুম্নমক্কী চিঞ্জাক পীবা ওম্নবা পাম্বে পুথোক্লস্না নুপা অমনি কার্ল মার্ক্স হায়বসে ।

ইতাউ কার্ল মার্ক্স কী মীং তাদ্রবা, ফ্রেদরিক এঞ্জেলস মীং তাদ্রবা, ভি, আই, লেনিনগী মীং তাদ্রবা ১সুং জন নেতা ইরাবত মীং তাদ্রিবা মহাক্ক অদু সোসিয়েলিষ্ট সমাজগী য়েক্লবা মী ওইরমগনি নত্তবদি খুল্লক্কী লাইরিক হৈতবা মী ওইরস্না তায় । “নোংমদা চারা নামতা চাবা নত্তগা সুকচা চাদবা মীগী স্নারিবু তারগা ঐখোয়দা করি কান্নবা ফংগদগে? অহাউবতা চাবা, ফজবদা শেৎ চাবা লিককোল ফজবা শিবা ফুরা দলান্দা লৈবা নুঙায় য়ায়ফবা মীগী স্নারি শারগা হকচাং তেকখৎলি” লাউখিরস্না মীওই কয়াগী মখৌরি চরম মেৎখিবা নিপা অমা পোকখি । চহি অমগী মনুংদা থা মরিখক নত্তনা অতৈ মতমদি উন্ত কুপ্তুনা লৈবা রুসিয়া লৈবাক্নি । পোখোক চাথোক লৈজদবা, চাকথুং ফিথুংদবা; অদুগী মথক্তা জাপান ১সুং জর্মনীশিংনা তোয়না লান্দাবিরকপদগী লায়রবা হায়বদু ওইরিবনি । পৃথীবিগী অহানবা লাঞ্জাউ মনুংদা কার্ল মার্ক্স ১সুং এঞ্জেলসনা মওখিবা মওবু মওফাউনহনখিবা ভি আই লেনিননীনি । রুসিয়াদা রিভোলুসন থোক্কুনা সেসিয়েলিষ্ট সমাজ পুরকপা ভি. আই. লেনিন অশেংবা কার্ল মার্ক্স ১সুং এঞ্জেলসকী সেবক্নি । বুর্জোবাশিংগী লৌনম, নমথাক লাংদগী হেক হেক নাছোকপা ওস্না ১সুং মশাদ নোংমৈ মরু কয়ানা পানবদসু শিবিদ্রবা ভি আই লেনিনা রুসিয়াবু চহি ৭০ চুপ্না সোসিয়েলিজম চৎহল্লম্মী ।

মতম অদুদা পৃথীবিগী ইনাকখুনবা মীশিংনা ভি. আই. লেনিনবু অসুক্কী মতিক নুংশিরমদে । মরমদি কোর্ল কাখানাগী মপুনা, ফেক্টরিগী মপুনা

ফার্মগী মপুশিংনা মপু ওইবা য়াররোই । পৃথীবিগী মফম পুম্নমক সোসিয়েলিজমগী লাংদা থুরম্মী । মনিপুরদসু অদু মওাই জন নেতা হিজম ইরাবত সিংহগী মখাদা স্বাধিন্তগী অন্দোলন শাগৎলম্মী । য়াম্না শম্না জন নেতাগী ৱারি তৌজগে ।

হিজম ইরাবত সিংহ য়াইস্কুলদা (১৮৮৬-১৯৫১) দা পোকখি । মহাক্না অঙাং ওইরিঙৈদা মপা ইবুঙো লৈখিদ্রে । ক্লাস টু পাস তৌরগা ধাকাদা ক্লাস নাইন, ফাউবা তম্লগা মমা লৈতবগী পাউ ফংবদগী মহাক লাইরিক তম্বা তোক্লম্মী । নিংথৌ মচা ইবেম্মা খোমদোনসনাগা লুহোংঙলম্মী । নিংথৌ মচা ইবেম্মদা লিককোল, সনা লুপা লৌ, ঈংখোল কয়া উল্লক্লম্মী । ইরাবতপু দর্বার মেম্বর হাপ্লম্মী । নোংমা নোংমগী নিংথৌগা বৃটিশকা লৈবাক্কী অঙম অথৌ খরগনা প্রজা ওৎপা নৈবগী পাউ মাগী নাকোংদা তারম্মী ।

নুপী অমত্ত সনা সড়ক লমজাউদা মশম থাদোক্তুনা চৎপা য়ারমদে । অয়ুক্তা চাক চারগা ক্না চাজবদা মনাইশিংনা মাংই হায়দুনা ফুবিরে । চন্দন থিন্দবগী ফুবিরে; থিল্লগনা চন্দন শেনখায় লৌরে । নিংথৌনা মবুক কংবগী ৱারি শান্নবদা তাহৌবা মীনা "নখোয়না ঙাংনবদো সনা নাকোং য়ৌগ্রে হায়জিনবিদুনা শেন লৌথোকপিরে । নিংথৌগী মনাইশিংনা মাংই হায়নবা ইস্থোকপিবা মীশিংগী খুল লৈরম্মী । ঐগী পুম্ব্রিগী ঙা ফাবা য়াহন্দবা, ঐগী ইম্খোলদা তেরা পাম্বী হৌববু খজনা লৌবা অসিনচিংবা মখল মখা কয়াগী তেক্স খোমগৎপা তৌরম্মী । নিংথৌনা ইস্থোক্লবা মী অদুনা শিরগা মৈ থাদুনা সংস্কার তৌবা য়াহল্লমদে । অসিগুম্বা থবক অসিবু উক্সরগা ইরাবতনা থম্মোয় শোক্ল শাউনিংলম্মী । মানা মাগী মমান্নবা খরগা লোয়ননা নিংথৌগী মায়োক্তা লৈদুনা অশিবা হন্দোক্তুনা সংস্কার তৌরম্মী ।

ইং ১৯৩৪ দা মহারাজ চুরাচন্দনা প্রেসিদেন্ট ওইরগা "নিখিল হিন্দু মনিপুরি মহাসভা" কৌবা অমা লিংখৎলম্মী । মদুদা ইরাবতপু ভাইস

প্রেসিডেন্ট খলম্মী। ইরাবতনা তৌথোরকপা খুদিংমক নিংথৌদা মকোক চিকপা ওইবনা ইরাবতপু ফাজিন পুনশিন্দুনা থম্লবনি। চহি খুদিংগী মীফম পাংথোক্লম্মী। মরিসুবা কনফরেন্স অদু চীঙাদ ইং ১৯৩৮ ফল্লম্মী। নিখিল হিন্দু মনিপুরি মহাসভাগী মমিং নিখিল মনিপুরি মহাসভা কৌরম্মী। চীঙা কনফরেন্স অসিনা মনিপুর ইতিহাসতা য়াম্না চাউনা অহোংবা পোরক্লম্মী। ইরাবত ১সুং মাগা লোয়নশিংনা স্লোগান কয়া অসুম্না লাউরম্মী - "প্রজানা ভোৎ পিবনা কাবা মীনা লৈবাক ঙাকহল্লু। লাঙ্গোল পায়বনা লৌগী মপু ওইহল্লু।" ধর্ম্মগী মীংদা সরাকরনা টেক্স লৌবিগনু, প্রজাবু দোলাই চাকথাক, দোলাইরেং, পোৎথাং পুবা অসিনচিংবা লৌবা য়ারোই হায়না রিজোলুশন কয়াসু পাস তৌরম্মী। অদুবু রিজোলুশন অদু দর্বারদ থাংগৎলুবদা য়াবিরকপগী মহুত্তা নিখিল মনিপুরি মহাসভা অসি পোলিটিকেল পাটি ওহ্লোক্লম্মী। পার্টি ওল্লবনিনা কনাগুম্বা সরকারগী থবক তৌবা মী অমত্তা য়াউবা য়ারোই। ব্রা অদু তাবদা মহাসভাগী শ্রী এলাংবম তোমপোক ১সুং শ্রী হিজম ইরাবত নত্তনা অতৈ মেম্বরশিংদি কিবদগী ১সুং পাঙদবদগী মরৈবাকপু নুংশিবা লৈতবদগী তোকখিরম্মী। চুরাচন্দ মহারাজগী বাখলগী ওন্ন তৈনবদা ইরাবত অদুম্মক লৈরম্মী। চুরাচন্দ মহারাজনা খল্লম্বদি ইরাবতনা দর্বার মেম্বর অদু অদুম ওইনিংবদগী নিখিল মনিপুরি মহাসভাগী মেম্বর ওইবা তোক্লক্কনি অসিনি

দর্বার মেম্বর ওইবা তোক্লবসু সনা ইবেম্মা খোমদোনসনাদা উল্লকপা সনাগী লিকোল ময়াম অদুদগী হেন্দোক্কুনা লৌ-শিং শম্পটি পুম্নমক অসি শিজিন্নদুনা নুঙায়না হিংবা য়াবনি অদুবু মানা (ইরাবত) নিংথৌ ১সুং অঙম্বশিংগী মায়োক্তা অখাং কন্না লেপ্ল ঙম্নবা মাগী খুত্ত শম্পটি লৈবা পাম্লমদে। মরম অসিদগী মচা ইবেম্মদা উল্লকপা পুম্নমক নিংথৌদা হন্দোকখি। নিংথৌ মমাক ওইবগী মানা শেৎপা অনানবা ফিশিং অদুগা খোমদোনসনাগী ফিশংবু চৈরাপ মমাংদা মৈ থাদোক্লগা খাদিগী ফিরোলশিং শিজিন্নরম্মী। ইরাবতনা হায়রিমখৈ য়াবিবা ১সুং ইরাবত থৌনা হাপ্পিবা খোমদোনসনাবু ঐখোয়না কাউফম থোক্তে।

মতম অদুদা ভারতকি মফম কয়াদা নিংতম্বা পাম্বগী অন্দলোন কয়া ব্রিটিশকী মায়োক্তা হৌরম্মী । ইরাবতসু ভারতকী নোংপোক্তা লৈবা লৈবাকশিং অসাম, ত্রিপুরা কছাবনচিংবা মফমদা চত্তুনা অন্দলোন হৌননবা শীল লাংঙম্মী । তাল্লক অসিদ মনিপুবদা খুৎশেমগী চাকতাংবা অমা থোক্লম্মী । মশিং থিঙমদ্রবা চেং গাড়ি মপোৎ কয়া কয়া মনিপুরগী মপান্দা থাদোকখিবদগী ইং ১৯৩৯ ডিসেম্বব তাং ১১গী অয়ুক্তা চাদ থক্তবনা লাল্লবা নুপী কয়া হৌনরুবা তৌদনা খ্বাযবম্বন্দ কৈথেন্দা থোরক্লগা চেং থাগদবগী গাড়ি পরেং লেংলিবশিং অদু থৎলম্মী । অদুবু অরেম্বা তারম্মী ।

মথংগী নুমিৎকি অয়ুক্তা (Dec. 12, 1939) চাদবনা লাল্লবা নুপী ইমা ইবেন লিশিং কয়া কয়ানা অমগা অমগা হৌনবা নায়নদনা খক্বায়রমবন্দ কৈথেন্দা পুল্লরে । ঙসিসু ঙবাংগুম্না মর্রারিদা থানবা থৌরাং তৌরম্মী । অদুবু ইমা ইবেনশিং অসিনা য়াম্মনখিবনা অব্রাবা অমা ওইরম্মী । উরিপোক্লোমদগী লাকপা, শীংজমৈরোমদগী লাকপা, মাইকৈ কয়াদগী লাকপা চেংগী গাড়ি, ফৌগী গাড়ি পুম্নমক ইমা ইবেনশিংনা পুলিশ ষ্টেসন্দা খুদুম চন্দুনা থল্লম্মী । মতম অদুগী দর্বারগী প্রেসিদেন্ট Mr. Sharp না নবদ্বীপ্ত লৈখিবা মহারাজগী ব্রা তাদনদি থিংবা য়ারোই হায়রম্মী । নবদ্বীপ্ত লৈবা মহারাজনা ইমা ইবেনশিংগী খোল্লাউ তাবিরমদে । নুপীশিং অদুনা 'ঐখোয়দা চেং পিযু, চেং থাবা য়ারোই' হায়না মপাম্বোম তিংথোক্তুনা হন্ন হন্ন লাউরকপা মতমদা সিফাই থাজিল্লক্লম্মী । মশিং য়াল্লবা সিফাইশিং অদুনা চৈ লাং পায়জদবা ইমা, ইবেনশিং অদুদা থিনবিবা, বদনা শুবিবা, চৈনা কনবিবা তৌবদগী ইমা ইবেন কুনতরুক অশোক অপন নংখি ।

মতম অদুদা ইরাবত কছারদা লৈরম্মী । মথৌনা মরিংজেল লৈবা ইরাবতকী চানরবা মরুপ খরগা নুপীলক্তগী অথোইবী খরগা তান্নরগা টেলিগ্রাম তৌদুনা ইহৌ অসিগী লুচিংবিরনবা কৌরম্মী । টেলিগ্রাম হেক ফংবগা ইরাবত কছার থাদোক্তুনা মনিপুরদা য়ৌরক্লম্মী । য়াম্না থুনা মহাসভা

ফম্নবা কৌরম্মী । অদুবু নুমিৎ অদুদা লেংবিরকপা মেম্বর অয়ামম্বদি মীকিথী ওইবনা ইহৌ অদু পাম্নমদে । মতৌ অসুম্না 'নিখিল মনিপুরি মহাসভা' কায়খি । ওংগনাইজেসন অসিনা হিংলিঙৈদা মমিং উদ্রবা, মনা তাদ্রবা, অপঙবা য়াম্ন কান্নবা পিরম্মী । অমুক থিম্বুবা তৌদনা মনিপুর মহিলা সমেলোনিগী প্রেসিদেন্ট ওইদুনা ৱারেপ লৌরম্মী । মদুগী ইহৌ অদুনা মনিপুরদা লৈবা চেংগী মিল ১৮ বু মাগী মাগী লৈকায়গী ইমা ইবেনশিংনা থিংলম্মী । মতৌ অসুম তৌদুনা চেংগী মিল চেং তকত্রবদা হৱা গাড়ি লাইনা থিংলম্মী ।

ইমা ইবেন কয়ানা অসুম্না খোয়শাউনদুনা লৈরিঙৈদা প্রজা সমেলোনিগা 'কৃষক সভাগা' পুল্লগা ইররাবতনা লুচিংদুনা মনিপুরগী মফম কয়াদা কোয়না চত্তুনা সরকার অসিগী পেন্দবগী মথক্তা ইহৌ কনখৎননবা মীতিন কয়া তৌরম্মী । খোইশাউনরবা প্রজাশিংনা পার্মিশন লৌদনা উ ৱা য়াম্থলম্মী । ঈ ফাল্লম্মী । উমংগী উহৈ ৱাহৈ হেক্তোক্লম্মী । পাত্তগী, তুরেন্দগী পাৎশেল পিদনা ঙা ফাদোক্লম্মী, থম্বৌ তাল্লম্মী । উমংদগী খোইহি লোক্লম্মী । দোলাই পুবা, অমিন চাকথাক লোয়না তোক্লম্মী ।

ইং ১৯৪০ গী জানুৱারি তাং৭তা ইরাবতনা অচৌবা মীতিন অমদা হায়রম্মী - "মনিপুরি নুপীশিংনা চাক লাম্বদগী চেং খুজোক অমমম নিজবদা শঙ্গিন্না থিনবিবদগী চেংগী মহুত্তা ঈ খুজোক অমমম তাখি । পৃথীবিগী লৈবাক কয়াদ ঙসি পেন্দবগী ঈহৌ কয়াগী অন্দলন কয়া চৎখনরি । মসিদা ঐখোয়না অসুক পাঙদনা লৈরিবসি করিগীনো ? অচুম্বগীদমক ঐখোয় জেল চংবা করিগী কিগদগে ?" অদুদগী ইরাবতনা রসিয়ান রিভোলুশনগী মরমদা ম।যামদা ভাব তাননবা ঙাঙঙম্মী । অসুম্না লেপ্তুনা মনিপুর সরকারগী মাইয়োঙ ' ৱা ঙাংবসিনা মহাকপু ফারগা চহি অহুম জেলগী মিয়াদ পিরম্মী । খোইশাউনরবা ইমা ইবেন প্রজা পুম্নমক্লা, খ্বাবম্বন্দ বজার থীংদুনা চাউরবা রাজনিতিগী রিভোলুশন তৌখিরম্মী । চহি অমা চুপ্ন খ্বায়রম্বন্দ কৈথেল থোং লোল্লম্মী ।

ইরাবত্তা নত্তনা নুপীলক্তগী থৌনা লৈবী শাবী, তোংঙৌ অসিনচিংবা কয়া অমসু থা৬ কী মিয়াদ, থা৯ গী মিয়াদ তাদুনা জেলদা থম্লম্মী। মখোয়না জেল য়ৌবা কান্দদি জেলগী ফিবম অসুক্কী মতিক ফংলমদ্রে। চাননবা পুখম তেক্কোং লৈতবা, থক্লবা ঈশিং ফত্তবা, ফত্তবা অচাথাও পিজবা, চাক পুক থন্দবা ৱাচেংকী ফমুং, ফিরোল মতিক চানা পিদবা পুম্নমক অসি মীওইববু মীওইবনা তমথীনা য়েংবিরে খল্লুবা অসিগী খোইরাং খোইশাউনরবা বন্দিশিং অসিগী অকনবা ইহৌ অমনা জেলগী ষ্টাফ পুম্নমক খাংবা ৱারম্মী। অদুবু মতম কুইনা জেলগী হৌনবিনি খন্দুনা অসুম লৈরক্লবা বন্দিশিংদদি য়াম্না ঙক্ল থোক্লম্মী। জেলগী ফিবম নুমিৎ খরনিগী মনুংদা পুম্ফ ফারম্মী। জেন্দা থম্বদসু ৱাথোক ওইরবা থাদোক্লবসু লৈবাক লাংগদবা ওইবদগী নিংথৌ ১সুং ব্রিটিশ মকোক চিক্লম্মী। উপাই লৈতদুনা ইরাবত সিলেট জেন্দ থম্নবা থারম্মী।

মতম অদুদা ইউরোপ পুম্বা, র্জমনিগী হিটলর ইটালিগী মুসোলিনি ১সুং জপানগী টোজো মখোয় অহুম্না য়োংশিনগদবগী হোৎনরম্মী। অদুগা অময়োমদনা পৃথীবিগী মফম কয়াদ নিংতম্লিংবগী থোল্লাওনা ইনিল নিল্লম্মী। ভারত মচাশিংনা ব্রিটিশপু তাম্থোক্লবা হোৎনবদা কাম্গ্রেস ১সুং কম্যুনিষ্টকী লিডর কয়া ফাজিন্দুনা ভারতকী ষ্টেটকী জেল পুম্নমক্তা থমজিল্লম্মী। কম্যুনিষ্টকী লিডর কয়াগা ইরাবতকা ৱারি শামিন্নবদগী খংলে মানা তৌরিবা নিংলিবা ৱাখল্লোন অদুমক কম্যুনিজমগী ৱাখল্লোন্নি। জেল মনুংদা কম্যুনিষ্টকী লাইরিক কয়া পারম্মী। অসুম্না ইরাবতনা সিলহেট জেন্দা লাইরিক পাবদগী মাক্সিজমগী সোসিয়েলিজম অসিনা সমাজ ১দি রাজনিতিগী ফত্তবা ইথিন কয়া নমহত্তুনা লৌমী শিন্মীশিংদা ওৎলিবা নৈরিবা অসি কোকহনবা ইরাই লায়না ঙম্নগনি থাজরম্মী।

চহি অহুমগী মিয়াদ লোইদুনা ইরাবতনা জেন্দগী থোরক্লগা C.P.I. অসাম প্রদেশ কাউনসিন্দা মীং চল্লম্মী। অদুদগী মাগী মরমদম মনিপুরদা হল্লক্লবা হোৎনরম্মী। অদুবু ওম্থোকপনি, তাহৈদবা ৱাফম অমা ইরাবত্তা

থুংলরে । অমুকহন্না ইরাবত চহি অহুম অমগা মমা লৈবাক মনিপুবদা চংলকপা থিংলম্মী । মনিপুর মচাশিংবু নিংথৌ ১সুং ব্রিটিশনা অওৎ অনৈ কয়াদগী ইরাবতনা থেংনরিবা অদুগী মহৈ ওইনা ইরাবত চাহ্ অহুম জেন্দা লৈরুই । হন্দক অমুক ইরাবতনা C.P.I. দা মীং চন্নুবা অসিনা ইরাবতকী তৌবা ঙম্বগী শক্তি হান্নদগী শরুক কয়া হেনগত্তুনা ব্রিটিশ ১সুং নিংথৌগী মকোক ঙাউহন্নগনি খনবদগীনি । ইরাবতসু উপাই লৈত্রদুনা কছারদা লৈরগা কছার, ত্রিপুর, অসামনচিংবগী মফম খুদিং চত্তুনা লৌমী শীন্মীশিংগা হকথেংননা ঋারি শাদুনা, মখোয়বু ভাব তাহন্নবা মতুংদা, মফম খুদিং কৃষক সভা লিংদুনা কম্যুনিষ্টকী মপাঙ্গল কন্নবা হোংনরম্মী ।

ইং ১৯৪৫ গী অঙনবা শরুক্তা মনেম ইবেম্মা মনিপুরগী মহারানি লৈতবগী শ্রাদ্ধ য়াউননবগী পার্মিশন লৌরগা ইরাবত মনিপুরদা থোরক্লম্মী । মশিং লকঙমদ্রবা ইমা ইবেনশিংনা চহি তরুক্কী মতুংদা অমুক উননবগীদমক লম্বী সড়ক্তা ইরাবতপু ঘোট চফু খিন্দুনা ওক্লম্মী । মদু উবদা নৃঙগুম্নবা ব্রিটিশকী থম্মোয় ফাউবা খাংঙমদে । মরম অদুনা মখোয়না মহাকপু মরক মরক্তা মনিপুরদা থোরকপা য়ানি হায়রম্মী ।

ইরাবত কছারদা হন্নম্মী । কছারগী লুচিংবশিংনা ইরাবত Assam Legislative Assembly, 1945 গী C.P.I. গী candidate ওইহন্নম্মী । অদুবু Congress গী মথংদা মহাক্লা লৈখি । ভারত পুম্বগী কৃষক সভাগী কনফরেন্স অমা বেঙ্গলদা য়াউরনবা বার্টন ফংলম্মী । মদুদা মাবু All India Central Kishan Council গী Councillor অমা ওইনা খল্লম্মী । অদুগা ইরাবত মশা য়াউনা মৈতৈ জগোয় অমা অদুগা ইরাবত মশানা শৈরেংবা লৌ উবগী ঈশৈ অমা মহাক মশাসু য়াউনা শক্লম্মী । মতৌ অসুম তৌদনা ইরাবত ভারতকী অফাউবা লিডর ওইখি ।

রুসতা ইং ১৯১৭ কী ওক্টোবর বিভোলুশন মাই পাকখিবনা মরম ওইদুনা পৃথীবিগী মফম পুম্নমক্তা রিভোলুশন কনখৎলম্মী । ভারত্তসু 'ভারত থাদোকউ' হায়বা খোল্লাউনা ব্রিটিশনা মতম শাংথনা ভারত্তা পানবা য়াররোই নিংলম্মী ।

মতম অদুগী ভারত মচাশিংদা ব্রিটিশ হনখিনবগী কাংবু অনি থোক্ল লৈরম্মী । কাংবু অমনা, ব্রিটিশকী মথক্তা লান্দাশনদুনা ভারত নমদুনা লৌবা পান্নম্মী । অদুগা অতোপ্পা কাংবু অদুনা ব্রিটিশকী মথক্তা লাল তৌদনা মরুপ মপাং ওইবগী নুংশিনবা মওংদা চংহনখিবা পান্নম্মী ।

ইরাবত মনিপুরদা হল্লক্লম্মী । ব্রিটিশনসু মঙোন্দা করিসু তৌবিরমদ্রে । মাগী মপা মপুগী হৌরকফম জন্মস্থান্দা খাংপোকশং অমা শারগা লৈরম্মী । হান্নদি ইরাবতনা অচুম্বা অশেংবা, অফবদা য়ুমফম ওইরগা মনিপুরি মচাশিংগী ফনবা তৌরম্বনি । হন্দকসিনা ইরাবতনা মনিপুরদা থোরক্লগা মহৌশাগুম লেপ্তুনা থবক তৌজরবসু কম্যুনিজম হায়বা য়ুমফম অদুগী মথক্তনি । মসিনা মঙোন্দ হান্নদগী হেন্না পুকচেল শেংনা থবক তৌবা মী ওইহল্লম্মী ।

ইরাবতনা ‘অনৌবা যুগ’ কৌবা মেগাজিন অমা ফোংলম্মী । মসিনা মনিপুরি মীয়ামবু অমম্বদগী ঙালহল্লম্মী । ভারতনা মনিং তল্লবা মতুংদা ইরাবতনা খঙন চান্নবা মরুপ মপাং কয়াগী মফমদা কম্যুনিষ্টকী মরমদা ঙাংলম্মী । ইচং থৌবা নহারোল কয়া, থৌনা লৈবা অহল কয়া থোরক্লুনা ইরাবতকী ম্বাফম অদু য়ারম্মী । নহারোল কয়া কম্যুনিষ্টতা মীং চল্লম্মী, অহল কয়ানা কিষন্দো অদুগা ইমা ইবেন কয়ানা প্রজা সমেলোনিদা মীং চল্লম্মী ।

ভারতনা নিংতল্লমদাইদা কংগ্রেসতা শাশন শিন্নরনি তাবদা মনিপুরগী শক্লায়রবা খরনা লৌতুনরগা ইরাবতপু কম্যুনিষ্ট ওইবা তোক্লুনা কংগ্রেস য়াউননবা তৌরম্মী । অদুবু মদুদা ইরাবতনা য়ারমদে ।

ইং ১৯৪৬ তা অনিশুবা কনফরেন্স অমা মনিপুর কৃশক সভানা শিল-লাংদুনা নম্বোলদা পাংথোকখি । মদুদা মীয়াম অদুনা দাবি তরানিথোই য়াউবা রাজনিতিগী ম্বারেপ চে অমা ইরাবতনা প্রেসিদেন্ট ওইদুনা পাস তৌখি ।

ব্বারেপশিং অদুগি - (১) মীয়ামগী মীহুৎনা লৈবাক ঙাকপা (২) মপুং ফারবা মীতগী ভোৎ লৌবা (৩) খুঙ্গংশিংদা গ্রাম পঞ্চায়েৎ লিংবা (৪) খুঙ্গংশিংদা স্কুল অমমম থম্বা (৫) স্কুল প্রাইমারি থাক ফাউবা লেম্না মহৈ তম্বা (৬) খুঙ্গং খুদিংদা অনা-অয়েক্কী Health Centre অমমম থম্বা (৭) খুঙ্গং খুদিংদা পোষ্ট ওফিস থম্বা (৮) লৌমীশিংগী খুদোং চানবা ঈথৈ লৌখোং শেম্বীবা (৯) লৌমীনা লৌগী মপু ওইবা (১০) লাঞ্জাউদা শোকপশিংগী ক্ষেত্রিপুরোন থুনা পিথোকপা (১১) লমগী খজনা লুপা ১১দগী ৬তা হম্বা ১সুং (১২) চীং, পাৎ, তুরেলশিং নিলাম লাউদবা।

দিমান্দশিং অসি পিদবা য়াদে হায়দুনা সরকারগী মথক্তা ষ্ট্রাইক তৌদুনা কিহল্লম্মী।

ইরাবতনা য়াম্না হৈ শিংনা চীং তম অনিমক্কী লুচিংবশিং উনদুনা মনিপুরগী লৈবাক ঙাক্লানগী মরমদা খন্নবা পাল্লম্মী। মরম অদুনা ইং ১৯৪৭ কী নভেম্বর তাং ৩০ নোংমাইজিং নুমিৎকী নুংথিল পুং ৫ দা MDU হোলদা মহাক্না মীতিং অমা কৌরম্মী। অদুদা ইরাবতনা চীং তম অপুনবগী মীহুৎ সুনা য়াউবা United Front কৌবা ওগেনায়জেসন অমা শেমদুনা মনিপুরগী ফত্ত নুংদা, থৌদোক ব্বাথোক অমা থোরকপদা থেংনমিন্ননবা ১সুং দায়ত্য লৈবা সরকার অমা লিংননবা ব্বারেপনরম্মী।

মনিপুর প্রজানা পাম্বগী মতুং ইন্না মনিপুরদা দায়ত্য লৈবা সরকার লাকপা য়াই; অদুনা মনিপুরগী Constitution অমা শেম্নবা ব্রিটিশকী পোলিতিকেল এজেন্ট অদুগা মনিপুর ষ্টেট দরবারগী প্রেসিদেন্টসু ওইবা Mr. Pearson না মনিপুরি প্রজাশিংদা হায়রম্মী। অদুবু প্রজাগী ব্বা অমত্ত তাবিদনা মানা শেমনিংবা মওংদা হায়বদি য়াম্না দেমোক্রেতিক ওইদবা মরমনাইরাবতকী পাটিশিংনা বোইকোৎ তৌদুনা Constitution শেম্বা য়াউরমদে। অদুম ওইনমক Constitution অদুদি 1947 দা Act ওম্বোকখ্রে। Act 1947 গী মখাদা 1948 তা ভোৎ তৌনরম্মী। ইরাবতনা

উৎলৌ Constitution দগী কারকখি। অদুবু পাটি অমত্তনা Absolute majority ওইবা ঙম্লমদে । অদুনা caretaker government লাকখি ।

ভোৎ মতুংদা মনিপুরগী রাজনিতিগী ফিবম চয়েৎনবা লৈবনা র্সদার পটেলনা ভারতকী নোংপোক্তা লৈবা ষ্টেট মনিপুর, কছার, লুশাই হিলস ১সুং ত্রিপুরা মরিমক অসি পুনশিল্লগা পুবর্বানচল প্রদেশ কৌবা অমা শেম্লগনি তৌরম্মী । মসি ইরাবতনা খংলকপদগী চীং তম অনিমক্না পুবর্বানচল শেম্বদা মনিপুর য়াউদনবা হায়নরম্মী । অদুবু র্সদার পটেলনা য়ারমদে । মরম অদুনা চীংগী লমদা মিষ্টর এ দাইহোনা লুচিংদুনা কন্না ষ্ট্রাইক তৌরম্মী । মহাকপু ফাদুনা কলিকতা জেলদা থম্লম্মী । তমপাক্তা ইরাবতকী পাটিশিংনা খুঙ্গং খুঙ্গং খুদিংদা চংদুনা মীয়াম পুম্নমক ভাব তাহল্লগা ইংশোক ১৯৪৮গী সেঃ তাং ২১দা MDU হোলদা প্রজা সঙ্ঘ, ১সুং কৃষক সভা অনিনা পুবর্বাচনচল প্রদেশ শেম্বগী মায়োক্তা অচৌবা মীতিন অমগী শিল্লম্মী ।

মনিপুরগী চীং ১সুং তমগী মীশিংনা MDU হোল তম্না লাক্লরম্মী । লম্লাই পুংদোংবমলোমদগী লাকপা মীয়াম্না পুবর্বানচল প্রদেশ শেম্বা য়ারোই হায়দুনা লাউ লাউদুনা লাকপদা পুলিসশিংনা অন্দোলোন কারিশিং অদুবু তান্ন তান্নদুনা চৈনা কল্লম্মী, শঙ্গিম্ন থীল্লম্মী ১সুং ফাইয়ার তৌরম্মী । মীয়াম পুম্নমক কায়দুনা চেম্নগ্রে অদুবু মথৌনা লৈবা নুপা অমনা নোংমৈ মখা তানা কাপতনবা O.C. সাহেবকী মতুংদগী কোনশিল্লক্তুনা নম্লবদা O.C. সাহেবকী অরোয়বা পুল্সি ওইখি ।

ইরাবতনা সিলহেট জেলদগী কম্যুনিষ্ট ওইরকপদা মনিপুরদা থোরক্লগা মরুপশিং ১সুং নহারোল খর খোম্লগা ইং ১৯৪৮ দা মনিপুরদা কমুনিষ্ট পাটি অফ ইন্দিয়া লিংখৎখি । চহি অদুমক্তদা ইরাবতনা বোকুলগা লোইননা হোজায়দা কিষান কনফরেন্স য়াউবা চৎলম্মী । অদুদগী হল্লক্লগা আসাম প্রদেশ কমুনিষ্ট পাটিগী অনিসুবা কনফরেন্স য়াউরুই। চহি অসিমক্তদা

মহাক্কা অসামগী দেলিগেট অমা ওইনা সেকেন্দ কনফরেন্স য়াউবা কলিকতা চৎলম্মী ।

নুমিৎ অদুগী মীতিংগী প্রিপরেসন তৌদুনা লৈরিঙৈদা পুঙদোংবম থৌদোক অদুগী পাউ ইরাবত্তা পিবা লাক্লম্মী । পাউ হেক ফংবগা ইরাবতনা 'ঐ শ্বায়দা লৈবা য়াররোই, মীতিং য়েথোক্লসি নখোয়সু হুন্নপ্রো' হায়রম্লগা নম্বোললোমদা একাগাড়ি তোংদুনা চৎখিরম্মী । মতম অদুগী সি এম, মহারাজকুমার প্রিয়োব্রত্তনা ইরাবতপু ফাবা ওম্বা মীদা লুপা লিশিং তরা মনা পিগনি লাউথোক্লম্মী । অদুবু অরেম্বদা তাখি । কৃষক সভাগী মেম্বরশিংবু ফা ফাদুনা য়াম্না থীনা লাক্লবিখি । মানা লেকঅম চারম্বা ইমুংশিং য়াম্না থিনা থিনা ওৎশিরম্মী । মাসু খুল অমদগী অমদা লোৎনা লোৎনা মীশিংবু ভাব তাননবা হোৎনরম্মী । মীশিংনা ইরাবতকী মরমদা পাউ পিবা ওন্নমদে । মহাক মশাবু উহন্দনা 'অনৌবা যুগ' মেগাজিনসু ফোংবা লেপ্পমদে । অদুদা নত্তনা লিভলেট, পমপলেট কয়া সরকারনা মরাল লৈজদবা প্রজাশিং ওৎপগী মরমদা ইবা চে কয়াসু থাদোরকখি । উপাই লৈত্রদুনা সরকারসু পুঙদোংবম ঘটনাগী মতুংদা কিষান সভা, প্রজা সংঘ, এস এফনচিংবা থিংজিল্লম্মী । অদুম ওইনমক কম্যুনিষ্ট পাটিদি অদুম্মক থবক তৌরম্মী । কলিকতাদা তিন্নখিবা মীতিন অদুগী ব্বারেপকী মতুং ইন্না মনিপুরসু All India Armed Resolution গী মখাদা নোংমৈ পায়বা পাম্লম্মী । Mr. Thakin Than Tun কৌবা বর্ম্মগী Communist কী মকোক অদুনা মনিপুরদা লাক্লগা তোঙান তোঙানবা মমিং থোন্দুনা কম্যুনিষ্ট লালহৌবা ময়াম লৈবসি পুনশিনবিনবা ইরাবতপু বর্ম্মদা লাকপিনবা কৌরম্মী । ইহ ১৯৫০গী মে থাদা ইরাবত বর্ম্মগী মাউলিক ডিষ্ট্রিক্তা শুলম্মী ।

মফম অদু য়ৌরগা মানা বর্ম্মাগী লালহৌবশিংগী ব্বারি তারম্মী । বর্ম্মাগী Communist লালহৌবা অহুম P.C.P., C.P.B., B.C.P. অদুগা অসি নত্তবা শান মোন নচিংবসু মতম অদুদা উনু সরকারগী মথক্তা লাল

হৌরম্মী । মখোয় লালহৌবা মশেনসু অমগা অমগা উনবদা লাস্থেংনরম্মী ।

ইররাবতনা বর্ম্মাগী লালহৌবশিংগী মকোকশিং উনদুনা, কম্যুনিষ্ট রিভোলুশনগী মরমদা ভাব তাহন্দুনা, মখোয় অমগা অমগা পুনশিন্নহন্দুনা উনুগী মথক্তা লাল তৌহল্লম্মী । ইরাবত কৌরবগী মরম ১সুং ইরাবতনা পাংখোক্লিংবা থবক মাই পাক্লবনিনা, ইরাবত মনিপুররোমদা মাই ওল্লক্লম্মী ।

P.C.P. পাটিনা ইরাবতপু সেঃ তাং ১০দগী চীংলক্কী অখুবা লম্বীদা থিন্দোরকপদা অঙ্গো চীংখোঙদ তাবা খুল তাংবোদা মশা ঙমদদুনা পোথারম্মী । অদুবু মতম চুপ্পগী ওইনা মহাক তাইফদ না ইং ১৯৫১ গী সেঃ তাং ২৬ তা তাইবংপান থাদোকখি মনিপুরনা হিজম ইরাবত সিংহ কৌবা, অসাম, ত্রিপুর কছাররোমদনা জন-নেতা কৌবা অদুগা বর্ম্মদেশনা মহাকপু কমরেদ আই, সিং হায়রগা খংনরম্মী ।

ইরাবত হৌজিক মতমগীতা নত্তনা মীৎয়েং শানবা তুংদা লাক্কদবা উবা নিপা অমা ওইরম্মী । মহাক্লা পৃথীবিগী ওইবা য়াওনগী ইহৌদা মনিপুরসু পুশিল্লম্মী । রাজনিতিদা, সাহিত্যদা, জর্নেলিজমদ, দ্রমাদ, শান্ন খোৎনবদা অসিনচিংবা হিরমশিংদা মহাক্লা ঐখোয় পুন্নমক্কী লময়ানবা ওইবিরম্মী ।

কমরেদ ইরাবতকী পুন্সিদি মতম চুপ্পদা, ওৎপি নৈবিরবা মীশিংগী, লৌমী শীন্মীশিংগী, কনা লৈজদ্রবা তোল্ল তারবা মীশিংগী অওনবা নুংঙায়বা অমা পোরক্লবা শিবা ফাউবা হোৎনখি ।

মতম অসিদা চাওরেনগী নুপীনা চাক লোয়রে তাক্লরে ।

চাওরেন-ইতাউ, চাক ঈশিং চারুরসি ।

ঐনা লোয়শিঞ্জরকপদা ইতাউদা হায়জনিংবদি - কনা কনা লাই নিংবদা লাই ফংগ্রবগে ? লাই নিংদবা কনা কনা দষা তাগ্রবগে ? লাই

নিংবসু দষা তাই । লাই নিংদবসু দষা তাই ইতাউদা ঐনা হায়জবদি লাই নিংবিয়ু, তৌবতদি লাই নিংবদা শেল তিংগনু, শেল হন্দোকপা চংকনু। অফবা তৌরগা অফবা ফল ফংজবনি । ফত্তবা তৌরগা ফত্তবা ফল ফংজবতনি । মসিনা তাকপদি লাই নিংবসু য়াই; লাই নিংদবসু য়াই । লাই নিংবশিং অদুগা লাই নিংদবশিং লোয়না উহৈ-ৱাহৈ, মরু-মরাং, চাক-ইনশাং চায় । চাদনা হিংবা য়াউদে । ঐখোয়না চাগদবা পোৎশিংদো কদায়দৈনো ? চাগদবা পুম্নমক ইনাকখুনবনা মুনবিগ্রে (ইনাকখুনবগী খুত্তা লৈগ্রে) । ঐখোয়না ফংগদবা পোৎ পুম্নমক নাথৈরগা চংগ্রে । লৈজবা সনা, লুপা, লন থুম, লোয়না মখোয় খরনা মুল্লগা ঐখোয়বু মখোয়গী নুপী অঙাংগী ফিরোল শুহনগনি । থবক ইনখাং শুহনগনি । য়াদ্রগা ঐখোয়দা ফু-চৈবা হাংপা তৌগনি । মখোয়না হায়গনি ঐখোয়না ৱারিবা চানিংঙায় লৈতবা, শেংনিংঙায় লৈতবা; য়ুম ঈংখোল লৈতবসে নহানমুক্কী মপোক্তা ঈশ্বর নিংঙক্তবা, লাই থাজদবদগী থোকপনি, হায়গনি । মখোয়নি ঐখোয়বু ৱাহল্লিবসে । লাইনা নত্তে । ঈরাইবক্তা তন্নক্লবনি খনগনু । সোসিএলিজম পুরক্লবা হোংনমিন্নসি ।

ইতাউ ঙসিদি হাওবা হাওতবা চাক চারা অমা চামিন্নসি । মথংগী অমুক চাক চামিন্নবদা ইতাউগী ৱারি তাজগে ।



# থোক্লবা লাইরিকশিং

১। অচুম্বগী মমি

২। নুংশিবগী শক্তম